# মহাভারতকী শ্রীকৃষ্ণ

মসং অদুনা 'ধর্ম্মসংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে' হায়বদি ধর্ম নিংথমজবগীদমক ঐনা যুগ যুগ পুক্বিদনা অবতার লৌই হায়বা অসিগনা খোইনা ঐখোইনা পুক্নিং চংশনবনি। পূর্ব্বচেনবা যুধিষ্ঠিরগীদমক ধর্ম্মরাজ্য অমা লিংখৎপা হায়বা অসিনা মহাভারতকী শ্রীকৃষ্ণগী মথৌ খোইদোকপা অমা ওইরমই।

মতম অদুদা মথক্কী ধর্ম্মরাজ্য অসি কররিগীদমক লিংখৎপা তারবদে অমদি ধর্ম্মনা মরাই চাইথখিদুনা অধর্ম্মনা করম মকোক কাংথোক্লবগে খিশি হায়রবদি ঐখোইগী মতম অদুগী রাজনীতি থবগী মথৎ নৈনবা তারে। হিন্দু ঐখোইগী পুরানদ য়াম্না পুরানগী মচাক ওইবা য়াবা রা কয়া কয়া ঊবাইদা লোৎপা মনি মুক্তাগুম ইগোই চোইনা লোতুনা লৈ। অসিগুম্বা পুরানশিং অসিদা রা অচু অমান কয়া কয়া তোংশিন রামশিরবরে।

কুরুক্ষেত্র লান্থাগী মমাংদা ঐখোইগী ভারত অসিদা ধর্ম্মগী মথেং তাথরমই অমসুং অধর্ম্মনা মরাই হাইগৎলমই।

## (২) রাজসূয় যজ্ঞগী থৌরাং

নোংমা মহর্ষি নারদনা মুনি অতোপ্পা মরিগা লোয়ননা পাণ্ড- সভাদা লাক্লমই। নারদনা যুধিষ্ঠিরদা হায়রমই, নিংথৌ হরিশ্চন্দ্র রাজসূয় যজ্ঞ তৌদুনা সম্রাট ওইবি; অদুগা যজ্ঞ অদু তৌবা মতুমদগী মাহাক্না ব্রাহ্মণশিংদা লনথুম য়াম্না য়েনখি; মাদুগী মহেনা হৌজিক্ষা অমিনা মাহাক ইন্দ্রগী সভাদা নুমিৎ খুদিং ও'ত্থোইরি। হরিশ্চন্দ্রগী চাওখৎপা মতৌ উবদা নংগী নপা পাণ্ডুনা মমক্তক তকখত্নুনা মতোন্দা

পাও তেক্কই ; পাও ঐনা পুরকইবা হায়বত্ম মাথ রাজসূয় যজ্ঞ থৌ হায়বা অসিভনি। মানা মাহুম হায়রিবগী মরমদি হুজিক অদিনা নংনা ভরাই ভরাই পৃথিবী জয় তৌহুনা সম্রাট ওইবা ওয়ে ; মনাও-শিংনা নংনা হায়বডা ইন্দুনা, তৌ হায়বতা তৌহুনা লৈরি ; নংনা মাহুম যজ্ঞ অসি হেক মতৌয়বদি মাহু মতম কুইনা ইন্দ্রগী পংজুনা লৈহুনা পুত্তাইবা ফংগদৌরি।

নারদগী বা তাবদা যুধিষ্ঠির রাজসূয় যজ্ঞগী মরমদা রায়া তৌয়না তৌয়না বাখল তৌরে। মাহাক্না যজ্ঞ অসি পাংথোক্কে হায়বদ, মাহাকী মন্ত্রী, মনাওশিং, পুরোহিত অমদি মুনিশিং ইয়া য়ানরে। অদুম অদুম ওইনমক থোং খোৎ লোইবা ফংবা জনার্দন শ্রীকৃষ্ণগা তানদনা রাজসূয় যজ্ঞ তৌরগনি হায়না যুধিষ্ঠিরনা পাক লেপ্না ওয়মদে। মরম অদুনা মাহাক্না শ্রীকৃষ্ণব কৌবা দূত দ্বারকাদা থাখরে। শ্রীকৃষ্ণসু ইন্দ্রপ্রস্থদা থীন্দনা থুংলরে।

শ্রীকৃষ্ণ ওহাক পোথারবা তুংদা, যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই, হে কৃষ্ণ ! ঐ রাজসূয় যজ্ঞ তৌনিংলে ; যজ্ঞ অসিমক্তি হেক [illegible]গা তৌবা য়াবদি নত্তে, মাসি করম তৌরগা তৌবা [illegible]বদি নংতনা লিংখিনা থংবনি। মানা তৌগে হায়রবনা [illegible]। লৈতনা, মী পূয়মক্না পূজা তৌনয়বা অমত্তুং পৃথিবী অপুনবা [illegible] ওইননা মী অদুতনা রাজসূয় যজ্ঞ তৌবা ওমই। ঐগী মরূপ অটৈ [illegible] যজ্ঞ অসি তৌরো হায়রি ; অদুবু নবা তাত্রিবনা ঐ বা [illegible] ওমদরি। হে কৃষ্ণ, কনা কনাগুবনা প্রেম [illegible]গনি [illegible] বা তাকথোকপিদে, কনা কনাগুবনা মশাগী কারবা [illegible]

হয়াওনবা য়াতা পাণ্ডব্ন য়াওই। হে মহাত্মা! পৃথিবী অসিদা অসিগুম্বা মীনা মশীং হেন্নি, মরম অদুনা অসিগুম্বা মীগা তান্নদুনা থবক তৌবা য়াদে; নংদি অসিগুম্বা দোষ লৈতবা, অপাম্বা খংদবা অমদি অশাওবা থাদোক্লবা মুপানি; অদুনা ঐবু করি তৌ হায়বগে তাকপিয়ু।

মতাং অসিদা যুধিষ্ঠিরনা শ্রীকৃষ্ণদা থাথিবা খোলনা তাকপদি শ্রীকৃষ্ণ মশাগী ওইজবা থিদবা চিরোল খারোল হৈতবা অমম্বং অশাওবা থাদোকপা ঙম্বা মুপানি। মতম অদুগী মীনা শ্রীকৃষ্ণবু কয়ম্বা মীওই ওইনা থম্মম্বগে হায়বগী লিখুন থরদি ঐথোইনা হন্দকী যুধিষ্ঠিরগী খোন্দগী খংবা ঙমই।

শ্রীকৃষ্ণ মতম লৈবা থিবিক্তা য়া অমেংবা অমদি অচুম্বা ঙাংতুনা মী পুম্নমকপু পুনবা ঙম্বা মুপানি। অদুম অদুম ওইনমক মতম মতমগী মতিক চাবা য়া ঙাংবদা অদুগা থবক উৎপদা মাহাক থক নিংহম্লুমদে। রাজসূয় যজ্ঞ অসি পাংথোকপগী মরমদা যুধিষ্ঠিরনা করি করি চিংনবগে হায়বা অদু শ্রীকৃষ্ণনা লোইনা তারে। অদুদগী মাহাক্না হায়রকই, "মহারাজদি গুণ খিবিক্না তিন্নিবনি, অদুনা রাজসূয় যজ্ঞ তৌবদা মতিক চপ চাই; অদুগা মহাক্তি থোৎ থোৎ লোইবা খংবা মুপানি, অদুম ওইনমক ঐ থরদংদি মহায়জরগে।" অসিমচিংবা অথুম্বা য়ানা য়াহৌদোক ওইরদুনা শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরদা ঙাংখি। অদুগী মতুংদা তাবদা কয়া মুঙাইজ্রবন্থ অচুম্বঙাক্তা ওইনা তৌবা য়ানা য়াথা তাখি। হজিক অসিদা নিংথৌ জরাসন্ধনা মপাম্বোম্ন পাম্লা নিংথৌ পুরমক মায়থীবা পীথরে. মাতুংদগনা মরম ওইদুনা

জগৎ অপূর্বা মথুং-চনখরে ; হুজিকী মতম লাসিন্না মাহাক্কা সাম্রাজ্য কাংবা হায়বা অহুমি মশানা তারবনি। মপাঙ্গল লৈবা শিশুপাল-মকসু মাহাক্কী সেনাপতি ওইখরে। থৌনাকবা যক্ষ করুষকী মিংথৌসু মাবু পেন্নবা লেবা ঙম্মদুনা লৈখরে। কয়বা হংস অমসুং ডিম্ভক মাঙ্গোন্দ চংখরে মিংথৌ কয়া মাগী মথা পোনখ্রে। মহাক্কী মপাগী মরূপ ভগদত্তমক মাহাক্কী পেন্নবতা থোক্লুনা মতম লেমখরে। মহারাজবু লুনা থোঙ্গবা পুরুজিৎসু মাগী মতুং ইনখরে। বঙ্গ, পুণ্ড্র অমসুং কিরাতকী মিংথৌ পৌণ্ড্রক মতোমতা অথোইবা মীনি হায়জিল্লে, মিহোৎবগী মানা ঐগী চিহ্ন মশাদা হাপচিল্লগা ঐ বাসুদেবনিককা হায়জিল্লদুনা কাওহনজরবা লুপা অদু কাণ্ডবসু জরা-সন্ধগী পক্ষদা লেপখরে। অদুগী মখক্তা মিংথৌ কয়া কয়া মীবু কিবদগী মরৈবাক থাদোক্তুনা কোইচেন চেল্লখ্রবনি।

হিংচাবগী মিংথৌ কংস যাদবশিংবু মায়থীবা পীদুনা মাহাক্কী মমাক ওইখি। কংস হায়রিবা মচৎ কন্দবা লুপা লাসিনা মাহাক্কী শাগৈ নাতৈ জয় তৌরগা খ্বাইগী মকোক ওইশিল্লকলে। মামা থোক্ক শাগৈবু নৈবিয়মখিবদগী বলদেববু পুজেমন্নবা ঐনা মাবু হুৎলুই। মখুদগী মাগী মকু জরাসন্ধনা মথুরাদা লাল থোকনা তারদই। মতম অদুদা জরাসন্ধনে হংসনে ডিম্ভকনে লাকওম কাওমজবা মরূপ অহুম লাসনা লৌ শানা থুংলংদুনা মরৈবাবা অদুদা কয়া অমতামা জরাসন্ধগী মনাক মরুবা ওরমদে। জরাসন্ধগী লানথোমি চহী অদুদা চংনা হাংজবসু লোইবা ওরোই। মরম অদুনা যদুবংশনা মথুরাদগী দ্বারকাদা হোংথিবা শ্রীকৃষ্ণগা জরদুনানি।

শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠির মহারাজদা হায়রকই, হে ভরতকী মচানুপা অথোইবা ! মহাক্তি সম্রাট ওইবা য়াবগী গুণমক চেলিবনি, অদুবা নহাক সম্রাট ওইবা য়াম্না চুমই ; অদুবু ঐনা তশেংনা হায়রবা ওবদি মহাক জরাসন্ধনা হিংলিঙৈদদি রাজসূয় যজ্ঞ তৌবা কদোৌঙৈদম্ব য়ারোই। কংথিত্রবা মুপা অসিনা হৌজিক অসিদা মরাল লৈত্রবা নিংথৌ মরিফুতরুক ফাদুনা বন্দী থম্লি। নিংথৌ তরামরি হেক ফংবগা নিংথৌ চামা পুল্লপ বলি তৌদুনা মহাদেবদা কংকদৌরিবনি ! অহানবদা মাহাক হান্না হাত্তুনা মরাপ লৈতবা নিংথৌশিং থাদোক্কুনা মথরাই কনবিথো।

শ্রীকৃষ্ণগী ৱা অসি তারগা যুধিষ্ঠিরনা অমুক হায়রকই, ইবুঙো ঐদি নংগী নপাম্বোম পাঙন্দা তোংদুনা লৈজরিব মীনি। নংক্না কিরবা জরাসন্ধ অদুদা ঐনা করি তৌরুখিগদগে ? নংনে, বলরামনে, ভীমসেননে, অর্জ্জুননে নথোই মরিগী মমুংদা কনানা মাবু হাংপা ঙমগদগে হায়দুনা ঐ হন্না হন্না ৱাখল তৌরে ; অদুবু ৱারেপ অমতা তাবদি ঙমদে, হৌজিক্কি নংনা তৌ হায়রবা অদুতা ঐ মতৌরগে।

যুধিষ্ঠিরগী ৱা অসি তাবদা ভীমনা হায়রকই, হোৎনবা ৱাৎপা নত্রগা মপাঙগল শোনবা অৎদি পাম্বৈ লৈজদবা নিংশোনা অকনবগা লাল শোক্করবদি মাহাক তুম্বা য়াই। শোল্লবম্ব শোন্না ঋতনবা লৈতনা হেকমক লানথোং শীল্লগা অকনবা য়েক্কববুম্ব জয় তৌবা য়াই। কৃষ্ণনা খুঁজিন থোরাং হৈবনি, ঐনা অকনবনি, অর্জ্জুননা লাল হৈবা হরুংদুনি। মৈ অহুমনা যজ্ঞ পাংথোবপগুম ঐথোই অহুমনা জরাসন্ধ হাৎপদু মঙাই

জগৎ অপূর্বা মথুং চনখ্রে ; হুজিকী মতম অসিদা মাহাক্কী সাম্রাজ্য কংবা হায়বা অদুদি মশানা তারবনি। মপাঙ্গল লৈবা শিশুপাল-মকন্না মাহাকী সেনাপতি ওইখ্রে। থৌনাফবা বক্র করুষগী নিংথৌসু মাবু পেন্নবা সেঁবা তৌদুনা লৈখ্রে। কাল্লবা হংস অমসুং ডিম্ভক মাহোন্দ চংজখ্রে নিংথৌ কয়া মাগী মখা পোনখ্রে। নহাক্কী নপাগী মরূপ ভগদত্তমক মাহাকী পেন্নবডা তৌদুনা মতম লেমখ্রে। মহারাজবু লুনা তৌরবা পুরুজিৎনু মাগী মতুং ইনখ্রে। বঙ্গ, পুণ্ড্র অমসুং কিরাতকী নিংথৌ পৌণ্ড্রক মতৌমতা অথোইবা মীনি হায়জিল্লে, মিহোবদগী মানা ঐগী চিহ্ন মশাদা হাপচিল্লগা ঐ বাসুদেবনিকফা হায়জিল্লদুনা ফাওহনজরবা মুপা অদু কাওবনু জরা-সন্ধগী পক্ষদা লেপখ্রে। অদুগী মথক্তা নিংথৌ কয়া কয়া মাবু কিখ্রদগী মরেবাক থাদোক্তুনা কোইচেন চেন্নথ্রবনি।

হিংচাবগী নিংথৌ কংস যাদবশিংবু মায়থীবা পীদুনা মাহাকী মমাক ওইথি। কংস হায়রিবা মচৎ কজদবা মুপা অসিনা মাহাকী শাগে মাতে জয় তৌরগ খ্বাইগী মকোক ওইশিল্লকদে। মামা ভোজ শাগেবু নৈবিথনখিবদগী বলদেববু পুক্নৈমদুনা ঐনা মাবু হৎলুই। মতুদগী মাগী মকু জরাসন্ধনা মথুরাদা লাল হোয়না ভারদই। মতম অদুদা জরাসন্ধনে হংসনে ডিম্ভকনে লাকত্তুম কাওমরবা মরূপ অহুম আসনা লৌ শান্না খুৎলাংদুনা মরেপ্পবা অদুদা কনা অমত্তনু জরাসন্ধগী মনাক মরু বা ওয়মদে। জরাসন্ধগী লানথৌদ চহী চহুম চংনা হাৎলবনু লোইবা ওয়োই। মরম অদুনা যদুবংশনা মথুরাদগী দ্বারকাদা হোংথিবা শ্রীকৃষ্ণগা তাদুনানি।

শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠির মহারাজদা হায়রকই, হে ভরতকী মচানুপা অথোইবা ! মহাক্তি সম্রাট ওইবা য়াবগী গুণমক চেল্লিবনি, অদুমা নহাক সম্রাট ওইবা য়াম্না চুমই ; অদুবু ঐনা তশেংনা হায়বা ওয়দি মহাক জরাসন্ধনা হিংলিঙৈদদি রাজসূয় যজ্ঞ তৌবা কদোঙৈদন্নু য়ারোই। কৎথিব্রবা সুপা অসিনা হুজিক অসিদা মরাল লৈত্রবা নিংথৌ মরিফুতরুক কাদুনা বন্দী থম্লি। নিংথৌ তরামরি হেক কংবগা নিংথৌ চামা পুল্লপ বলি তৌদুনা মহাদেবদা কংকদৌরবনি। অহানবদা মাহাক হাম্না হাত্তুনা মরাল লৈতবা নিংথৌশিং থাদোক্কুনা মথল্লাই কনবিথো।

শ্রীকৃষ্ণগী ৱা অসি তারগা যুধিষ্ঠিরনা অমুক হায়রকই, ইবুঙো ঐদি নংগী নপাথোম পাঙ্গন্দা তোংদুনা লৈজরিব মীনি। নংঙ্কা কিরবা জরাসন্ধ অদুদা ঐনা করি তৌরুবিগদগে ? নংনে, বলরামনে, ভীমসেননে, অর্জ্জুননে নথোই মরিগী মনুংদা কনানা মাবু হাৎপা ঙমগদগে হায়দুনা ঐ হন্না হন্না ৱাখল তৌরে ; অদুবু ৱারেপ অমতা তাবদি ঙমদে, হুজিক্তি নংনা তৌ হায়বা অদুতা ঐ মতৌরগে।

যুধিষ্ঠিরগী ৱা অসি তাবদা ভীমনা হায়রকই, হোৎনবা ৱাৎপা নক্রগা মপাঙ্গল শোনবা অংদি পাম্বৈ লৈজদবা নিংশৌনা অকনবগা লাল শোক্নরবদি মাহাক ভুম্বা য়াই। শোপ্লবন্নু শোন্না অতনবা লৈতনা হেকমক লানথোং শীল্লগা অকনবা য়েন্নবৃব্নু জয় তৌবা য়াই। কৃষ্ণনা খুজিন থৌরাং হৈবনি, ঐনা অকনবনি, অর্জ্জুননা লাল হৈবা হৱাংদুনি। মৈ অহুমনা যজ্ঞ পাংথোবপগুম ঐথোই অহুমনা জরাসন্ধ হাৎপদু য়াই

ভীমনা রাক্ষস অসি হাপাংলুনা শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরদা হায়রকই, মহারাজ ! অপংব মীশিংনা তুংগী রাথল তৌদনা থবক তৌই, মাসি-মক্তুনা মরম ওইদুনা মীনা মশাগী কান্নবা তৌবতদা মাই ওনশিন্নরিবনি। মমাংদা হন্নবদি মহারাজগী মাংদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মরক্তা অমনা খাজনা থাদোকপগী মপান্না, অমনা প্রজা নিংথিনা ঙাকপদা, অমনা লাইনিংবগী মপান্না, অমনা ঃরূপ লৈবদগী, অতোপ্পা অমন কনবগী সম্রাট ওইখি। অদুবু নত্তোন্দ দ গুণ পূর্ণমক অদু পুল্লপ ওইনা তিন্নবনি। অদুনা ভরত শাগেগা থাওয়ম ! বলি তৌগদৌবগী শা য়োকপগুম য়োক্তুনা বন্দী থম্লিবা নিংথৌশিং অসিগী মথক্তাই কনবিনবা হায়না লাক্লুনা জরাসন্ধবু হাংখো হায়না ঐনা মহারাজদা পাওতাক পীরি। হৌজিকমক্তি জরাসন্ধনা সম্রাট ওইরি। অদুনা মাহাক হাম্না হাত্তনদি রাজসূয় যজ্ঞ তৌবা য়াররোই। মাহাকপু হাৎপা নিংথৌ অদুতন সাম্রাজ্য ফংগনি অদুগা মাহাকী মঙাম্না পৃথী অসি পুম্নং লৈংগনি।

শ্রীকৃষ্ণগী রা অসি তাবদা যুধিষ্ঠিরনা খুমকই, হে কৃষ্ণ ! ঐনা সম্রাট ওইনিংদুনা ইতোমদগী থমবা মুপাদৌনা নখোইবু অদুক মতিক মগুণ চাওবা মুপাগা লাপ শোক্লগা হায়দুনা করম থাশিগে ? ভীমার্জ্জুন অনিনা ঐগী মিৎ অনিনি ; কৃষ্ণ-না ঐগী পুক্নিংনি ! মরম অদুনা নখোই অদুক থাদোক্লগা ঐ করম্না হিংদুনা লৈগোগদগে ? অদগা জরাসন্ধগী তেজো ন্দ য়াম্না খুৎকন পাম্নলি, য়ারাজমক্তম্ম মাখোইবু ভমদে হায়বা অদুদা নখোইমা করি তৌরুগদৌরিবনো ? রাজসূয় যজ্ঞ অসিতা খিৎ তোক্লশি ; মাসি মীনা পুবা থাংবা হায়বা থবক নত্তে।

যুধিষ্ঠিরগী ব্রা অসি রাজধর্ম্মদুনা, অর্জ্জুননা হায়রকই, লায়-চিংবা ইহোং হোংনবগী নিংথৌ অদুবুদি মীমা মগুণ লৈতবনি কায়না নীংনৈ। মগুণ লৈতবা মুপা অদুদি লম্বোইদুনা চংখিবগা থোইনা কৈ। ঐখোই যজ্ঞগীদমক জরাসন্ধবু হাৎলগা নিংথৌ মচাম অদু থাদোকপিরুবনু হায়বা ওমদে। মমম অদুনা ঐখোই সম্রাট ওইনবা লাল শোল্লবা য়াম্না কৈ।

মাসি তাবগা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, মাতু ভরত শাগৈদা কুন্তীগী গর্ভদ পোকপা মুপামা হায়গদবমক্তি। অয়ুক্তা শিগনি থংদবা অমদি নুংথিন্দা শিগনি হায়বা ওমদবা অহিংদা শিগনি তম্বা ওমদবা তাইবং মীওইবগী পুমশিনি। লাল শোল্লদে হায়দুনা মী অসিমা অমম ওইথরে হায়বা য়াওদরি, অদুনা কিচায় মুঙ্গা তোঙ্গনা য়েঙ্গবনু মায় মীহনবা অদুতবু ঐখোইনা মুপা কৌবনি। ঐ ভীমার্জ্জুনগা লোয়ননা জরাসন্ধগীদ চংকে। মাবু কৌথোক্লগা ঐখোই অহুমগী মরক্তা মাহাক্কা অপাম্বা মী অমগা তোম্বাং লাল শীংনুগে। মাদি মপাখোয় পাজন্দা য়াম্না নাপল তৌজবা মীনি, অদুনা মা ঐগা নত্রগা অর্জ্জুনগা লাল থেংনবা পাম্মোই! ভীমগা লাল থেংনবনা হেন্না মিহৌগনি। হংস অমসুং ডিম্ভক শিথরে; কংসসু ঐনা হাৎথরে। মাখোই অহুম্না খুৎলিংদুনা শৌ শানা লৈরিবৈদদি কনানসু জরাসন্ধগী মতু নামা তেকহনবা ওয়্রমদে। হৌজিক অসিদদি মাবু হাৎনবা হোৎনবগী মতম চপ চারবনি। ভীমনা শোয়দনা মাবু লান্দা ওমগনি হায়না ঐনা নীংই।

ভীমগী রাক্ষস অসি য়াপাংদুনা শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরদা হায়রকই, মহারাজ! অপংবা মীশিংনা তুংগী রাথল তৌদনা থবক হৌই, মাশি-মক্তনা মরম ওইদুনা মীনা মশাগী কাম্নবা তৌবতদা মাই ওনশিল্লরিবনি। মমাঙৈদা হুম্নবদি মহারাজগী মাংদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মরক্তা অমনা খাজনা থাদোকপগী মপাম্না, অমনা প্রজা নিংখিনা ঙাকপদা, অমনা লাইনিংবগী মপাম্না, অমনা রপ লৈবদগী. অতোপ্পা অমন কনবনগী সম্রাট ওইখি। অদুবু নত্তে ন্দ দ গুণ পূর্ণমক অদু পুল্লপ ওইনা তিল্লবনি। অদুনা ভরত শাগেগী, খাণ্ড'ম! বলি তৌগদৌবগী শা য়োকপগুম য়োক্তুনা বন্দী থম্লিবা নিংথৌশিং অসিগী মথরাই কনবিনবা হায়না লাক্লদুনা জরাসন্ধবু হাংখো হায়না ঐনা মহারাজদা পাওতাক পীরি। হুজিকমক্তি জরাসন্ধনা সম্রাট ওইরি। অদুনা মাহাক হাম্না হাত্তনদি রাজসূয় যজ্ঞ তৌবা য়'রোই। মাহাকপু হাৎপা নিংথৌ অদুত্তন সাম্রাজ্য ফংগনি অদুগা মাহাকী মওাম্না পৃথ্বী আস পুম্লেং ল'গনি।

শ্রীকৃষ্ণগী ৱা অসি তাবদা যুধিষ্ঠিরনা খুম্লকই, হে কৃষ্ণ! ঐনা সম্রাট ওইনিংদুনা ইতোমদগী থনবা নুপাদৌনা নখোইবু অদুক মতিক মঙ্গুণ চাওবা নুপাগা লাপ শোক্লক হায়দুনা করম থাশিগে? ভীমার্জ্জুন অনিমা ঐগী মিৎ অনিনি; কৃষ্ণনা ঐগী পুক্লি'নি। মরম অদুনা নখোই অহুম থাদোক্লগা ঐ করম্না হিংদুনা লৈগোগদগে? অদগা জরাসন্ধগী তেঙ্গোন্দ য়াম্না থুংকন পাঙ্গল্লি, য়ারাজমক্লবু মাখোইবু ঙমদে হায়বা অদুদা নখোইমা করি তৌরুগদৌরিবনো? রাজসূয় যজ্ঞ অসিতা খিৎ তোক্লশি; মাসি মীনা পুবা থাংবা ওম্বা থবক নত্তে।

যুধিষ্ঠিরনা য়া অসি লৌকখৎলদুনা, অর্জ্জুননা হায়রকই, লাক্‌চিংবা ইহোং হোৎনক্রবা নিংথৌ মতুংদি মীনা মগুণ লৈতবনি হায়না কীংনৈ। মগুণ লৈতবা মুনা অদুদি লম্বোইতুবা চৎথিবনা থোইনা কৈ। ঐখোই যজ্ঞপীদমক জরাসন্ধবু হাৎলগা নিংথৌ ময়াম অদু থাদোকপিরববু কত্তে হায়বা ওমদে। মরম অদুনা ঐখোই সম্রাট ওইনবা লাল শোক্রবা য়াম্না কৈ।

মাসি তারগা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, মাদু ভরত শাগৈদা কুন্তীগী গর্ভদ পোকপা মুপানা হায়রগদবমক্রি। অয়ুক্কী শিগদি থংদবা থমদি সুংথিন্দা শিগনি হায়বা ওমদবা অহিংদা শিগনি তবা ওমদবা লৈরবং মীওইবগী পুনশিনি। লাল শোক্লদে হায়দুনা মী অসিম অয়ুর ওইথরে হায়বা য়াওদরি, অদুনা নিজার মুনা তৌদুনা য়েক্কনবু থুম্না মীহনবা অদুতবু ঐখোইনা মুপা কৌবনি। ঐ ভীমার্জ্জুনগা লোয়নবা জরাসন্ধগীদ চৎকে। মাবু কৌথোক্লগা ঐখোই অহুমগী মরক্তা মাহাক্না অপাম্বা মী অমগা লোয়নবা লাল শীংলুগে। মাদি মপাথোক পাক্নদা য়াম্না নাপল ভৌজবা মীনি, অদুনা মা ঐগা নক্রগা অর্জ্জুনগা লাল থেংনবা পাম্মোই। ভীমগা লাল থেংনবনা হেন্না মিহৌগনি। হংস অমসুং ডিম্ভক শিথরে; কংসসু ঐনা হাৎখরে। মাখোই অহুম্না থুৎলিংদুনা শৌ শানা লৈরিবৈদদি কনানসু জরাসন্ধগী মতু নামা ক্তেকহনবা ঙম্মদে। ইজিক অসিদদি মাবু হাৎনবা হোৎনবগী মতম চপ চারবনি। ভীমনা শোয়দনা মাবু লান্দা ঙমগনি হায়না ঐনা নীংই।

জরাসন্ধ হাৎলবদি মরাল লৈতবা নিংথৌশিংগী মথয়াই কনবিবগী মক পুন্থ ফংগনি হায়বা অসিতনা শ্রীকৃষ্ণগী চিন্তা ওইরমই। মসিমক্তনা মরম ওইদুনা মাহাক্না জরাসন্ধ হাৎনবা যুধিষ্ঠিরদা তক্করম্লই। কৃষ্ণ অমস্তুং ভীমার্জ্জুননা জরাসন্ধবু হাৎপা মাদুম হেকমক চৎলবদি, মাগী অহোব থিদুনা মাবু শোয়দনা হাৎপা ঙমগনি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা খল্লগই। রাকম অসিদা যুধিষ্ঠিরনা অমুক খল্লম্বনা জরাসন্ধগী তেঙ্গোন্দি অচৌবনি; অদুনা তোঙ্বাং লান্দা জরাসন্ধবু হাৎলুরবস্থু মাগী থাংবুনা অমুক লাল মহোররকপা য়াই হায়বা অসিনি। মাদুম শ্রীকৃষ্ণবেই হৎগোকখ্রবমকস্থু মরাল লৈজদবা নিংথৌশিংগী মথয়াই কনগে হায়বগী লাররুবনি; অদুনা মাগোই শিরবস্থু শিনা পুন্থদি অতুম মফংলগনি হায়বা পুকচেল চাওবগী পম্থেং অম্নোবা অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা তোংলমই। শ্রীকৃষ্ণগী অসিগুম্বা রাখল ঐখোইনা মহাভারতা য়াম্না তোয়না থেংনৈ মথক্কী শ্রীকৃষ্ণগী রাখল অসিগুম্বা অমস্থু ঐখোইনা গীতাগী মতাংদা 'হতোবা প্রাপস্যসি স্বর্গং জিত্বাবা ভোক্ষ্যসে মহীম্'—মীনা নংবু হাত্তোকখ্রবস্থ নং নমাই ওন্দনা লানকমদা শিবগীদমক স্বর্গ মক'রগনি, ন'না লান্দা জয় ওইরবস্থু নং রাজ্যভোগ মচাগনি হায়বা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুনদা তাকপিখিবা ঐখোইনা ফংই। গীতাদি মহাভারততা য়াওই, মাসি করম মহাভারতকী মস্থুং চম্লবনো হায়বা অদুদি মথাদা মতাং চানা ইরক্নি।

মমৈথংদদি শ্রীকৃষ্ণগী পাওতাক মতুং ইম্না থবক চথরে। শ্রীকৃষ্ণনে, ভীমনে, অর্জ্জুননে ব্রাহ্মণগী ফিজেৎ শেৎলদুনা জরাসন্ধগী নাক্তা চৎলে হায়রগা মাঙোন্দা লাল শীংলুরে। মাদুদা জরাসন্ধন হায়রকই,

ঐ কদৌটৈ নখোইগী মাংনবা তৌগ্নবগে মন্ত্রগা করি নখোইগা য়েংথিনবা য়াবা শাজং চৎখ্রবগে হায়বা ঐ করিমতম্ভ নিংশিংদে। অদুদবু নখোইনা ঐবু নখোইগী য়েক্লব'দানা ভাংলন্নিবা কন্নিগীনো? নখোইগী অয়ানবা থন্নদি শোয়দনা লৈরম্লগ'ন।

মতাং অস্থরাইদা ভীমার্জ্জুন ব্রা মচেৎ অমতা ভা'লমদে; ব্রা ভাংনবা হায়বা মখে শ্রীকৃষ্ণগী মখোদাং ওইনা তৌরমহ। অদুনা মথক্কী জরাসন্ধগী ব্রাহংদা শ্রীকৃষ্ণনা খুমথি—ময়াল লৈতবা নিংথৌ অতৈ অতৈদ' হিংসা তৌববু নংগী ক'র নখোনো। নংন নিংথৌশিংবু বলি তৌদুনা মহাদেবদা কংকদৌরিববু করম তৌদুননো! ঐখোইস্থ নংনা তৌরিবা পাপকী থবক অসি খংলবনিনা তুমিন লৈথোক্লবদি নংগী পাপকী শরুক য়াবা হায়বা অদু ভারগদৌবনি। ঐখোই মী বলি তৌবা হায়বদুদি থক উদ্রি। অদুবু ন.না ম বু ব্লি তৌদুনা শিব পূজা করম তৌগদৌরিবনো! হে পুকক্তবা জরাসন্ধ, নমান্নববু শাদৌনা হেক মনীংবদি মং নত্তনা জীব অতোপ্প' অমা লৈরম্মরোই। ঐখোই থাগৈশেংবা ব্রাহ্মনস্থ নত্তে, ঐনা বাস্তদেবগী মচা মুপানি, অনি অসিনা পাণ্ডুগী মচানি। ঐখোই অহুম্মক ক্ষেত্রি ভাক্তনি। ঐখোইনা নঙোন্দা লাপ শীংলি, নিংথৌশিং অসি থাদোক্কে হায়রগা থাদোকখ্রা, থাদোক্লোই হায়রগা লাল শোক্লদুনা যমগী লৈখাক তাম্না চৎখ্রা। নিংথৌশিং থাদোক্ত্রব'দ ঐখোই অহুমগী মরক্তা মংনা অপাম্বা মী অমা খল্লগা চোংথোরক্লো, লাল থেংনমবা থৌরাং তৌরশি। শ্রীকৃষ্ণগী ব্রা অসিনা তাকপদি জরাসন্ধনা বন্দীশিং থাদোক্লগা লাল শোক্লদবা থাদোক্ত্রগা মা লাল থেংমবা তাই

হায়রবতনি। অদুবু জরাসন্ধ শ্রীকৃষ্ণগী অসিগুম্বা রাজনীতিককা ত'বিবা মীত্তা ওইরমদে। মরম অদুনা মা ভীমগা লাল থেংনগে হ'য়রে। মুহিং তরাহুংদোইনি ভীমগা জরাসন্ধগা লাল শোক্লরবা মতুংদা ভীমনা জরাসন্ধ হাৎলে। মতম অদুদা তোম্বাং লাল শীংবদবু শীংলুরবদি কেত্রি মচা অমনা মমাই থক লৈনরংদে। নীতি অসিগী তুং ইন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা জরাসন্ধ হাৎনবা খুজিল শীনখি।

অদুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা জরাসন্ধগী মচাবু মপাগী মহুত্তা নিংথৌ ওইহল্লে অমসুং বন্দী ওনম্বা নিংথৌশিং থাদোকপিরে অদুম থাদোক পিবা নিংথৌশিংদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি, মহারাজ যুধিষ্ঠির রাজসূয় যজ্ঞ তৌগনৌরি, মাসিদা নখোইমু মতেং থর পংবিয়ু। মাখোই মতেং পাংগে হায়না য়াখি।

মতম অদুদা ভরতবর্ষ অসি অচৌ অপিক নাইনা লৈবাক কয়ামরুম পোক্লা খায়দোক্লমই; লৈবাকশিং অদুগী শরুক অয়াম্বদি জরাসন্ধগী মখা পুমপোল পোল্লম্বা অমা নত্রগা মহাক্কা মরূপ্নি হায়দুনা লৈরগা মাবু পেন্নবত্তা তৌদুনা লৈবা কাংবু অমা কাংলুপ অমা অসিনি। নোংচুপথংবা ভরতকী মথুরদা মী ওৎলম্বা কংস জরাসন্ধগী মমাক্নি; অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা কংস হাৎলবদা জরাসন্ধনা মথুরাদা তরানিপাল্লক লাল তারে, অদুনা মমৈথংদদি যাদব শাগৈ শ্রীকৃষ্ণগা য়াম্নদুনা দ্বারকাদা য়ুম হোংখরে। কুরুক্ষেত্র লান্নাওদা কৌরবনে, পাণ্ডবনে কাংবু অনিমক্কী লানগী তিনখিবা অক্ষৌহিনি তরানিপালতনি, অদুবু জরাসন্ধগী অক্ষৌহিনী কুনহুমদোইথক লৈরমই। অসিগুম্বা লাকণুম ফাওমত্রবা মুপা অসি মপাম্বোম পাঙ্গল্লা লৈবাক কয়া কল্লা জ।

তোরমই হায়বতা মত্তনা মুংশি হৈত্তবগী মতৌ কয়াম্ব উৎথোক্লমই। মাহাক্লা নিংথৌ চামা বলি তৌদুনা মহাদেবদা কৎকে হায়না রাশকখি; মাহাক্লা নিংথৌ মরিফুতরুক বন্দী থনমই, নিংথৌ শরামরি কাংখিবা গুইরি; চামা পুরা হেক ফাবদা মাথোই লোইনা বলি তৌগদৌরিবনি। মাস্থম জরাসন্ধনা মম্মবশিংদা শাদা চংকদবা লিচৎ চৎকে লাক্লরকইবা অসি মতম অদুগী অকনবনা অশোনববু লাকচবা হায়বা রাজনীতি অদুনি।

অস্থম মীওৎপা নিংথৌশিং অসিবু লাকপিনবা অকনবা রাজশক্তি অমতা মতম অদুদা লৈরমদে। অদুনা লৈবাক অপুম্বা কোক্তা খুৎ হাপ্পা হায়নদ্রু য়োনরমই। মতাং অসিবু পুরাণনা পৃথিবীগী তেংথাবা হায়বা মি পোল থোক্লি। নিংথৌশিং অদু হিংচাবগা পাংথক ওইনা পাক্লমই। অদুনা পৃথিবী অসিগুম্বা মীওৎপ লানমীশিং অসি পুবদা শাথিনা লুক্লমই। চাওথোকপনা ময়ই কারবা হিংচাংশিংনা নিংথৌ ওইরবদা মীওৎপা লানমীগী মতে গুমনা নৈংকপদ পৃথীনা খাংবা ঙম্লক্তে; মরম অদুনা মানা ষমবী ওন্দুনা ব্রহ্মাগী নাক্তা চৎলে হায়রগা মাগী অরাবা কোকহল্লু হায়না ব্রহ্মাদা লাওরুরে, ব্রহ্মাস্থু রারোল অপুম্বা তারগা জগৎকী মপু নারায়নদা রাকৎলক্লে। গুহাক লৈরগা ব্রহ্মা আকাশবানী অমা তারে লাই থুনা বসুদেবগী য়ুমদা লাংওল্লক্লগনি। ব্রহ্মাগী রা তাদ্রিঙৈদা, ভগবাননা হাপ্পা পৃথিবীগী কোকথোং শোয়দনা য়াংহল্লগনি।

ঐখোইগী মতম অসিদসু মাস্থম পৃথ্বী শাৎনা তেংথা নাওইবা অম ঐখোইনা থেংনখ্রে। হিটলারগী মপাম্বোম পাঙন্দা ইউরোপ

পুন্নমক ফিবনা থক থক নিক্লরমই। ইউরোপকী শিংখৌ কয়া কয়া মাহাক্না লৈখ' ভাহনখি, অদুগা কয়া কয়ামা ইংলণ্ডগুম্বা লৈবাক্তা চেনশিন্দুনা খাংখি। হিটলার অমস্তুং মুসোলোনী জাপানগা তিন্নদুনা পৃথিবী পুম্না য়োংলগে হায়না লাক্লরমই। মাদুমক্তনা মরম ওইদুনা লাক্তাও অমা পৃথিবী শিনবা থুংনা থোকখি। লাল অদু চহী তরুক চুপ্প ঈশিংদা কংঙ্কান্দা অমদি অতিয়াদা শোক্লরবা মতুংদা হিংচাবগী মতৌগুম্বা হিটলার অমস্তুং মুসোলিনীগী শক্তি মাংখি।

শ্রীকৃষ্ণগা অসিগুম্বা হিংচাবগী লিচৎ চৎপা মুপা অসিগা মাইয়োক্লবা ভারে। অদুনা মাহাক মাখোহবু নমথদুনা ওইরে, হাত্তুনবু ওইরে নিংখৌ যুধিষ্ঠিরগীদমক ধর্ম্মরাজ্য অমা লিংখৎকে হায়না মবুক্লিংনা চপ য়ুংনা লেপ্লমই।

জরাসন্ধনা মতম অদুগী ভারতকী হিটলাররনি। মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মাবু হাত্তুনা, বন্দী থম্লিবা নিংখৌশিংবু থাদোকপিশি হায়বা য়াহৌদোক অমা ইহান হান্না থাংগৎলম্বনি। অদুবু জরাসন্ধগী লান্মীদি মশীং নাইদনা লৈরম্বনা মহাক্তা চানবা লাল ওইনা থেংনবদি কয়া ওইনমদে, মীদুম অয়েম্বদা পংশি শিনদুনমক্তা ভোকপা য়াই হায়না শ্রীকৃষ্ণনা খল্লমই। অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা ভোম্বাং লানগী থৌরাং ভৌরম্বনি। মী পংয়াম য়াম্না শিহন্নিংদবদগী শ্রীকৃষ্ণনা ভোম্বাং লাল পাম্লমই।

# (৩) রাজসূয় যজ্ঞ

যুধিষ্ঠির মহারাজ রাজসূয় যজ্ঞ হৌগদৌবগী কয়া লাক্লরে। অদুবু মাসি রৈথাই থিজাই থর য়াওদনা পাক শাংথোকপা রাখা থারবা অদুদি থোক্লে। যজ্ঞগী তিন্নরবা সভা অদুগী মসুংদ খুৎইদগী অথোইবা মীদা অর্ঘ্য কৎপা হায়বা অমা আ মমাঙৈদগী চৎনরক্লবনি। মরম অদুনা যজ্ঞ হৌরমদাইদদি যুধিষ্ঠিরনা কনাদা অর্ঘ্য কৎকদগে হায়না মবুধৌ ভীষ্মদা হংলক্লে; কুরু বৃদ্ধ পিতামহ ভীষ্মনা শ্রীকৃষ্ণদা অর্ঘ্য কৎলু হায়রে। অদুদগী যুধিষ্ঠিরগী সহদেববু শ্রীকৃষ্ণদা অর্ঘ্য কৎহল্লে। শ্রীকৃষ্ণনা শাস্ত্রগী বিধি মতুংইন্না অর্ঘ্য লৌরে। মপাঙ্গল কনবা, মথৌনা লৈবা শিশুপাল শ্রীকৃষ্ণবু মাসুম পূজা তৌবা উবদা খাংবা ঙমদ্রবনা ভীষ্ম, যুধিষ্ঠির অমসুং কৃষ্ণবু তথি তথি চৈ থাংবা হৌগৎলক্লে।

শিশুপালনা হায়রকই, হে পাণ্ডব! অসুপ রাখা নিংথৌ রাওনা রাওনা কৃষ্ণবু পূজা তৌকম শুকথোক থোক্লে। নথোইনদি সুংশি-জবদগী মাবু পূজা তৌজরিবনি, অদুবু অদুগুম্বা লিচৎ নথোইবা উৎপা মতিক চাদে। নথোইদি অঙাংনি; অদুনা নথোই ধর্মগী রা অমত্তা খংদে, অদুগা ধর্ম হায়বা অসিগী মাগী রূপখল্লে, অদুগা মথক্তা ভীষ্ম হায়রিবা মসুপা অসিনু তুংগী পোরম পংউ উজবা, কাওজল থীরবা মীনি। হে ভীষ্ম! নংদোনা ধর্মদা পামজবা মী কয়া কয়া চোপহল্লে। কদোৎঙৈদনু নিংথৌ ওইদবা কৃষ্ণদা নংনা করম অর্ঘ্য পীহল্লুরিবনো! কৃষ্ণ মাসু নিংথৌ অসুপ রাখাগী মমাংদা

করম পূজা লৌরম্মিবনো ? চহীরোমা খমুয়ে, বসুদেব য়াওনা য়াওবা কৃষ্ণবু পূজা তৌকম থোক্কে। হে কুরুনন্দন, কৃষ্ণদি নংগী নুংং হেক হেক ইহি, অদুনা নংনা মাবু মু শিকম থোকইদি হায়রবসু দ্রোণা চৈনা চৈবা মাবু পূজা তৌরুকম থোক্কে। কৃষ্ণবু আচার্য্যনি হায়না খঙুরবদসু. দ্রোণ য়াওরিঙৈদা মাবু করিগী পূজা তৌরগনি ? পুরোহিত ওইনা কৃষ্ণবু পূজা তৌবনি হায়গে হায়রবসু দ্বৈপায়ন ময়াওরি। হে রাজন্ ! শিনিংবা মতমদা শিগদারিবা শান্তনুগী মচানুপা ভীষ্মদেব, পান্জলসু কনবা শাস্ত্র পুন্নমক্তসু হৈশিনবা অশ্বত্থামা, রাজেন্দ্র দুর্য্যোধন, আচার্য্য কৃপ, আচার্য্য দ্রুম, নিংথৌ রুক্মী অমসুং মত্রাধিপ শল্য মহাত্মাশিং অসি য়াওরবমক্তদসু করিগী কৃষ্ণদা অর্ঘ্য পীরুবনো ? অমগ্নিগী অচানবা পড়ুবা, অকনবা কর্ণদদি অর্ঘ্য পীদোক্রদ্রবন কৃষ্ণদা করিগী পীরুবগে ? বাসুদেব পুরোহিতসু নত্তে, আচার্য্যসু নত্তে অদুগা নিংথৌসু নত্তে। কুরু শাগেগী অথোইবা মুপাও ! নংনা চায়বদগীতনা কৃষ্ণদা অর্ঘ্য পীরুরম্মনি। কৃষ্ণভবু পূজা তৌগে হায়না নপুক্কিংদা হায়রবা লেপখ্রবা ওইরমদি, মংনা করিগী নিংথৌ ময়াম অসি কৌরপগা ইকাইবা পীম্মিবকো ? ঐথোইসু কুন্তীগী মচা মহাত্মার কিবদগী, থেমলিংবদগী অমাদি মিহোৎবদগী মাঙোন্দা খজনা কাবা নত্তে, মাহাক ধর্ম্মদা মাই ওন-শিন্দুনা সম্রাজ্যদা দীক্ষা লৌগদৌরি হায়রবগীদমক খজনা কাবনি, অদুবু মাংদি ঐথোইবু ইকাই খুমদে। রাজসভা অসিগী মনুংদা মন্তিক চানবা কৃষ্ণদা অর্ঘ্য পীদুনা ঐথোইবু ইকাইবা পীরম থোক্কে; ধর্ম্মগী মচানুপা ধর্ম্ম চেল্লি হায়না কাওবদি ময়াম য়াওদনবি হায়রবদা

করিন্থ চিংনবতাই লৈতে। করম্বা ধর্ম্ম লৈবা মীনা ধর্ম্ম য়াদেবা মীয়্ু অকবা মীনি হায়রুনা পূজা তৌগদগে ? বুক্কি শাগৈদা পোকপা মুপা অসিনা নত্তবা লমচৎ চত্তুনা মহাত্মা জরাসন্ধগী মথক্লাই মাংহন-খিবনি ; অসিগুম্বা লমচৎ য়াওদবা কৃষ্ণদা অর্ঘ্য পীরুবদা ওসি যুধিষ্ঠিরগী পুকচেল পিকপা কোংদোক্লে, ধর্ম্ম চেন্নকপন্থ মাংহল্লে। কুন্তীগী মচাশিংদি য়মই, পাংজদে, মবুকচেল পিকই অমম্নুং লাই নিংজবনি ; হে কৃষ্ণ ! নংদি থর থোইদোক হেন্দোক্লা, নৈনবনা চুবনি ; মাখোইনা অতোপবা জীব ওইরুনা অমদি মপুকচেল পিক্তুনা নংবু পূজা তৌরো, নংদি নশামক মতিক চাদবনা করম্না পূজা অদু য়াঃরুরিবনো ? হূইনা ঘি মরিক অমতং লোয়া লেকপা ফংবদা মতোমতা চাওথোকচবগুম, নংস্থ নতিক ইচা চাদনা পাগুবনা পূজা হেক তৌবিবা অসিদা চাওথোকচশারি। হে কৃষ্ণ ! মাহুম তৌজশাবা অদুনদি নিংথৌশিং অসিবু পাক চোপহনবা য়াদে ; থাঙ্গশেংনা থমরুমবদি, পাগুবনা নংবু করেম্নখিবনি—নপুংসকী লুহোংবা, মিত্তাংবা মীদা শক উৎপা অরেম্বনি, অদুগুমহুনা রাজ্য লৈজদবা মীদা নিংথৌগুম ইকাই খুম্নবা উৎপা য়াম্না ইকাইবগী মশক্কি। কৃষ্ণগী লোশিং নিংথৌ যুধিষ্ঠিরগী অমদি ভীষ্মগী মুক্তা লৈ হায়রবা থংলে। মাসি হায়রগা শিশুপাল কন্কমদগী ফুক হৌগত্তুনা মাগা মত তিন্নবা নিংথৌশিং পুজেমহুনা চৎকদৌবগী থৌরাং তৌরে।

মাহুগী তুংদা নিংথৌ যুধিষ্ঠির শিশুপালগী মনাক্তা অথুম্বা য়ানা মাবু থেম্নকই ; হে নিংথৌ। নহাক্না হা'লিবা য়া অদু নতিক চাফাত্তে, ধর্ম্ম য়াওত্রে, য়াকমল্লে অমম্নুং অর্থ থোক্তে। ধর্ম্মগী জ্ঞান

লৈরবদি, মহাক্না ভীষ্মবু অচুম হৈকাইবা পীরম্মোইদৌবনি। মেংউ, মঙোন্দগী চহী হনবা অহনশিংনদি কৃষ্ণবু পূজা তৌবা পামই, অদুনা মং মা নমউ। হে চোদি নিংথৌ, কৃষ্ণ অমসুং ভীষ্ম মুম থ'উ, কৌরবনা কৃষ্ণবু থংবগুম মংদি থংদে। ভীষ্মনা হায়রকই যুধিষ্ঠিরে, মীঙগী হল্লবা কৃষ্ণবু পূজা তৌবদা য়ানিংদবা মীবু থেম্মুবা কায়দে। চাওখ্রবা নিংথৌগী সভ অসিদা কৃষ্ণনা তেজদা মায়থীবা পীদবা নিংথৌ অমতবু উদে। কৃষ্ণবুদি ঐখোইতনা পূজা তৌবা নত্তে, মরোল অচুমদা লৈবা মী অমসুং লাইনা পূজা তৌনরবনি, লানকমদা মাঃক্রা ক্ষেত্রি মচা মশীং নাইদনা জয় তৌখরে, অদুগী মথক্তা ব্রহ্মাণ্ড অপূম্বা অসি মাঙোন্দা লৈরম্বনি; মরম অদুনা চহীদা অহল ওইবা মী অতৈ কয়া লৈত্রবসু ঐখোইনা শ্রীকৃষ্ণদা অর্ঘ্য পীরে, মাসিদা মানা মাসুম চাও-থোকপা উৎপা চুমদে, মাগী বুদ্ধি মতু দা অমুক হন্না চোইথোক্কবা কৈ। পোকপদগী হুজিক ফাওবা অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা তৌবা থবক য়াম্না ঐঙোন্দা মীনা তৈম্লে। ঐদি জ্ঞান লৈরবা অহল লমন অমসুং সাধুগ-ণাকসু তি ম; মাখোইদগী শ্রীকৃষ্ণগী গুণ মপৈ অমগী য়াম্ন হারে। মাগী মপাঙ্গল মথৌন, মিংচৎ, মানা জয় তৌরকপনচিংবগী ম'রী থংল-হুনা জগৎনা লাৎনরবা কৃষ্ণবু ঐখোইসু পূজা তৌবকনি। মাসি নত্তনা অতোপ্পা মরম অমগী হায়বদি খুলং লংথোকপা ওইনা অমদি ওইজ ওইথক তাংবোইন ঐখোই কদৌহৈদসু কৃষ্ণবু পূজা তৌরম্মোই। হনুবা কাংবু হন্দোক্নুনা গুণ হিংক্লা তিল্লবা কৃষ্ণবু পূজা তৌকন নোংই হায়দুনা ঐখোইনা শ্রীকৃষ্ণবু অথম্বনা পূজা তৌরবনি। ব্রাহ্ম শিংগী ময়ক্তা মীনা জ্ঞানদা অহল ইওই ওইবা মীতবু লাৎনৈ, ক্ষেত্রিশিংগী

মমাংদু খুনাইরগী মেরা কনব মুপা অমুবু পুজা তৌরৈ  মৈনথদা খুনাইদগী হেক-ইনমুক খুনবা মীবু পূজা তৌরৈ, অদুগা শূদ্রদা চহী অহুম ইমাই ওইবা মীবু পূজা তৌরে। অদুবু ঐখোইনা শ্রীকৃষ্ণবু, পূজা তৌগনী মরম অদুদি মৈ; মাহাক বেদ বেদাঙ্গদা হৈশিংই অমসুং মাহুদা চাংদম পাঙ্গবা মপাঙ্গলম্ব কনি। মামুক বেদ হৈবা অমসুং মপাঙ্গলবা লৈবা, মুপা অতোপ্পা অমা মালেমদা ভাইবংদা লৈরোই।

পীথোকপদা হাঙেংদবা, হৈশিংবা, বেদগী জ্ঞান লৈবা পাঙ্গল কনবা, ইকাইবা খংবা, মিংচৎ চৎপ লৌশিং শিংবা, মোঙ্গকপা, পান্দমনিংঙাই লৈতবা ফজবা, তপথবা, পেনবনচিংবা গুণ মরম্তা শ্রীকৃষ্ণদা লেভেংই। মাহাক পুরোহিতনি, গুরুনি, মরী মতানি, ব্রহ্মচারীনি, নিংথৌনি অমসুং মরূপ্নি, মরম অদুনা ঐখোইনা কৃষ্ণবু পূজা তৌরবনি। শ্রীকৃষ্ণতনা ভাইবং মালং অসিগী সৃষ্টি অমসুং সংহারগী মবুঙোনি। মাহাক লাইনি হায়রবদা করি চিংনশিঙাই লৈবগে? মহাত্মা ধর্ম্মগী তত্ত্ব খংবমুক চেদিরাজ শিশুপালনা কদো-হৈদসু খংলোই; মাহা, অহল অমসুং নিংথৌশিংগী মংক্তা শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌদা য়াদবা কনা য়াওবগে? করম মুপাবা মাহাকপু পূজা তৌবদা তাথিবগে? কৃষ্ণবু পূজা তৌবদা শিশুপালনা থাংবা ওমত্রবদি মান থোকপা তৌবা য়াগনি।

ভীষ্মনা বা ঙাংবা হেক লেপথিবগা সহদেবনা হায়রকই, কেশী হাৎপা কেশবতি খুনাইদগী কনবা ইহেল হেন্নি হায়দুনা ঐখোইনা কৃষ্ণবু পূজা তৌরে, শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌবদা য়াবিংদবা ভোনথুবা নিংথৌশিং য়াওরগা চোংথোরকউ, ঐ মাখোইবু থোংপাকবা কাওথগে। মাসি

হায়রদুনা সহদেব মখোয়গী থাজনলমই। সহদেবকী চাকথোক্না থাংবা মীঠক তাবরদ্রু খোয়রকপানিংবা মিংখৌ, অমতরু চেকমোক লাওবা ওয়মদে। অদুগী মতুংদা সহদেবগী কোকথক্তা অখিয়াংবকী নোং-চৈথবগে অক্পা মায় পাগদুনা কল্যাণপ্রাপ্তী তৌরগে। থবক্নু কৌবা লৈতবা লোইনা খংলবা মীপী চিংনবমদৈ কোকতুনবা ওয়বা নংবনা মরাম মাংদা হায়রকই, শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌবদা মথাই ওনশিন্দবা অশিবনা পাংথক ওইবা মীশিংগী তাংনরুদুনা কায়দে। অদুদগী সহদেবনা পূজা তৌবদা মতিক চাবা মী মখৈ পূজা তৌদুনা থবক লোইশিনে। কৃষ্ণবু পূজা তৌরে হায়বা উবদা মিংথৌ থরদি শিশুপালদা তোংদুনা থক থুগাইনবা অমদি কৃষ্ণ পূজা তৌদনবা লাল তৈংগদৌবগী য়া তায়রে।

অদুগী তু দা যুধিষ্ঠির মহারাজনা মিংথৌ সভা অদু শাওরে হায়বা উরদুনা ভীষ্মদা হায়রকই, ইবুধৌ। অচৌবা মিংথৌগী সমুদ্র অসি অশাওবগী ইফুংনা নমথারদুনা কায়গদৌরে ; অদুনা করম তৌরগা যজ্ঞ কায়রোইদৌবগে অমদি প্রজাগী মঙ্গল ওইগদগে থর তাকপিরো। কুরুবৃদ্ধ পিতামহ ভীষ্মনা হায়রকই, যুধিষ্ঠির কিরগনু ; নংনা হায়ত্রিবৈ অং মমাংদগী ঐনা খুজিল থৌরাং তৌদুনা লোইশখ্রবনি। হুইনা নোংশাবু হাৎপা ওবা হৌরদে, নোংশা তুম্লিরৈদা হুই মরোমনা তুক নথে লাংজশাম্লিবনি। বৃষ্ণি শাগৈগী বাসুদেব তুম্লিবনা মিংথৌশিং অমিবা শাওজশারদুনা পংলাং লাংজম্লিবা হায়বা অদুনি। নোংশাগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ তুম্বদগী মাহৌত্রিবা অসিদা চেদিরাজ নৃসিংহনা মিংথৌশিং অসিবু নোংশাগী থাক্তা থাজৎচপানি। শিশুপাল থমগী মনাক থৌনিংলদুনা তৌরিবনি। নারায়ণনা মাহৌকী পাজন থীন্দনা লোথোক-

লগনি। চেদিরাজ অমদি অতৈ নিংথৌশিং অসি বুদ্ধি চোইরবনি। ভীষ্মগী ব্রা ভাবদা শিশুপাল শাওবগী মৈ হৈরে, মরম অদুনা মাহাক অয়াকপা খোল থাবা হৌরক্লে।

শিশুপালনা হায়রকই, হে ভীষ্ম! ননা অদুম ঙাংদুনা অতৈ নিংথৌশিংবু কিহল্লিবা করিগীনো, ইক'ইদ্রা? নংদি অহল মতম ওইরক্লে, কৌরব অপুম্বগী মকোক ওইরক্লবনি অদুনা নংদি ধর্ম্ম কনা য়ম্না চেনকম শোক্লবনি। অদুবু হি অচৌবা অমগী মনিংদা হি মচা অমা পুনশিন্দুনা পুক্লেম্বগুম, মিৎ তাংব মুপ অমনা অতোপ্পা মিৎতাংবা মুপা অমগী মতুং ইনবগুম কৌরবশিংনা নংগী নতুং ইনগদৌরিবনি। হুজিক্কি মাখোইস্থ নংগী নতৌ তমদুনা পুম্নাং মাংবা ভারে। কৃষ্ণনা লাংজা, শগোল, ষণ হাৎপদা সমদি মথব্রাই পান্দবা গাড়ী কাওথায়বদা করি ওক্লঙাই লৈবগে? বাসুদেবনা পুতনা হাৎপনচিংবগী য়ারী তারগা ঐথোইদি থোয়দৌদুম শাওগৎলি। অঙাংশিং ফাওবনা তাথিনবা গোপাল অদুবু নংনদি থাগৎচরি। লৈশৌ পুংগুম্বা গোবর্দ্ধন থাঙৎপদা করি ওক্লঙাই লৈবগে? খিবোং চাওবা বাসুদেব অদুনা চীংথক্তা কদুনা শাম্নবমথৈ শাম্নরুরগা, চাকয়াম লৈদুনা চাশিনজখিবতনি; মাদু উরগা ওকপদি অপংবা গোপশিং মঙাইদনা। মচৎ কত্তবা মুপা অসি কংসগী চেংনা চাওজখি, অদুগা মানা কংসবু হাত্তোকপগীদমক ঐখোইগী করি ওক্লঙাই লৈবগে? কুরুবংশগী মৈতাল অশিবা! স'ধুশিংনা' মুপী, ষণ, ব্রাহ্মন অমদি চাক থাকপা মীদা খুৎলাই থাহৈদে হায়। অদুবু নংদি মুপী, ষণ, ব্রাহ্মন হাৎপা মুপা অমবু অথম্বনা পূজা তৌরি। জরাসন্ধ ঐগা

মত তিন্নবা নিংথৌ অমা ওইরম্বনি ; মাহাক্না বাসুদেব অসিবু মিনাইনি হায়দুনা, বাসুদেবগা লাল শোক্লনিংলমদে। কেশব অসিনা মহাকপু হাৎকদৌবগী ভীমসেন অমসুং ধনঞ্জয়বু শীজিন্নরবা মতৌ অত্ত করম্বা সুপাল অচুম্ববনি হায়না মাগদগে ? শমচৎ কঙবা মী অসিনা ভাভানগী কিক্কেৎ শেৎলদুনা লোম্না কোম্বুং চংশুই অদুগা ক্ষালক্ষনা শাহ্নবী চাং য়েংনশি হায়দুনা শীংনরকই। নংবা পাণ্ডবশিংবু সাধুগী লম্বেল্লদী মশা লাক্কুনা চিংথোক্লি ; অদুম অদুম ওইনমক মাশোইদি নংনা চিংবা লম্বেন্দা চৎলবনি হায়দুনা সাধুগী লম্বেল খুদুং ইল্লি হায়দা মাথোইনা থঞ্জশারি।

শিশুপালগী অয়াকপা খোল অসি তাবদা, ভীমসেন শাওনখিবনা মমিত্তা ঈ কায়ে। অদুম অদুম ওইনমক ভীষ্মনা ভীমবু থামজিনখরে। মাহাক্না ভীষ্মদা হায়রকই, শিশুপাল অসি চেদিরাজগী শাগৈদ পোকপনি, হেক পোকপমক্তদদি মা শিব ওইনা মখুৎ মরি পান্দুনা লৈপাক্তা তারকই। মানা হেক পোকপদা গাধাগা চপ মান্নবা খোল্লাওনা লাওরকই। মাদুদা মপা, মমা অমদি মরূপ মপাং অপুন্বা খ্বাইগা মান্নদবা মাগী মত্তৌ উবদা কিনবনা লেইরে। চেদি নিংথৌ, মতু মহারানী, মন্ত্রীশিং অমসুং পুরোহিত মাসিগীদমক সুংশুক সুংজাননা লৈরিঙৈদা অতিয়াদগী লাইনা লাওথরকপা আকাশবানী অমা মাথোইনা তারমই। মাদুদা হায়রমইবদি—হে নিংথৌ ! নংগী নচাপুপা অকনবা অমা পোক্নে, য়াম্না করে, নং মাবু করিসু কিক্লমু, মমমরুম্ন মাগী মতু নামা কেলহনবা ওয়োই, মা খুৎলাইনা থার-থদা শিগনি, মাবু হাৎপিনবা মীসু পোক্লে হায়বা অসিভনি। মাসি

তাবদা মাগী মমানা মচাবুদি লুংশিন্দবা ওমদবনিনা হায়রকই, ঐগী ইচাগী মরমদা আকাশবানী তৌরকইবা মুপা অদু মী ওইরে, লাই ওইরে ঐগী ইচাবু হাৎকদবা মী অদু কমানো হায়বা তশেং তশেংনা অমুক্তা তাকপিরকউ হায়না ঐনা থুবাং চাংজৌ তরা লোয়না থুকমজরি। মাহাক্কী তম্পাক্তা অঙাং অদুনা হেক কমলুবদা মাগী অহেনবা থুং অনি, মিৎ অমা লৈপাক্তা। তাখিদুনা নংগী নচা অসে খ্বাইগী মীগী মা অদু ওাইহনবা মুপা অদুনা নংগী নচাগী মথারাইদু লোগনি হায়দুনা আকাশবানী অমুকন্তু হয়া তৌরক্লে। চেদি নিংথৌগী মচাগী রা তাবদা নিংথৌ য়াম্না হংনরে; মাদুদা মাহাক্কী অঙাং অদু নিংথৌশিং অদুগী মতম্পাক্তা মথং মথং থাঙ্গৎলি; অদুবু আকাশ-বানীগা চানবা থৌদোক্তি অমত্তা থোকত্রি। মোংমদি বলদেংনে কৃষ্ণমে মনেমগা উনগে হায়দুনা চেদিদা লাকই। কৃষ্ণ বলরামমা নিংথৌ অমস্তুং মনেম থুরুম্লে। নিংথৌ অমস্তুং মহারানীনা মাখোইবু তরাম ন্নাম তৌরদুনা ফিদাদা কমহল্লয়ই। মাদুগী তুংদা দেবী যাদবীনা মচানুপা অদু হরাও হরাও দামোদরগী মতম্পাক্তা হেক থাঙ্গৎলুবদদি মচানুপা আকাশবানীগা চপ চানবা চুম্নগী মী অমগী মুর্ত্তি পোপ তারে। মাদুদা শিশুপালগী মমা ওকথরে অদুগা রাবনে কিংনে অনি য়াম্না হায়রকই, হে কৃষ্ণ! নংদি অকিবা মীবু কিহন্দবা ওম্বা, অরাবা তারবা মীবুম্ব রাহন্দবা ওম্বা মীনি; অদুনা নং ঐঙোন্দা বর পীয়ু। মাদু তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা খুমখি—ঐনা ইনেদবু করি বর পীবা ওমগদ:গ, করি তৌজৌ হায়ব অদুদুম তাকপিয়ু, ঐগী শক্তিগী মপান্দবু লৈরে, মনুংদবু লৈরে, ঐনা হেক ওম্বমথৈ হোৎনজগে

মতম অদুদা মহারানীনা হায়খি—শিশুপালগী মরাল ঙাকপিয়্ন। মাদুদা বাস্থদেবনা হায়খি, ইনে। নচানুপা অসিগী হাৎপা ফাওবা য়াবা মরাল চাম। ঐনা ঙাকনি। গোবিন্দনা পীখিবা বর অদুদগী চাও-থোক্লনা অপংবা শিশুপাল অসিনা নংবু শীংনরিবনি। যুধিষ্ঠির, মাহাক্না বাস্থদেবদা শীংলিবা অসি মবুদ্ধিদগী থোরকপা নত্তে। মাসি বাস্থদেবগী অপাম্বনি হায়বদা চিংননঙাই লৈতে। শাগে মৈতাল অশিবা অসিনা ঐঙোন্দা ঙসি থোল থাখিবা আস্থম থাবিনবা মী অতোপ্পা অমা লৈরবনি; হে কুন্তীগী মচানুপাও। শিশুপালগী মশাগ নারায়নগী তেজ থর য়াওই, অদুনা মাগী বুদ্ধি থর চোই-থরকপা মতম অসিদদি মানা ঐখোইবু উশিত্তুনা পংঙাং হেক মঙাংইবনি, বাস্থদেবনা শিশুপালগী মাহাক্কী তেজ থীন্দনা লৌথোক্লরগনি।

শিশুপাল ভীষ্মগী ৱা তাবদা শাওমনখ্রদুনা হায়রকই হে ভীষ্ম, ঐগী পাঙ্গল কেশব অদুগী ওইগে ওইরসম্নু ওইরোই ভোক্লসম্নু, চিরোল তৌবদ' নংনা নবুক্লিং অদু য়োৌনা মখিংজিল্লবদি, সভাদা তিল্লিবা নিংথৌশিংবু থাগৎলু, নংগী কেশব অদুগী ৱা থাদোক্লো। নংগী নখরাইদি নিংথৌশিং অসিগী মথুক্তা লৈরিবনি, নংবু হাৎকে তুপকে হায়বম্নু মাথোইগী মনিংনি।

শিশুপালগী অয়াকপা থোল অসি তারগা ভীষ্মনা হায়রকই, চেদিরাজ। নংনদি নিংথৌশিং অদুনা ঐবু হাৎকে তুপকে ঙমই হয়বদি ঐবু হিংহনগে শিহনগে হায়ব' মাথোইগী থুসীনিকপা হায়জশারি, অদুবু ঐনা মাথোই অসিবু শাপীঙয়ককা উই।

ভীষ্মগী খোল অসি তাবেদা নি'থৌশিং অদুসু অমুক ইশাও শাওনরে। কনানা যোকই, কনানা মাবু তাথি তাওইনা ভাংলকই। কনা কনাগুম্বনা ভীষ্ম অসি শাৎপদোনা হাত্রো'ক্লো হায়বসু য়াওরকই অদুগা মৈসুংদা লংশিনব্রো হায়নবা কয়াসু য়াওরকই।

কুরু পিতামহ ভীষ্মনা ম'খোইগী রা তারগা হায়রকই, নিংথৌ-খোই। ঐ নখোইনা শানরিবা রারী অদু লোইবা ভাইগমদয়ে; ঐবু শাদোনা হাংকে হাংলো, অচাকপা মৈগী মসুংদা হেক লংশিনগে লংশিল্লো, বেরানি হায়বা অমতা লৈতে; অদুম অদুম ওইনমক ঐদি মখোইগী কোকথক্তা খোংপাক্তা হেকমক নেৎশিল্লবা অসিনি ঐখোই গোবিন্দবু পুজা তৌরে, মাহাকসু নখোইগী নমাংদ লৈরিবা অসি মতাই। নখোইগী মরক্তা কনাগুম্বা য়াম্না থুনা শিনিংলবা য়াও-রবদি; গদা চক্র পায়রবা বাসুদেব অসিদা লাল শীংলো। মাদুম হেক মতৌরবদি লাল শীংলুবা মুপা অদু মথরাই শোয়দনা মাংগনি হায়রবদি ঐনা খোয়না হায়বা ওমই।

হন্দকী রাজসূয় যজ্ঞগী অর্ঘ্য কৃষ্ণদা কৎলুবগী মতাংদা শিশু-পালগা ভীষ্মগা চিন কা জৈ য়েন য়েন, অওক কোক:লাং ভৌন ভৌব, যুধিষ্ঠিরনা মরক মরক্তা তুক য়ান্দুনা লাকপা অসিদা শ্রীকৃষ্ণ রা মচেৎ অমতা য়াল্লক্তে। শিশুপালনা মরু ওইনা তাথিরিবা অমদি অপায়রনা চৈরিবা মীগুক্তি শ্রীকৃষ্ণনি। শিশুপালবু শ্রীকৃষ্ণনা হাৎকে হায়রবদি নোংমা ইরাম লায়না হেক হাৎপা ময়াবনি হায়রবদি ঐখোইনা মখাদসু উংকনি। অদুগুম্বা মুপা শ্রীকৃষ্ণ অদুনা শিশু-পালগী থীর থীরবা খোলশিং অদুগী রা মতাও ওইবা পাওথুম

অমতা ফাওবা পীদা. অমুপ কুইনা ভুমিন খাংলকপগী মরম খনবগী মখৈ খল্লুরগা ঐখোইনা শ্রীকৃষ্ণবু ঙাকপিহৈবগী পুম্নমক হায়দবা ওয়োই। শিশুপালগী মীচৈ অখি অখিবা তারবমক্তদগী শ্রীকৃষ্ণ শুকথুম খুম্নমদে—মাগী মরা অপুবা শ্রীকৃষ্ণগী মাবা হাপ্লমদবরু মঙাইখরে। শিশুপালগী মমাদা শ্রীকৃষ্ণনা ৱাশক শকখিরা মতুং ইন্না শিশুপাল পাক হাৎলমদবনি হায়ববুদি য়াই ; অদুম অদুম ওইনমক ঙাকপিহৈবগী গুণনা শ্রীকৃষ্ণনা ৱাশক অদু পাক ঙাকপা ঙম্মোই। হিন্দুগী শাস্ত্রদা ঐখোইনা অসিগুম্বা গুণ তোঃননা তোয়না থেংনৈ। বিশ্বামিত্রনা বশিষ্টগী ষণবী নন্দিনী হুরাল্লুবা মতমদা বশিষ্টনা হায়খি —নন্দীনী। নংনা অরাবা কংলক্তুনা খোংখিবা অদু ঐ ভাদবা নত্তে হায়. অদুবু ঐনা ভুমিন লৈখোকপদি ব্রাহ্মন অমা ওইনা হুৎনা ঙাকপনি ; ব্রাহ্মনগী অখোইবা গুণদি ঙাকপি হৈবনি। অদুনা বিশ্বা- মিত্র মাংনা তৌবগী কেত্রি মচাগী গুপ্তামচা থোদাং হৈংজবত্তনি।

ভীষ্মগী ৱা তাবদা চেদিরাজ শিশুপাল বাসুদেবগা লান থেংনরগে খল্লুনা হায়রকই, হে জনার্দন! থোরকউ লাও, ঐগা লান থেংনশি ; ঙসি ঐনা নংবু পাণ্ডবশিংগা লোয়ননা যমালয়দা থাগে। কৃষ্ণ, নংদি নিংথৌ নত্তে, নং মিনাইনি, লমচৎ কক্কছবা অমদি পুজা তৌবদা মতিক চাদবা মীনি, পাণ্ডবশিংনা অঙাং ওইবদগী নিংথৌশিং হুৎক্লমহুনা নংবু পুজা তৌকম থোকপেই লিংহুনা পুজা তৌরো অদুনদি অপংবা পাণ্ডবশিংবুসু হাৎকম থোক্লে হায়বা অসি ঐগী মতনি। শাৎবনা লুতোন কাখুহুনা শিশুপাল মাসি হায়র হায়রহুনা ভুং ভুং ভংলমই।

হন্দকী কেগুা হায়বদি শিশুপালনা শ্রীকৃষ্ণদা লাল শীংলক্লিবা মতম অসিদদি শ্রীকৃষ্ণ চোংথোরক্লে। হন্দক শ্রীকৃষ্ণনা চোংথো-রকইবা অসি ভোম্বাং লাল শীংলরবদা মতম অদুগী ক্ষেত্রি মচা অমনা মায় ওন্দূনা চেনকদে হায়বা ক্ষেত্রি মচাগী ধর্ম্ম ঙাক্তবা য়াদবনে, শিশুপালগী মরাল ঙাকপিবা ওক্লক্লে হায়বগী য়াথয়ে মরম অনি অসিদগীনি। শিশুপালন' য়া ঙাংবা হেক লেপথিবগা শ্রীকৃষ্ণ পাণ্ডবশিংগী মাংদা লৈদুনা মেংঙা হায়রকই, নিংথৌশা! স্বাত্ত্য লৈবাকী মিঙে'ল মচা অসি ঐখোইগী য়েক্লবা অচৌবা অমনি; লমচৎ কজদবা মুপা অসিনা কনাবুম মাংনবা ভৌজত্রবা স্বাত্ত্য লৈবাকী মীবু মাংনবা তৌদুনতা কাওরক্লবনি। মা ইনেগী মচানি, অদুবু ঐখোইন' প্রাগজ্যোতিষপুর চৎখি ঙৈদা, মাণা দ্বারকা কোন্নুং মৈ থাদোক্লমইবনি। ভোজ নিংথৌ হাব্রা চাবোইনা রৈবতক চীং কাখিবদা মাহাকা লোয়নবা মী কয়া হাত্তোকপিখি অদুগা কয়া কয়া কাহুনা পুখি। ইপাগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী মতমদা যজ্ঞগী অশেংবা মী য়াওনা মাণা হূণাক্লমইবনি। মানা বভ্রুগী মুপী, মাগী মামগী মচানুপী ভদ্রা হূত্নুনা পুরম্বা ঙমই। ঙসিদি ঐ পাপী অসিগী মরাল য়েংদুনা লৈবা ঙম্লরোই। মানা ঙসি ঐবু ইকাইবা পীখিবা নিংথৌ-শিংনা হাকথেংনন উরবা অসিনি; অদুগা মাগী মমাংগী য়া হায়বদি মানা পাংথোকখিবা পাপকী থবক কয়াম্থ তায়বনি। মাগী মরাল চামনা খুজিং ওইববু ঐনা ঙাকপিথরে, অদুনা ঐ মথা চোম্নুনা মরাল ঙাকপা ঙম্লরোই। অপংবা শিশুপালনা রুক্মিণীবু লোগে হায়জরুই, অদুবু মখিক চাবা পাত্রদি ওইদবনিনা অরেম্বা অদুনা মতোকখি।

মতম অদুদা সভাদা লৈরিবা নিংথৌশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মরা তাবগা শিশুপালবু য়াম্না ভাথিরমই। চেদিরাজদি শ্রীকৃষ্ণগী মরা তাবদা কাক কাক নোক্রদুনা হায়রকই—নংগী নতুন। মী অতোপ্পা অমগা হান্না মরী লৈনরম্ববু মীয়াম মমাং অ'সিদা পুথোরকইববু নং ইকাইদ্রা? নংনা ঐবুদি কমা তৌগে তৌজৌ, তৌরোই তোকচৌ; মংনা শাওরবদসু ইতু নাম তেক্রোই, নংনা ঐবু পেন্নগসু ঐগী অতোংবা শন্না মকৈ অমা কাওবসু ঐঙোন্দা কাওরোই।

ভগবান মধুসূদননা লমচৎ ফজদবা শিশুপালগী মরা অসি তাবদা হিংচাবগী নাপল মা'হনবা ওস্বা মাহাকী চক্র মবুন্নিংদা নিংশিংলমই। অসুম হেক নিংশিংলকপমক্তদা চক্র শ্রীকৃষ্ণগী খুত্তা তনথুং থুংলরে। শ্রীকৃষ্ণনা খুত্তা চক্র পায়রদুনা হায়রকই, হা নিংথৌখোই। শিশুপালগী মমানা ঐঙোন্দা শিশুপাল অমিগী মরাল চানা শাকপিয়ু হায়না হায়রমই। ঐসু মাদুম তৌগে হায়দোকপ্রে। অদুনা ঐ মাগী খোল অখিবা কয়াদা করিগুম্বা পাওথুম অমতা পীদ খাংদুনা হেকমক মরৈরবনি; ঐ মাগী মরাল চানা শুনা য়েংথরে, অদুনা হৌজিক অসিদদি ঐ মাবু হাৎপদা তারে। মাসি হায়দুনা মধুসূদন চক্র লংশন্নক্তুনা শিশুপালগী মওক কক্রে। মতম অদুদা চেদি নিংথৌ শিশুপাল বজ্রনা থুগায়বা চীংগুম লৈপাক্তা তাদুনা লৈরে। মাহাকী মশাদগী অরংবা মপৈ অমা অতিয়াদগী সুমিৎ নাম্থোক্তুনা তারকপগুম থোরক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিনশিনখি। অদুগী মতুংদদি য়ৈথাই বিজাই য়াওদনা রাজসূয় যজ্ঞ তৌরে। মহাবাহু বাসুদেব খুজ্জু থুৎলাই পায়দুনা যজ্ঞ অসি লোইহ্রিবকাওবা

লেপ্লকপা যাওব্রকখরে। মতম্দা খাকপা মী মখোয় যুধিষ্ঠিরগী তুং ইনবগে হায়দুনা-ল্লারে। মতোং অসুম্বা যুধিষ্ঠিরগী সাম্রাজ্য অমা লিংখৎলবগা শ্রীকৃষ্ণ দ্বারকাদা হনখরে।

---

## (৪) চৌবর শান্নবা থৌরাং

অসুম অসুম শুইনমক সাম্রাজ্য অসি কুইনা লেংদনা লৈবা হায়বা অদুদি য়াম্লোক্তিদৌরি। যুধিষ্ঠিরগী নিংথিবা সাম্রাজ্য দুর্য্যোধনগী কল্লকপা মৈনা চাকথেক্লদৌরে। মাসিদা মাগী মামা শকুনিনা হিদোংলমই। মথুকচেল পিকপা ধৃতরাষ্ট্র মপান্থে ংদদি মচিন মথে ধর্ম্ম ধর্ম্ম হায়জশাই, অদুবু থবকী মতমদা মাহাক অধর্ম্মদা শোগঙনা লৈবা ঙম্মদে। মহাভারতা রাজসূয় যজ্ঞগী মতাং লোইবগা চৌবর শান্নবগী মতাং ফংই। অম্বিবা লাইরিক্কুগী ঐথোইনা ফংবদি মতম অদুগী ক্ষেত্রিশিংদা কুইনা চৎনরক্লবা নিয়ম লৈরমই—মী অমবু অতোপ্পা মী অমনা লাল শীংলুরবদি মী অদুস্থু লাল থেংনরোইকবা হায়দুনা মমায় থুক লৈনরমদে। মাসি ঐথোইনা মখক্তা জরাসন্ধ হাৎপগী মতাংদা উথরে, শিশুপাল শ্রীকৃষ্ণন' হাৎথিবস্থু মানা শ্রীকৃষ্ণদা লাল শীংলুখদগীনি। মতোং অসুম্বা চৌবর শীংলুরবদস্থু মী অমতা মায়োক য়াদনা তোক্লরমদে। অদুনা যুধিষ্ঠিরগ' শকুনিগা চৌবর শামহল্লগা পাণ্ডব মাং তাক্লবা থুঙিল দুর্য্যোধননা মাহাকী মামা শকুনিগা লৌতুনদুনা শীন্নগদৌরি।

রাজসূয় যজ্ঞ অচৌবা লোইরবা মতুংদা নোংমা ব্যাসদেব পাণ্ডবকীদা লাক্লমই। যুধিষ্ঠির মহারাজনা মনাওশিংগা লোয়ননা মুনিবু গুরুগা ফিদা থাদুনা কমহল্লে। মাহাক্না হল্লগে হায়রক্লবা মতমদা যুধিষ্ঠিরনা মাঙোন্দা হংলমই—ভগবান নারদনা উৎপাত মথল অছম থোরকনি হায়রমই, মাদুবু শিশুপালশিথিবা অসিনা হেকমক শক্লরগত্রা নত্রগা মথা তাথরকথিগত্র ? মাদু তারগা ব্যাসনা খুল্লমই, মাথোই অদু থোরকথিগনি ; মাদুদি চহী তরাহুমগোই চুপ্পা লৈগনি। অদুবু মুংশা থীরুগনু—দুর্য্যোধনগী মরান্দগী অমদি ভীমার্জ্জুনগী মপাঙ্গল নংগী নরমগীদমক ক্ষেত্রি মচা অপুম্বা তুমগনি।

যুধিষ্ঠিরনা মহর্ষি দ্বৈপায়ন চৎপ্রবা মতুংদ মনাওশিংদা হায়রকই, ইনাওশা! নখোই মহর্ষিনা হায়রম্বা তরেদনা, মাহাক্না হায়বা শোয়ররোইদোবনি, অদুনা ঐ থল্লাই হায়া থাদোকহৌরগে হায়নবু থল্লে ; অদুনা ঐগীদমক ক্ষেত্রি মচা শিগদোবা লৈরবদি ঐনা হিংলুবগী থোইনা কাম্নবা লৈতে। মথাম্বগী য়া অসি তাবদা ধনঞ্জয়না হায়রকই, হে রাজন্! বুদ্ধি মাংবমথে কিরুদুনা কম্নিগুম্বা কাম্নবা অমতা লৈতে ; অম্নম অম্নম তৌরগা মঙ্গল ওইগনি হায়বা অদুগী মথে রাথল তৌর তৌরদুনা থবক পাংথোকপিরগা লোইরে। মাদু তাবদা যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই, ইনাওশা! নখোইগী মঙ্গল ওইসনু, নখোই ঐগী রাজ্য ভাবো, ঐ গুঞ্জিদগী হৌদুনা ইনাওশিংদা অমদি নিংথৌশিংদা অয়াকপা য়াজি হায়বা অমতা ভাংথ্রোই ; শাগে নাতৈনা হায়বা ইনবা যোগ সাধন তৌরগে ; ইচাউবী থংদে, অতোপ্পা মীদনি থংদে, মী পূম্নমক্না লিচিং অথতা ওইনা

চৎখ্রগে ; মাসি ওইরবতদ', ঐঙোন্দা মীগী খেন্নবা হায়বা অদু লৈররোই ; থৎনবা হায়বা অসিমক মী অচাম অরাই নাইবদগী থোরকই ; ঐনা থৎনববু পুম্মাং মাংহন্দুনা মীগী পেন্নবা থবক্তা তৌদুনা মতম লেনগে ; অদু ওইরবদি ঐবু কনানম্ম তাখিররোই ; হিংবা তারবদি ঐ চহী তরাহুমংদাইসি মাসি নত্তনা থবক অতে অমত্তা তৌররোই। যুধিষ্ঠিরগী কাম্নবতা থনবা ভীমনচি বা মনাওশিং ময়াম্বগী রাদা যারে। নিংথৌশিং চৎখ্রগা, ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা মনাওশিংগা লোয়ননা সভাদা ফমদুনা লৈরিবা মপা মভোনশিং অমদি লাইশিং পেলহল্লে। অদুদগী মন্ত্রীশিংনে মনাওশিংনে লোয়নজেমত্তনা যুধিষ্ঠির কোন্নুংদা চংলক্লে। মতম অদুদা দুর্যো ধন অমস্তুং সুবলগী মচা শকুনি পুক্লিং হূবগী মশক ওইরবা পাণ্ডবগী সভা অদুগী কা অমদা ফমলমই।

নিংথৌ দুর্য্যোধন শকুনিগা ফম্মিররম্বদগী কোংচৎ কোয়চৎ চত্তুনা সভা অদু অস্থম অস্থম য়েংলমই ; অদুবু সভা অদুদা মানা থক উথিত্রিবা লাইগী ককা ওইনা তৌবা মতৌ য়াওবা অদুদি মাহাক্লা হস্তিনাদা থক উথিত্রি। সভা অদুগী মপুংদা মার্ব্বল পাবা লম মতেক অমা থেংনরুবদা ঈশিং ওইরবোই নিংদুনা মফি হেক তাপৎলদুনা মকম অদুদা চংনিং চংনিংদা চংদুনা মাহাক্লা সভা অদু কোয়য়েং য়েংলমই। মকম অদুদি ঈশিং ওইরমদা কংফাল ওইরম্বদা দুর্য্যোধন কাবক মঙৈকাইরমই। অদুদগী অমুক থম্বাল হৌদুনা পুখ্রি অমদা ঈশি দা ঈশিং লৈব অদুদনা কংফালনি হায়দুনা পাক কুমথরুবদা মাহাক পুমচোৎ চোৎলে হায়রগা কাথৎলকই। মাহাকী

মতৌ অদু উবদা অর্জ্জুন, নকুল, সহদেব লোকখি, যুধিষ্ঠিরনদি মী থাদোরক্তুনা মাহাক্কী মখি মরোল হোৎজোকুবা পুথোকহল্লকই; মাহাক্কা মশাদা থোংবদা মতিক চাবা কি ওংক্পা পুথোকহল্লকপা। অদু হোংদেক্কে। অদুম অদুম ওইমমক মাঙাদা মীনা লোক-শিল্লকপা তাবদা মাহাক থাংবা ঙমলমদে; অদুবু মাদুগীদমক মথৱাই মুঙাইতবা অদুদি দুর্য্যোধন থমুংদা চেৎচেৎ লোজুনা থংখে। দুর্য্যোধন পাণ্ডব সভা অদুগী লৈমাইতদা ইঙাও ঙাওরমই হায়বা নত্তে, কক্লাংদসু মাদুগী মাদু মঙায়খরে মমল য়াম্ল য়ামলবা নুং জাৎ জাৎ থাবা অদুদা থোংনি হায়দুনা মাহাক কোক চংশিল্লুই, সকোক্তা খর শোক করি খর তৌ তৌদুনা সুমিৎ অদু মতা চাবা থোওং অমত্তা মথেংমদ্রে।

নিংথৌ দুর্য্যোধন পাণ্ডবশিংগী মুঙাই য়াইফবা হেনগৎলকপা। অমদি থংচাও চাওখৎলকপা উবদা মবুক্লিং থোয়রাং থোয়জাওনা ইন্দ্রপ্রস্থদগী হস্তিনাদা হল্লমই। কুন্তীগী মচানুপা মহাত্মাশিংগী মতিক মগুণ, মপুকচেল চাওবা, নিংথৌশিংনা মাথোইগী মথা পোনবা অমদি নহা অহল থাক্তনা থোং তোন চপ মান্ননা তেমদুনা মাথোইগী ক্বান্ননবতা তৌদুনা লেনবা উবদা মাহাক্কী কুচু কুমেম তাইফেৎ তাইথরে। ধৃতরাষ্ট্রগী মচানুপা অদু অদুম চৎন চৎনসু পাণ্ডবকী মপা লৈতনা কজবা সভা অদুগী ৱাথন্দা উংলমই। অদুনা মহাক মাহাক্কী মামনা হন্না হন্না কৌরবা কাওবদসু ৱারী ৱাতাই শাগনি হায়বা থংখিত্রে। সুবলগী মচা শুপানা মাহাক্কী মবুক লাংবা উবদা হায়রকই, দুর্য্যোধন! মংনা কবিগীদমক অদুক মুংশুক দুঃখানা।

চংলিবনে ; মাদু তাবদা দুর্য্যোধননা খুমকই, মামা ! মহাত্মা ধনঞ্জয়গী খুৎলাই মপান্না কংখিবা সসাগরা বসুন্ধরা যুধিষ্ঠিরগী তুং কন্না ইনথরে হায়রবা উবদা অমদি সোয়ারেনগী যজ্ঞগা চপ মান্নবা রাজসূয় যজ্ঞ উরুরে হায়রগা ঐগী হকচাং অসি মেনা অকনবা য়াওদনা চাকথেকখিবদু মঙাইরে, মাদুদগী লেক্কোয়া থর অদুদি কালেঙ্খাদা পৃথিবীগী ঔশিং কংখিদুনা থর খজিক লেক্কোবা অদু মঙাইরে। মেংউ, বাসুদেবনা শিশুপাল হেক হাংখিবদা রাজ সভাদা লৈবা নিংথৌ অমতং মাহাক্কী মথোং শোকখিদবা য়াওদবনি। মতম অদুদা কুন্তীগী মচাশিংনা নিংথৌশিংবুসু পংচৈ মচৈবিখি। অদুম অদুম ওইনমক পাণ্ডুগী মচাশিংগী মপান্দগী কেশবনা তৌবদা মতিক চাদবা থবকসু অদুম মতৌখি, অদুগী মথক্তা নিংথৌশিং অদুনা খাজনা কাবা বৈশ্যগী মতৌদৌনা ললথুম য়াম্না পুরক্লদুনা ধর্ম্মরাজবু পূজা হেক মতৌখি। পাণ্ডবশিংগী পাজন্না ফংজখিবা অসিগুম্বা রাজলক্ষ্মী উরুরগা ঐগী হকচাং অসি মৈমা অথাকপা লৈতনা চাকথেকখ্রবনি। মাম ঐনা করি অমুক হায়গনি। ঐগী থমুংদা চাক্লিবা অসিদি ঐ হিংদুনা লৈবা ফাওবা ওয়রোইদৌবনি। অদুনা ঐ অচাকপা মৈদা চোংশিন্দুনা শিখ্রগা শিথ্রে নত্রগা ঔশিংদা চোংথরগা চোংথখ্রগে, নত্রগা হু চাদুনা শিরগা শিরগে। করম্বা মুপানা য়েরুবগী চাওথংপদা, মশাগী লৈখা তাবগা য়েংদুনা লৈবা ওমগদগে ? অদুবু ঐদি অসিগুম্বা রাজলক্ষ্মী উনা উনা হুজিক ফাওবা হিংদুনা লৈবা ওমই ; মরম অদুনা ঐ মুপীসু নত্তে, মুপাসু নত্তে, ক্লীবসু নত্তে ; মুপী ওইরবদি অসিগুম্বা অরাবা থেংনকম

থোক্তে, মুপা ওইরবদমু অসিগুম্বা অরাবা থেংনকম থোক্তে করিনা হায়ববু অরাবা অসি কোরবা উপায় থিবনি মুপামচ ওইনা পোকপগী থৌদাং অমনি, অদুবু অরাবা অসিগুম্বা কোরবমু লাক্লদা, করিমু নিংঙাইদনা হিংবা ওন্নিবা অসিনি। অসিগুম্বা লৈবাক, অসিগুম্বা লনথুম, অসিগুম্বা যজ্ঞ উরুরগা ঐগুম্বা মুপানা করম থরাই রারোইদগে ? মাখোইগী রাজলক্ষ্মী অসিগুম্বা হুরাল্লুবা ওম্বগী ঐগী শক্তিমু লৈজদে. অদুগা ঐগী ইতেং পাংবিনবা মীমু লৈজদে, অদু-মক্তনা ঐ শিরগে হায়না রাখল তৌরিবনি। যুধিষ্ঠিরগী রাজলক্ষ্মী-গুম্বা উরুরগ ঐনা হায়বা ওমই লাইগী নোংদমনা অকনবনি, মুপামচা থৌদাং য়েংবা অরেম্বনি। ঐনা মুপামচা থৌদাং য়েংলা য়েংলা মাখোইবু মাংহল্লগে হায়দুনা কন কন্না লাক্লরুই। মাদু পূমক অরেম্বদ তাদুনা মতে'কই। অগোইনদুম মাখোইনা 'হেন্না হেন্না চাওখৎলকই। মুপা মচা থৌদাং য়েংলুবা ধৃতরাষ্ট্রগী মচা মথৈনা নোম নোংমগী খর খর শোম্নিল্লকই। মাখোইনা আস্তুম চাওখৎপা অমদি মাখোইগী য়েংবগী পেনবা নাইদবা সভা অদু উবদা, ঐনা করম তেংথারোই। সভা অদু শংবা মীশিংনা ঐবু নোক্লবা উরগমু ঐ করম তেংথাদনা লৈবা ওমগনি। অদুনা মামা! ঐবু শিরো হায়দুনা য়াথং খর পীথোকপিয়ু অদুগা রারী অপুম্বা পাবুং মহা-রাজদা খর তম্বিয়ু।

দুর্য্যোধনগী তেংথাবা তারগা শকুনিনা হায়রকই. দুর্য্যোধন, পাণ্ডবশিংদি মাখোইগী চাথুংমথৈদা শরুক য়াজবনি, মাদুদা নংনা যুধিষ্ঠিরবু শাওরুবা চুমদে। নংনা মাখোইবু মাংহনগে হায়দুনা কন

কয়া কয়া হোৎনরুরে, অদুবু নং মহৈ চাবা কংখিদে। মাখোইস্তু তাকখোক শেন্দোকপা হৈতরাক্তবদি নত্তে। মহৈমথংদদি নংস্তু মাখোইগী চাপ্তং পীথোক্তুনা মাখোইবু পেলহন্দবা মাদম্ভূনা পেল-হুমখরে। মখোইনা দ্রৌপদীবু কংখিবদা, দ্রুপদনা মচাশিংগা লোয়ননা মাখোইবু তেংবাংখি ; মাসিনা মরম অমা ওইদুনা অমদি কেশবকী মতেংনা মাখোইনা পৃথিবীগী মপু ওইখি অমস্তুং মপাগী রাজ্য মপাম্বোম পাক্তনা পাকখোকহনখি। মাদুনা নংগী রাকপিস্তাই মরম অমতা লৈতে। ধনঞ্জয়না মৈ পূজা তৌদুনা থুজ্জু থুংলাই কয়া কংখিবদগী মপাম্বোম পাগনা নিংথৌ পূম্নমকপু মাখোইগী মস্তুং ইল-হনখিবনি, মাদুদা নংগী করি রানতাইনো ? পাণ্ডব সভা অসিস্তু খাণ্ডব বন মৈ থাবা মতমদা অর্জুননা ময়দানবকী মথরাই কনখিখি, মাদুগী থুস্তুং হনবোইনা ময়দানবনা মাসি শাখিবনি। অদুনা মাসিদস্তু নংগী নথস্তাই রানতাই মরম লৈতে। মংনা নংগী মতেং পাংবিনবা মী লৈতে হায়রিবা অদুমদি নংগী অরানবনি মরমদি ননাওশনা মস্তুং ইলি, ভীষ্ম, শিশু তেনগু হৈরবা দ্রোন, মাহাকী মচাপুপা, কর্ণ, মহারথী গৌতম, ঐ ইনাওশিং অমস্তুং নিংথৌ সোমদত্ত ঐখোই অস্তুপ য়াম্বনা মতেং পাংলি। নংস্তু পূম্নমক, অসিনা তেংবাংলগা পৃথিবী হেক জয় মতৌবা য়াই।

দুর্য্যোধননা হায়রকই, মামা! অদুদি য়াথং পীবিয়ু, ঐ ওসিমক নহাকী অমদি অতৈ মহারথীশিংগী মতেংনা পাণ্ডবশিংবু জয় তৌজরগে। ঐনা মাখোইবু জয় তৌরবদি, পৃথিবী অপুনা, নিংথৌ পূম্নমক অমস্তুং নমল য়াম্নবা সভা অসি ঐগী মওইরগনি। শকুনিনা

হায়রকই, রাজন্! ধনঞ্জয়, বাসুদেব, ভীমসেন, যুধিষ্ঠির, নকুল, সহদেব, মচাশিং য়াওনা দ্রুপদ ম'রথীবা শীবদি মাইমকোন্থ মতিক লৈতে; মাখোই লোইনবা মহারথী. শিশুকেনশু হৈবা, খুৎত খুৎলাইনা হৈশিংলবা তাক্লনি। অদুবু হে রাজন্! করম তৌরগা যুধিষ্ঠির জয় তৌগদগে হায়বা ঐনা য়াম্না নিংখিনা থংই. ঐ মাহু নত্তোন্দা হায়গে মুম্না তাও অদুগা ঐনা হায়বা মতুংইন্না থবক পাংথোক্লবা লাক্লো। দুর্য্যোধননা হায়রকই, মামা! করি উপায় তৌগদৌবনো হায়বা অদু থর তাকপিয়ু। শকুনিনা হায়রকই, রাজা যুধিষ্ঠির চৌবর শান্নবা য়াম্না পাম্মনি. অদুবু পংহৈ হৈবদি নত্তে, অদুনা নং মাবু চৌবর শান্নশি হায়দুনা শীংনরুরো। শীংবু শীংলু- রবদি মা য়াদনা তোক্লোই। ঐদি চৌবর শান্নবা য়াম্না হৈ, মরোল অহুম অসিদা ইপা লৈতে হায়বা য়ানা ঐ চৌবর শান্নবা হৈরবনি, অদুনা নং মাত্তোন্দা চৌবর শীংলুরো, শান্নবদি ঐ শান্নবিগে। অদু তৌইরবদি ঐনা মাগী রাজলক্ষ্মী নংগীদমক লৌবিবা ঙমগনি. অদুম অদুম তৌইনমক রা অসি নপাবুং মহারাজদদি থংহল্লু, মাহা'কী মরাথং মতুংইন্না মাখোইবু জয় তৌগদৌবনি। মামা, নহাক্না পাবুংদগী থর থংহনবিয়ু, লাক্ কান ঙমদবা নিংথৌ অসি ঐ তাইনবা ঙম্লোই।

মহাভারততা ধৃতরাষ্ট্রবু লৌশিং শিংই হায়দুনা প্রাজ্ঞা চক্ষু হায়বদি লৌশিংনা মিৎ ওইবা হায়বা মিংথোল অসি থোক্লি। মুংলগী মচানুপা শকুনিনা অসিগুম্বা লৌশিংনা মথিংনি হায়রিবা অশিংবা নিংথৌ অসিদা হায়রুই, মহারাজ! দুর্য্যোধনগী কুচু তাইফেৎ তাইথরে, মরাং কংত্রিক কংথরে অদুগা মা রাথনা চমররককাগুম

লৈরে। মাদি মহারাজগী নচাসুপা অহল্লি, অদুনা মা অসিগুম্বা কিবমদা রারিবা করিগীনো হায়বা খিদনা লৈথোকপিবা চুমদে। ধৃতরাষ্ট্রনা শকুনিগী মর্রা তাবদা দুর্যোধন কোহল্লরগা হায়রকই, অগাং দুর্যোধন নংনা করিগীদমক নথরাই রান। মতম লেল্লিবনো হায়বদা ঐবু তাহল্লগাই রা লৈরবদি কোংনা হায়দোকউ, ঐ তাগে; নংগী মামানা হায়রবু নং নথরাই য়াম্না মুত্তাইতনা লৈবা উই, নয়াং-কক খুক প্রক কংথরে, অমদি নশক নচু থোক ংনারে হায়বা অসিনি; অদুদা ঐনা নং করিগীদমক রারিবনো হায়দুনা কন য়াম্না রাখল মতৌরে অদুবু নংগী অরাবগী মরম ঐগী রাথল্লা লাম্বা মফংদরে। অগাং নংগী নরল নথুমদা অরাৎপা লেতে, ননাওশিং অমদি নরূপ নপিক্কাশিংনসু নত্তোন্দা মুংশিদবা উত্তে. নিংথৌনা শেৎ-কদবা ফিজোলমক নংনা শেৎলি, চিঙ্গাকসু নং অহাও অথুমত্তা চারি, নং শগোল অক অকবদা তোংলি; অদুদবু নং করিগী কুচু কুমেন থোক্কবমথৈ, নয়াং কংত্রিক কংনা মথরাই রারিবনো? মমল য়াম্নবা কমুং, পুক্লিং দুবগী মশক ওইরবা মুপী, ননিং তৌনা কোয়ব-নচিংবা লাইককাদৌনা হোংনা হোংনা কংলবদা নংনা করিগী নথরাই রাদুনা মুংশুক মুংজানবগে?

দুর্যোধননা হায়রকই, পাবুং! মতম লেল্লবা য়দুনা পাংথিত্রবা মীদোনা থর চাশিন, থর শেৎচিন তৌরগা য়াম্না শাওর শাওরদুনা লৈবদা পেনবা অসি ওক্লে, মানা হেক শাওরকপদা প্রজা থুদুম চনবা ওম্বা অমদি য়েরুবনা জয় তোগে তৌবদগী নাম্বোকহনবা ওম্বা মী অদুত্তবু মী কৌবনি। মহারাজ! নিংথিজবদা পেন্দুনা অমসুং

পুক্নিংগী থোয়বা হায়বা অদু মাংহন্দুনা মীগী থৌজালদা ওাইরদুনা অমদি অকিবা শংনা পানবা মী অদুবু ঐথোইনা মীনি হায়বা য়াদে। যুধিষ্ঠিরগী রাজলক্ষ্মী ওান্নিবা আসি উরুরগা ঐনা চাগদোরিবা রাজ-ভোগ অসিদা পেনবা ওমদরে যমরাজ, বরুণমরুস লোইবা ওমদবা রাজলক্ষ্মী যুধিষ্ঠিরনা পায়থিবা অসিদা ঐ শান্তি ফংদরে. ঐগী থম্মোই চারে। যুধিষ্ঠির হায়রবদি ঐগীদি য়েরুব. অমদি লোয়রবী মচাগুম্বনি। মহাক্কী হৌথিবা রাজসূয় যজ্ঞদা পাণ্ডবকী খুত্তা কাখিবা শেল অদুগুম্বদি ঐ থক উথিদ্রে অমসুং ভাখিদ্রি। য়েরুবদা শেল মশীং থীওমদা চংখিবা উবদা থোইক্লেং নিংজেংবনা ঐ সুংওাইবা ফংরে।

দুর্য্যোধননা রা ওাংবা হেক লেপথিবদা শকুনিনা মাংওান্দা হায়রকই, অচুম্বা ওাংবা সুপাও। পাণ্ডবকী পান্দমনিওাই লৈত্তবা রাজভোগ অসি ফংগে হায়রবদি ঐ পাম্বে অমা তাকপিগে মুম্রা তাও। ঐদি ইপা লৈত্তবমথৈ চৌবর শান্নবা হৈ। যুধিষ্ঠিরম্বু চৌবর শান্নরদি য়াম্বা পাম্বনি। অদুবু মা চৌবর অদুক হান্না হৈবদি নত্তে। মা লান্দা নত্রগা চৌবরদা শীংবু শীংনরুরবদি মমাম্ন থক লৈরোই, মাসি ক্ষেত্রি মচাগী হৌনবীনি। অদুনা নং মাবু চৌবর শান্নশি হায়দুনা হৌরুরো। মাদুম থোরুবা খুজিল থোরাং লাংবা হুন্নবদি ঐনা নংগীদমক মীনম্বা চৌবর শান্নবিদুনা মাগী রাজলক্ষ্মী মুনবিবা ওমগনি হায়বা অসিদা করিম্ম চিংননাই লৈত্তে। শকুনিনা ওাংবা হেক লোইবগা দুর্য্যোধননা ধৃতরাষ্ট্রদা হায়রকই, হে রাজন্! চৌবর শান্নবদা হৈশিংলবা গান্ধার লৈবাক্কী নিংথৌবু চৌবর

শান্নহন্দুনা পাণ্ডুকী রাজলক্ষ্মী মুন্নবা য়াথং পীবিরে। মাহুদা ধৃতরাষ্ট্রনা হায়রকই; বিদুর অমুক্তদি তারখিশ—মাহাক্না ঐখোইগী মন্ত্রীনি, মাদি মরোল্শিংসু নৈবা ভুংগী পোরোলসু উবা মীনি ; মরম অদুনা মাহাক্না নাকল অনিমক্কী কানগদবা, ধর্ম্ম কায়রোইদোবা য়েংদুনা পাণ্ডবতাক পীরগনি। মাদু তারগা দুর্য্যোধননা হায়রকই, হে রাজেন্দ্র! বিদুর হেক থুংলবগা চৌবর শান্নবা শোয়দনা মথিংলরগনি. শান্নবা অসি মতোন্নবা, ঐনা থবাই থাদোকখিবা হায়বা অদুদি মশোয়-ররোই। অদুম অদুম ওইনমক চোবোর শান্নবা হায়বা অসি অকবা থবক্তিক নত্তে; অদুনা বিদুরবু তাব ফাওবা তাহন্দা চৌবর হেক শান্নহন্নবসু অরানবা তাগনি হায়না খন্দুনা ধৃতরাষ্ট্রনা বিদুরদা পাণ্ড ওইনা থাথরে। পাণ্ড হেক কংবগা বিদুরসু ধৃতরাষ্ট্রগী নাক তান্না চেল্লক্লে, অদুগা চৌবোর শান্নহনবা য়াদে হায়না থিংলরে, চৌবর শান্নবা অসি মাংনবগী মরুনি, অদুনা মাসি শান্নহন্নবদি মখোই মচিন মনাও মশেল প্রলয় তানা থংনররগনি হায়না বিদুরনা হায়রমই। অদুবু ধৃতরাষ্ট্রনা হায়রকই, ঐ নৈরি, নং নৈরি, ভীষ্ম দ্রোনমক নৈনা নৈবা মখোই মচিন মনাও মশেল চৌবোর শান্নবদা করিবু তৌবা ঙমগবনো, নং থগোল অয়াংবা অমা তোংলগা ওসিমক যুধিষ্ঠির কৌরু। মাসি ঐনা শিনবা থুক্কিল নত্তে, লাইগী নোংদনি। মাসিগী মরমদা তারগে খন্দুনা, বিদুর ভীষ্মগী নাক তান্না চৎখে।

মতাং অসিদা ভীষ্মনা কন্নি হায়রকপগে হায়বা অদুদি মহা-ভারততা ইরমদে; বিদুর যুধিষ্ঠির কৌবা ইন্দ্রপ্রস্থ তানা হেক্লা মথুংলে। যুধিষ্ঠিরগী নাক থোকপা বিদুরনা মাওোন্দা হায়রদে—

রথোইগী সভা অস্লিঙবা অমা কৌরবকীম্ম ধৃতরাষ্ট্রনা শাহল্লে; মাহুদা নুং শকুনিগা চৌবর শাম্নহনগনি হায়রি, অদুগীদমক ধৃতরাষ্ট্রনা নংবু কৌরু হায়রদুনা ঐ লাক্লিবা অসিনি। বিদুরগী র্বা অসি তাবদা যুধিষ্ঠিরনা খুমখি—চৌবর শাম্নবা হায়বা অসি খংনবগী হৌকম্নি; অদুনা ঐ হায়রিবা চৌবোর অসি কম্না শাম্ননিংদে, অদুবু নহাক্কী করি মত লৈবগে তাকপিয়ু. ঐপোই নম্নাথং মতুং ইন্দুনতা লাক্লিবনি। দুর্য্যোধন নত্তনা মকম অদুদা চৌবোর শাম্নবা হৈবা কনা কনাদি লৈহৌবগে? চৌবর শীংলম্নবদা ঐ শাম্নরোই হায়না যাদবম্ন ঐগী সনাতন ধর্ম্ম মত্তে. পাণ্ডব লাকপম্ন নহাক্কা ল্লাকশিল্লে. শাম্নকমম্ন লন্তাদা ওইহল্লে। অদুদগী বিদুরনা হায়রকই, চৌবর শাম্নবা হায়বা অসি ঐ যাদে, অদুম ওইনমক ধৃতরাষ্ট্রনা ঐবু মমদুনা থাম্নকপনি। চৌবর শাম্নবা মাংনবগী মরুনি—মচিন মনাও খংননবা, মরূপ মপাং কাম্ন-ননবা খুজিলতনি হায়না হায়না মহাক্কা ঐবু থাম্নল্লিবনি। মরম অদুনা নংনা অস্তুম তৌরগা কগনি হায়না নিংবা অদুতা তৌ। সভা অদুদা তিলহৌম্নিবা মীথীত্তি—শকুনি, চিত্রসেন, সত্যব্রত, পুরু-মিত্র অমস্তুং জয়ানি ইচা মীচা থায়রবা, মিচং সুঙন নাইথবা ধৃতরাষ্ট্রগী রাজেন মতুংইন্না অমদি যাদু হৈথবা চৌবোর মীথীং স্লদুগা ঐ শাম্ননিংদে' হায়না যুধিষ্ঠির মনাওশিং, দ্রৌপদীনচিংবা মুপীশিং, অঙম অথৌ পুজেমদুনা বিদুরগা লোয়নমা মতুংগী মুমিদা হস্তিনা তাম্না খোং শাম্নল্লে।

হস্তিনা য়োরগা যুধিষ্ঠির চৌবর শাম্ননিংদ শাম্ননিংদনা শকুনিগা শাম্নরে। অদুদগী যুধিষ্ঠির মরল মথুম-লোইনা চৌবরদা থাদোক্লে, মশামক মনাওশিং দ্রৌপদী যাওনা থাদোক্লে।

মতম অদুদা দুর্য্যোধণনা বিদুরদা হায়রমই, নংগী পাণ্ডবনা লুনা তৌরখ্রবা দ্রৌপদীদো মকম অসিদা থুনা অমুক্তা পুরকউ, অদুগা পাপী দ্রৌপদী ঐখোইগী মিনাই ‐মুপীশিংগা মাই শিংহল্লু।

মাদু তাবদা বিদুরনা মূর্খ! নং নতোমতা য়োৎহিং-কোলাং থাংজরবনি অমদি লৈখা তাগে লাক্লজরে খংত্রদুনা অদুগুম্বা মা অরানবা ঙাংজশারি। নংদি শক্তি ওইরগ কৈশিংবু শাওহঞ্জশারি। নকোক মথক্তা লিল অমুবঙাক তোংদুনা লৈরম্বনি, নং মাখোইবু অমুক শাওহল্লুরমু; নথম্নাই মাংদনবা শাম্নজো। ধৃতরাষ্ট্রগী মচান্নুপানা মরু কংনা মাংজরগে হায়দুনা চোবোর ক্ষেপ লিংখৎলে, অদুগা য়েক্লবগী তেঙ্গোল অচোবা অমা শেমগৎপা লাক্লরি! মীগী মথম্নাই শোক-হনগমু। কনাদমু রা অয়াকপা ঙাংগমু, চংজরক্লবা মীদা মা চংজরক্লে হায়বা অতাক্লবা খোল থক থাগমু, ঐনা মঙোন্দা মাসি হায়রবদি মা মশাওরগনি হায়বা অদুগুম্বা রা কনাদমু থক হায়রুগমু। ধৃত-রাষ্ট্রগী মচান্নুপা! য়েবক্লনা য়ৈরগা চৈনাখোল খাংবা প্যাংদবা মীতবা তৌবনি। মীতি অসিগী মতুংইন্না নং পাণ্ডবশিংবু য়েক্লবোইনা লোগমু; মাদুম তৌরবদি নখোইগী যাইবী নথম্নাই মাংজগনি। পাণ্ডবশিংদি বন্দা লৈবা মতমদমু, মুমদা লৈবা মতমদমু, লাই নিংলিঙৈদমু মংনা থাখিবা খোল অদুগুম্বা অমতা থক থাখিদ্রি। ধৃতরাষ্ট্রগী মচান্নুপা নরক শোয়দনা মতারগমি। চোবোর লিংখৎপদা দুঃশাসনখোই দুর্য্যোধনগী তুং কম্না ইল্লি। অদুবু কুরুবংশ তুম্বা হায়বা অদুদি শোয়রমোই।

মথোই কারনা দুর্য্যাধন বিদুরবু তোল্লিদা হায়রগা সভা অদুদা য়াওরিবা প্রাতিকামীদ য়েংদুনা হায়রকই, হে প্রাতিকামিন্! হুজিক্তি নংবু পাণ্ডবনা করিস্সু তৌবা ওল্লরোই, অদুনা নং থুনা দ্রৌপদীবু মফম অসিদা পুরকউ। বিদুরনা পাণ্ডবপু কিরদুনা ঐবু অস্তুম হেক মঙাংলিবনি।

সূত প্রাতিকামী দুর্যোধনগী ময়াথং মতু ইল্লা, পোশাগী ময়াদা চংগদৌবককাগুম পাণ্ডবশিংগী লৈফম তাম্না লাক্তুনা দ্রৌপদীদা হায়ররে, দ্রুপদ মিংথোগী মচানুপী! যুধিষ্ঠির মহারাজ চৌবর শান্নবদা থব্রাই য়াম্না য়াওই, অদুনা নহাক্না নংবু চৌবোরদা থাদোক্লদুনা, নং দুর্য্যোধননা চৌবোরদা লোক্লে। মরম অদুনা নং ধৃতরাষ্ট্রগী য়ুমদা থবক শূবী মুপী অতৈ অতৈদোনা থবক শূহনগদৌরি। দ্রৌপদীনা হায়রকই, প্রতিকামিন্। নংনা ঐবু কারিগী করেম্নরি, করম্বা নিংথৌ মচানা মতুব জ্বারদা থাখ্রবগে? মহাক্কী থানগ'ই পোৎ অমত্তা লৈরগ্রবরা নত্রগা মহাক চৌবোরদা কয়ামুক য়াম্না ময়াই কারম্নবগে? প্রাতিকামীনা হায়রকই. দ্রৌপদী! মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা লনথুম অপূম্বা থাদোক্লবা মতুংদা মনাওশিং অমসুং মশামক, অদুদগী নংবু থারবনি। মাদু তাবদা দ্রৌপদীনা হায়রকই. সুতকী মচংনুপা! নং সভাদা অমুক চৎলুখো—যুধিষ্ঠির মহারাজদা হংলকউ – ঐ মাংলগা মাহাক মশা থাদোকপরা নত্রগা মাহাক মাংলগা ঐবু থাবরা। মাসিগী বা তারগা ঐবু লৌরো। ধর্ম্মরাজ করম ভৌনা মাংবনো হায়বা থংলগা ঐ মফম অদুদা চৎকে।

মতাং অসিদা ঐখোইনা থেংনরিবা দ্রৌপদীগী ৱাহং অসি অর্থ লৈ-ইরায় লায়দে। যুধিষ্ঠির মশামক লোকপ্রগা দ্রৌপদী থাবা ওইরব'দ দ্রৌপদী দুর্য্যোধনখোইগী মিনাই ওইরুকম থোক্কে। মরম অদুনা প্রাতিকামীগী পাও অশেংবনি শেংদবনি হায়বা থংনিং-বদগী মহাকী ৱাহং অসি থোরকপনি। অওইবমকস্থু যুধিষ্ঠির মশামক মাংলবা তুংদা দ্রৌপদী থাব'ন। অদুনা দুর্য্যোধনখোইগী থুজিল থোরাংদা দ্রৌপদীগী মতাং অসিমদি পুন্নাল লাল্লবনি। দ্রৌপদীদা যুধিষ্ঠিরনা মথুৎ থিংজিনবগী পাঙ্গল লৈত্রবা মতমদা মাহাক্না দ্রেপদী থারুবস্থু লাল্লি, অদুগা কৌরবনা দ্রৌপদী লোকস্থুবস্থু লাল্লি, অর্থ লৈতে। মতম অসিদা মখোইনা দ্রৌপদীবু লৌক্লবনি হায়দুনা শীজিন্নখৌরগে হ'য়বগী মতাঙ্গম থৌবাংলুরিবা অরানব'নি রাখল থেনবগী মতৌনি। মরম অদুনা যাজ্ঞসেনীগী ৱা প্রাতিকামীনা যুধিষ্ঠিরদা তম্নবা মতমদা দুর্য্যোধন যুধিষ্ঠিরগী পাওখুম ঙাইরমদে, ৱা অপুম্বা শৃপনম নমদুনা প্রাতি-কামী অমুক্তা হল্লা দ্রেপদীবু লৌরু হয়দুনা থাখি। মাহাক্না ৱা অমদি হংনিংবা ৱাহং মকম অসিদা লাক্লগা সভাদা হায়রগা য়াগনি হায়নস্থু দুর্য্যোধননা প্রাতিকামীদা হায়থি।

দুর্য্যোধনগী ময়াপং মথুংইন্না প্রাতিকামী অমুক হল্লা পাণ্ডবশিংগী লৈকমদা লাক্লদুনা দ্রৌপদীদা হায়রুরে, নিংখোগী মজা ইবেম্মা! সভাদা লৈহৌরিবা সভ্যশিংনা নহাকপু কৌরি, হন্দক্তি কুরু শাগে তুম্না মাংলগে হায়না মহোৎনরে। পাপ চেল্লবা দুর্য্যোধননা নহাকপু সভা মাংদা অমুক্তং পুখোক্কে হায়না কন্না লাক্লরে। দ্রৌপদীনা হায়রকই, বিধাতাগী নোংদন্নি; ঐগী ইরাইরক্তা অসুম থোকউ

হ'য়না ময়েকখ্রবদা ককথৎপিরুনবা লৈরে। পৃথী অসিদা খ্বাইগী মকোক হায়বদি ধর্ম্মনি। ঐখে ই ধর্ম্ম ভাকনি, অদুগুম্বা ধর্ম্ম অদুনা ঐখোইবু শান্তি কংসনগদবনি। ঐনা লাই থুরুম্লিবদি ধর্ম্মনা কৌরবগী মম ই লৈখোকবিদসন্নু হায়বা অসিতনি। হে সুতনন্দন! ঐনা ধর্ম্ম মতুং ইন্না তৌফম থেকপা অসি করিনো হায়বা নং সভ্যশিংদা তুক হংলুরো। নীতি শাস্ত্রদা হৈশিংলবা, মতিক চাবা মকোক ওইবা সভ্যশিং অদুনা অস্থ্ম তৌ হায়বা অদত ঐ তৌগে।

প্রাতিকামীনা যাজ্ঞসেনীগী বা অসি তারগা সভাদা চংলক্লুনা মাগাকী সভ্যশিংদা হায়য় হায়বমথৈ লোইনা হায়রম্ম। সভ্যশিং মাদু তারগা মরু লুকথরই। দুর্যোধননা য়াম্না পাম্বা মতৌ উবদা কনাগুম্বা অমতা রা ওাংলমদে। যুধিষ্ঠিব দুর্যোধনগী মপুক্লিং খংলদুনা, দ্রৌপদীদা দূত থাখবে দ্রৌপদী মনেমগী নাক্তা চত্তুনা কপ্লুনবা অমম্মু বারোল অপূখা তালুনবা দূত থাদুনা হায়হল্লুরে। দূত অদুগ ধর্ম্মরাজগী রা যাজ্ঞসেনীদা তমলুরে। অদবু শরক অসিদা দুর্যোধননা প্রাতিকামীদা হায়রকই নং মাদিদা দ্রৌপদীবু থুনা পুকরউ—কৌরবন মাগী পাওখুম মাগী মাংদা খুমসন্নু। প্রাতিকামীদ দুর্যোধনগী মখা পোল্লিবনি, অদবু দ্রৌপদীবু কিবনা অশাওবা থদোক্লুনা সভাশিং অদুদা অমুকন্নু হংলক্লে—ঐ কৃষ্ণদা করি হায়রুগদগে? মতম অসিদা দুর্যোধন প্রতিকামীবু শাওরদুন মনাও দুঃশাসনদা হায়রকই, সূত মচা প্রাতিকামী মপুকচেল পিকই; মা বৃকোদরবু কিরে অদুনা নং নশামক্না যাজ্ঞসেনীবু মাসিদা পুরকউ, মীথা পোল্লবা য়েক্লবনা করি তৌরবা ঙমগদগে?

মচৎ কত্তবা দুঃশাসন দুর্য্যোধনগী য়া তাবদা থীন্দনা পাণ্ডব-শিংগী লৈকমদা শাওবনা মখিৎ ঈ কায়া চংথরে। অদুদগী মানা দ্রৌপদীদা হায়রুরে, হে পাঞ্চালি! নং ঐখোইনা চোবোরদ লোক্ল-বনি, অদুনা নং ইত্থুং ইল্লক্তুনা দুর্য্যোধনদা য়েংলো, ইকাইবকক্‌া পুমথা থা'দাক্লো। হে কমল নয়নে! নং কুরুশিংবু নিংলো; ঐখোইমা নংবু ধর্ম্ম কায়দনা ফংলবনি; সভাদা লাক্লো। দ্রৌপদী মচৎ ফজদবা দুঃশাসনগী য়া ত'বদা মখয়াই য়াম্না য়াবে অমম্থুং কিয়ে, অদুনা নিংথৌ হনুবা ধৃতরাষ্ট্রগী মনাক্ত কম্না চেনখরে। অদুবু মচৎ কৎখিত্রবা দুঃশাশন অদুম্ম শাওবনা ঙ্‌ুং ঙ্‌ুং ঙংলদুনা হেব-মক ভায়রক্লে অমম্থুং দ্রৌপদীগী মশম ল'ক্তুনা চিংলরে। র'জসূয় যজ্ঞগী ইরুজবা মতমদা মন্ত্রগী ঈশিংনা চেৎহনখিবা দ্রৌপদীগী শম লাক্তুনা মখুদাংদা য়েৎলগা পাপী দুঃশাসননা কৃষ্ণা চিংথোরক্লে। মাসি মাখোইনা পাণ্ডবপু মায়থীবা পীরবনি হায়দুনা তৌরিবনি। মপুক ফত্তবা দুঃশাসন মপুরোইবা লৈবী দ্রৌপদীবু মপু পান্দবী মুপীককাণ্ডম মশম খুদাংদা য়েত্তুনা সভা মাংদা চিংথোরক্লে। মতম অদুদা দ্রৌপদী মুংশিংনা ইম্থুবা লফুপান্দীগী মতাণ্ডম থক থক নিক্লদুনা য়াম্না নোল্লক্লা হায়রকই, দুঃশাসন ছজিক ঐ রজস্বলা ওইরিদুনা ফিরোল অমতা মশেৎলে, অদুনা নং ঐবু ফ'বম অসিদদি সভা মাংদা পুজেম্না চুমদে। দুঃশাসন দ্রৌপদীগী য়াদা করিম্ম নাচুংলমদে। দ্রৌপদীগী শম অহোইনদুম কম্না পায়রদুনা ফত্রব দুঃশাসনা হায়রকই, নং রজস্বলা ওইগে ওইজৌ. ফিরোল অমতা শেৎকে শেৎচৌ নত্রগা নফি কাংকোক থোকে থোকচৌ, বেরা লৈতে; য়' হায়ববু নং

ঐখোইনা চোবোরদা লোক্তুনা ঐখোইগী মিনাইমুবী ওইরবনি, অদুনা নং হুজিক্তি ঐখোইগী মিনাইমুবীশিংগী মরক্তা লৈরগো। অসিগুম্বা বা অসি তাবদা দ্রৌপদী মথরাই চাক্লদুনা হা কৃষ্ণ হা অর্জ্জুন হায়না কৌদুনা কপ্লক্লে।

মতম অদুদা দুঃশাসননা চিংথুবিবদা মশম মনা পুক্কা ফা, মফি মরোল মথোং ময়ম থংহন্দা তৌবদা ইকাইরদুনা অমসুং শাও-রদুনা হায়রকই. মকম অসিদা ঐগী গুরুজনশিং শাস্ত্র হৈর হৈর-বগাক অমদি সোবারেনগুম্বগাক লৈ, অদুনা ঐ মাখোইগী মাংদা অসিগুম্বা ফিবমদা লৈবা চুমদে। পাপী! নং ঐগী ফি থোক-হনগনু, ইন্দ্রনচিংবা লাইগুরগাক্তনা নতেং পাংবিরবদসু নিংথৌ মচাশিংনা নংবু গাকপিরবোই। নচৎ কত্তবা মুপাও! ঐদি হুজিক রজস্বলা ওইরবিনি, অদুবু নংদি ঐবু কুরুবংশগী অকল অথোশিংগী মাংদা চিংলি, মাখোইগী মরক্তগী মী অমতনসু নংবু তাথি তাওইনা গাংলক্তে, অদুনদি নংগী মচৎ নাইদবা শাজৎ অসি মখোইনা য়ারিমাল্লে। ওস্তোকপনি! ভরত শাগৈগী মী পূম্নমক্কা ধর্ম্মগা ওয়া তৈনবা থবক্তা মিৎ মীৎনা য়েংদুনা লৈরি। দুর্য্যোধনগী অসি-গুম্বা ধর্ম্ম য়াওদবা লিচত্তা কুরু শাগৈগী অহল লমন মথৈনা করিস্ত থৌশাদে। মাসিদগী ঐনা থংলে— তাগা অসিদা ভীষ্ম, দ্রোণ অমসুং মহাত্মা বিদুরগী পাঙ্গল করিমতা লৈথিদ্রে।

দ্রৌপদীনা অমুম মথরাই শোক্লা গাংলা গাংলা, শাওবনা মশা থক থক নিক্লা মপুরোইবশিংদা মমিৎ থানা য়েংলকপদি মখোইগী অশাওবগী মৈচাক কনথংহন্নমই। কৃষ্ণানা মখোইগী

ইশাগী মত পীরি— দ্রৌপদীদি কৌরবনা লোক্লবনি হায়বা য়াদে, করিনা হায়ববু মতম অদুদা যুধিষ্ঠির মহারাজগী হক দ্রৌপদীদা করিগুম্বা অমতা লৈত্রে, অদুগী মথক্তা দ্রৌপদা যুধিষ্ঠির মহারাজ মতোমতগী মুপীম্ন নৎহিক্তে। মরম অদুনা মহাক্না খুসী তৌদুনা দ্রৌপদীবু পাক থাদোকপা ওমদে। শকুনি যুধিষ্ঠির মহারাজগা শেল থানদুনা শান্নরিবা মুপা অমনি, অসিগুম্বা মুপা অসিনা মহারাজদা থারো থারো হায়না ইনশিল্লগা থাহনখিবনি। চীরম পূম্নমক অসি বিচার তৌরুম্নবদি দ্রৌপদী চৌবরদা লোক্লে হায়বা য়াদে। সভাদা লৈরিবা সভ্যশিং অদুনা বিকর্ণবু থাগৎনখি অদুগা শকুনিবু তাপিনরমই। ঐখোইস্ন দ্রৌপদীগী রাহংগী মরগদা থন্নবা মতমদা দ্রৌপদী কৌরবনা লোক্লে হায়বা য়াদে হায়খবে। অদুনা ঐখোই হন্দক্কী বিকর্ণগী রাকম অসিদা তোংলে।

কর্ণ মতম লৈবা খিবিক্তা দুর্য্যোধনগী মীচংতা ওইদুনা অমদি মহাকপু শোগত্তুনতা লৈবা মরম্না বিকর্ণবু শাওই, অঙাং মরা লোবা য়াদে হায়রদুনা মহাক্না দুঃশাসনবু দ্রৌপদীগী ফি মুন্নবা ইনশিল্লে। পাপী অমদা পাপকী থবক ভো হায়না ইনশিনবদি পাপী অদুনা মমায় লৈবগী থবক লৈতে; অদুনা দুঃশাসন কৃষ্ণাগী ফি মথরাই য়াওনা হেক মমুল্লক্লে। দ্রৌপদী মতম অদুদা তৌনঙাই উপায় লৈত্রদুনা অমদি মথরাই রাবমক্তুনা কুপহৎপ্রদুনা কৃষ্ণ কৌদুনা কপ্লক্লে। মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণ দ্বারকাদা লৈশ লৈনা দ্রৌপদীগী মিকপ মিরাওখোল তারে, অদুনা পাপী দুঃশাসননা দ্রৌপদীগী মশাদগী ফি চিংথোকপা থুদিংগী তোঙান তোঙমবা

মচুগী কিনা দ্রৌপদীগী মশাদা কুপ্লক্লে। মাসি শ্রীকৃষ্ণগী খুজিন্নি। মাসিদা পাপী দুঃশাসন মানা ফনা অওম তান্দুনম্ম মতিক মপা ওইত্রদুনা ইকাই ইকাই কি মুনবা তোকখ্রে। মতাং অম্মরাই অসি মাই-খোলোজিনি, ইতিহাসগী মচাক ওইবা য়ারোই হায়গে হায়রু; মতেক অসি মহাভারতকী মনুংদা সাহিত্যগী মচাক ওইনদি কা-বক চংখোল্লে। নিষ্কাম ওইনা হায়বদি ফল পামদনা নিংবা লাই-নিংদা প্রহ্লাদগী লাইনিং, সকাম ওইনা হায়বদি ফল ফংগে হায়না নিংবা লাইনিংদা ধ্রুবগী লাইনিং, জিজ্ঞাসু হায়বদি খংনিংবদগী হংদুনা খোজ্জুনা, থিদুনা হুমদুনা তত্ত্ব থংনবা লাক্লদুনা লাইনিং-বদা উদ্ধবকী লাইনিং কাওবগুম দ্রৌপদীগী লাইনিং হায়বদি অরাবা তারবা মতমদা লাইনিংবা হায়না জগৎ শাৎনা ফাওরি। মহাক্কী অসিগুম্বা অরাবগী খোল্লাও অমম্মু ঐপোইনা মহাভারততা থেংনৈ। মাদু মহাক্না দুর্ব্বাসাগী শাপ ফংলগত্রা হাযবগী ফুম্ব'নখ্রদুনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌখিবা মতমদনি। দ্রৌপদীনা ধর্ম্মগী মপাঙ্গল উৎপদা সভাদা তিনবা মী মথৈনা হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎনখি, অদুগা পাপী দুঃশাসনগী ধর্ম্ম য়াওদবা মতৌ য়েংবদা মিৎ নানরদুনা মী পুম্ন-মক মাবু তাথি তাওইনা ঙাংনরক্লে। সতীগী ধর্ম্মনা জয় ওইর-দুনা দুঃশাসন মহাকপু খুঙ্গোইনবা লেপথ্রবদম্ম ভীমসেননা রাশকথি —হয়েং লানকমদা ঐনা দুঃশাসনগী ঈ থক্কনি।

মাদুগী মতুংদা বিদুর খুৎ রাংনা থাঙ্গৎতুনা লাওরকই, মকম অসিদা তিল্লিবা সভ্যশিংনা দ্রুপদগী মচা মুপীনা কপ্প কপ্পদুনা হংজরিবা রাহংগী পাওখুম পীবিয়ু— নথোইনা মাগী পাওখুম পীবিদনা

তোকথোকপা অসিদি ধৰ্ম্মবু লাইরেকপা মতুনা করিম্নু ওইরোই। অয়াবা তারবা মীমা মৈগী মৈচাক ফংলদুনা সভাদা চেনশিল্লকপদি ধৰ্ম্ম অমম্নুং অচুম্বনা মাগী অৱাৰা নেমথহনবা চুমই সভ্যশিংনা অশাওবা অমম্নুং অপাম্বা থামজিন্দুনা দ্রৌপদীগী ৱাহংদা পাওথুম পীবিয়ু। বিকৰ্ণদি মাগী শরুক বিচার তৌখরে। অম্নম্না, সভ্যশিং অতৈ অতৈম্ন মাগী মাগী থোকপা হায়বিরো। সভাদা বিচার তৌনভাই লৈনা লৈনা, সভ্যশিংনা বিচার তৌদা তুমিন হেক তোকথোক্লবম্নু মীনম্বা ভাংবগী ফল খাইবোক অমদি মফংলগনি। বিচার লান্না হেক মতোরবম্নু মীনম্বগী ফল পুম্ফং ফংগদৌবনি।

বিদুরগী ৱা তারবদা ফাওবা সভা অদুদা লৈরিবা নিংথৌশিং দ্রৌপদীগী ৱাহংদা পাওথুম অমতা মপীরমদ্রি। শরক অসিদা কৰ্ণনা হায়রকই, দুঃশাসন হুজিক্তি মিনাই ম্নুপা দ্রৌপদী ইমুংদা পুশিনখ্রো। কৰ্ণগী য়াথং ফংবমক্তদা দুঃশাসন দ্রৌপদীগী মশা লাক্তুনা চিংথোরক্লে।

মতৌ অম্নুম তৌরবদা দ্রৌপদীনা হায়রকই, পাপী দুঃশাসন ভাহাক ভাইখো, নং ঐবু চিংখিগনু, সভাদগী ঐগী পাওখুম ফংলবা ভুংদা নংনা তোকম থোকপা তৌজো। হুক্তিকমক নং নংঙ্খৌররোই-দৌবগুম মুপীদা নপাঙ্গল ফুদোকনু। নংগী নতৌ আসপা ঐ কুরু শাগৈদা খোল অয়াকপভাক থারে, ঐ মাসিগুম্বা খোল মমাঙৈদা থক থাখিদ্রিবনি।

অসোমদা মরোল অমা দ্রৌপদীনা সভাগী সভ্যশিংদা মহাক্কী ৱাহংগী পাওখুম পীনবা তরুরকই, মাতুদা থাংবা ভমত্ৰদুনা ভীষ্ম

চোনৈ পানৈ ওইনা ভাংদুনা যুধিষ্ঠিরদা হংলু হায়দুনা লৈখোকখ্রে। মহাভারতকী মনুংদা কনা কয়া শীংথানখ্রবা ভীষ্মগুম্বা মুপা অমনা থুমদোরকপা পাওথুমদগী হন্দকী মতাং অসিমদি ভাবদা কয়া মমুঙাইতে।

ভীষ্মগী ৱাঙাং অসিদা তোংদুনা দুর্য্যোধননা হায়রকই, যাজ্ঞসেনি ভীম অর্জ্জুন নকুল সহদেবদা নংগী ৱাহংগী পাওথুম পীয়ু হায়রো, মখোইবু ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠির মীনম্বা ৱা ঙাংই হায়হল্লো অদুগা নংগী মরমগীদমক মখোই যুধিষ্ঠির মহারাজগী মখা পোল্লি হায়বা য়াহল্লসু; মাদুম তৌদুনা নং মিনাইমুবী ওইদনবা লাক্লরো।

দুর্য্যোধনগী ৱা ভাবদা ভীমনা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা খুমথি—ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী ইঙ্গিত খজিক্তংবু মিৎচিনা পীরম্লবদি পাঞ্চালীবু মশম লাক্ত্রনা চিংলা খুঙ্গোইনখিবা পাপী অসি কদাইদগী হুজিক ফাওবা হিংদুনা লৈগদগে? মাদম্তু নত্তনা ধৃতরাষ্ট্রগী মচা মখৈ উফুল ৱাইফুল ওইনা অশাইনা তুমখ্রগদোবনি। ধর্ম্মগী খোৱাইনা পুনখিবমক্তনা ঐগী ইপাম্বোম পাঙ্গল মীয়াম মাংদা লেল্লহোবা ঙক্নোদরে হায়বগীদমক ঐ ঙেংথারি। জলজন্তুগুম্বা ধৃতরাষ্ট্রগী মচা-শিংগী ৱাদি লায়রদুনা সোরারেনগুম্বা মুপাবু ঐগী পাম্বোমদা ভারবদা মান্নোকপা থর মরুরিবনি। ভীমগী অশাওবা অস্থুম অস্থুম কনখৎ-লকপা উবদা ভীষ্ম দ্রোণ অমস্তুং বিদুরনা ভীমবু থেমজিনখি—ভীম, নংনা অসিমতং তৌগে হায়রবদা ঙম্লোইদোবা অমদি ওইথোক-লোইদোবা অমতা জগৎ অসিদা লৈতে, অদুবু নং অদুৱাইদা তুক পোত্থাখো, থুরদং তপথখো হায়না থামজিনখরে।

অদুগী মতুংদা কর্ণনা দ্রৌপদীদা হায়খি— নিংথৌগী মচা মুপীও! নংবু যুধিষ্ঠির মহারাজনা চৌবোরদা থাদোক্লে, অদুনা পাণ্ডব মণ্ডামক নংগী নপুরোইবা নত্রে। তুজিক্তি নংবু চৌবোরদা লোক্লবা কৌরবকী মচিন মনাও চামগী মসুংদগী অমা নংগী নপুরোইবা ওইনা থল্লো।

মাসি তাবদা শাওগনবা ভীম হায়দগী হেন্না শাওগৎখ্রদুনা যুধিষ্ঠির পাংনা য়েংদুনা হায়রকই, হে রাজন্! ঐদি সূত মচা অসিগী য়াদদি কয়াবু শাওনিংদ্রে, ঐথোই থাঙ্গমক শেংনা মিনাই ওইরবনিনা, মহারাজ অমুক্তদি মুন্না থম্বিয়ু— পাঞ্চালীবু চৌবোরদা মথাদোক্লমদ্রবদি, য়েক্লবশিংনা অসুম য়া অকনবা ভাংজশারিবা মতিক লৈরম্মোই।

ভীমগী য়া অসি তাবদা দুর্য্যোধননা তুমিন লৈরিবা যুধিষ্ঠির কৌরদুনা করেম কথাইনরকই— হে রাজন্! ভীম, অর্জ্জুন, নকুল অমসুং সহদেবদি নথা পোনবনি অদুবু দ্রৌপদীদি নথা পোনবদা য়াওবরা য়াওদবরা? মবুক ফংখিদ্রবা দুর্য্যোধন যুধিষ্ঠিরবু মতো অদুম করেম কথাইনরদুনা, নোয়া নোয়া ভাংলকই অমসুং মফি হেক তাখৎলদুনা মফৈবাক দ্রৌপদীদা উৎলমই। মাদুদা ভীমসেননা হয়েং লাঙ্গাও থোক্লরবদা ঐনা দুর্য্যোধনগী মফৈবাক ঐগী গদানা য়েথেক্তনি হায়দুনা য়াশকখি।

অদুগী মতুংদা বিদুরনা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংদা হায়রমই, অয়ানবা চৌবোর লিংখত্তুনা মুপী ফাওবা মৈচেম্নমথৈ থৎন চৈনরে। তুজিক ভীমনা অকিবা ফংবা য়াশক অমা শকথরে, মাসিগী

মতুংইরা অকায় অতোয় লাকপদি শোয়ত্রবনি। যুধিষ্ঠির মশামক চোবোরদা মাংত্রিঙৈদা থারবা দ্রৌপদীদি নত্তনা মশামক তুরগা থাবা দ্রৌপদীবু মখোইনা তারবিবা অরেম্বনি মংদা মঙ্গা তানবগুম্বনি। গন্ধার লৈবাক্কী নিংথৌগী মরা তাবদা নখোই পুম্পাং পংথখরে; মান্নমক্তনা মরম ওইদুনা নখোই ধর্মদগী নমায় লৈগনু। নখোই লোইনবা কত্তবা রা তারবদা নপুক্লিং থিংজিল্লে, মদুনা মরম ওইদুনা কৌরব শাগে মতুমগনি দুর্য্যোধন বিদুরনা ঙাংবা হেক লোইখপা দ্রৌপদীদা হায়রকই। ঐগী মত ভীম, অর্জ্জুন নকুল সহদেবগীগা তিরে। হে যজ্ঞ সেনি! নখোইনা যুধিষ্ঠিরবু মখোইগী লাই নত্তে হেক মহায়রবদি নংমু মিনাই ওইবা কোক্লে। মদু তাবদা অর্জ্জুননা খুমমই, হায়দি ধর্ম্মরাজ ঐখোইগী লাই ওইরমই, অদুবু হৌজিক ঐখোইদদি মহাক নংনা চোবোরদা লোক্লবনিনা ঐখোই কনাগী মথা পোল্লবগে হায়বদি কুরু কাংবুনা নিংথিনা থংগদবা মঙাইরে।

মখোই অমুম্মা চিন কাংজৈ যৈনরিঙৈ অসিদা, ধৃতরাষ্ট্র মহারাজগী যজ্ঞ ভৌকম শংদা লমছুই অমসুং গাধানা কন্না খোংলমই, উচেকশিংসু মাইগৈ মারিমক্তগী মখোইবু তেংবাংলক্লে। তত্তু থংলবা বিদুর অমসুং সুবলগী মচা সুপী গান্ধারী উচেক রায়াগী মখোল অমদি শাশিংগী খোল্লাও তারমই। ভীষ্ম, দ্রোন অমসুং কৃপাচার্য্য, মান্ন হেক তাবদা লাই-শোন্দুনা থাংলমই। অরাবা থৌদোক অকিবা কংনা থোক্লবা য়াই থন্দুনা, বিদুর অমসুং গান্ধারী ধৃতরাষ্ট্রগী নাক্তা লাক্তুনা চোবোরগী রারী অপুম্বা লৌথি।

মতম অসিদা মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রনা দুর্য্যোধনবু চৈরদুনা হায়রকই,

নচৎ নাইদবা দুর্যোধন! নংনা অসুমনা মাং তাক্লবা তৌরে মাসে থোক্লবা হায়দুন। নংনা কুরু শাগৈগী মৌ ধর্ম্ম পত্নী দ্রৌপদীবু সভাদা কৌদুনা কুরম খুঙেোইনক্লিবনো? মাসি হায়দুনা মচাবু চৈর চৈর দ্রৌপদীবু থেমজিল্লমই অমসুং হায়রকই দ্রুপদ নিংথৌগী মচা মুপী ইবেম্মা! নংদি ঐগী ইমৌশিংগী মররুগী অথোইবিনী. অদুনা নংনা অপাম্বা বর নিয়ু।

দ্রৌপদীনা হায়রকই, হে ভরত শাগৈগী থাওমৈ! নহাক্না ঐবু পেনবিরবদি, ধর্ম্ম চেনবা যুধিষ্ঠিরবু মিনাই ওইবদগী থাদোকপীয়ু। মাদুম তৌবা অদুনা মহাকপু নহাক্না মচাশিংনা মিনাই মিনাই হায়বা য়াদনবা অমদি ঐগী ইচা মুপা প্রতিবিন্ধ্যবু মিনাই মচা হায়দনবা থৌরাং লাংবিয়ু। মাদু তাবদা ধৃতরাষ্ট্রনা হায়রকই. নংনা পাম্বা বর অদুমক পীরে, মথা তানা বর অমগা নিথো, নঙোন্দা. বর অমতা পীবদি মতিক চাদে।

দ্রৌপদীনা হায়রমই, মহারাজ! রথ থুংশু থুংলাইগা কোয়বা ভীম, অর্জ্জুন, নকুল সহদেব মীনাই ওইবদগী থাদোকপীয়ু। মাদু হেক তাবদসু নংগী বর অদুমসু পীরে.অদুদগী অমসু নিথো হায়না। ধৃতরাষ্ট্রনা হেক মহায়রে। অদুবু দ্রৌপদীনা মথা তাদুনা বর নিথো হায়বা য়াদরে। মহাক্না হায়রমই, ভগবন! অপাম্বা হায়বা অসি ধর্ম্ম মাংনবগী মরুনি। ঐ অহুম শুবা বর লৌবদা মতিক চাদে। ক্ষেত্রি অমগী মচা ওইনা ঐ বর অনি লৌবা য়াই। নিংথৌনা বর অহুম, ব্রাহ্মননা অমা কাওবা লৌবা য়াই।

অদুদগী ধৃতরাষ্ট্রনা যুধিষ্ঠিরবু দ্রৌপদী অমসুং মচিল মনাওশিং

লোয়নজমদুনা অদুগা মরল মথুম লোইনা পুক্নেমদুনা মথোইগী মরম খাণ্ডব প্রাস্থদা হন্দুনা অদুম পান্ডুবগদৌবনি হায়দুনা চৎহনখরে।

মহাভারতকী মনুংদা চৌবোর শারবগী মতাং অসি ইতিহাসগী মচাক ওইরোই, মসি পংহায় মহায়ক্তিবনি, লৌবা য়াবা ব্রা মক্তে হেক হায়বা কোক্লাই অমত্তু চোংথোরকনি। কারংবু অসিনা হায়গদৌরিববু পাণ্ডব হায়বা অমদি করিগুম্বা অমতা কোক লাওবা য়াদবা মথৈ শ্রীকৃষ্ণগা ব্রা তান্নরক্লিবনি, অদুগবু চৌবোর শারবা হায়বা অমুপ য়ান্না অকায়বা থবক অসি শ্রীকৃষ্ণগী ব্রা য়াওদনা যুধিষ্ঠিরনা করম পাক হেক পাংথোক্লরিবনো অসিনচিংবা। কারংবু অসিগী ওইনা ঐথোইস্ত হায়দবা ওমদে—রাজসূয় যজ্ঞগী মতমদা যুধিষ্ঠির মহারাজনা তৌখিবগুম, হন্দককী চৌবোর শারবা অসিদস্ত মহাক শ্রীকৃষ্ণগী ব্রা য়াওদনা চৌবোর শাররুবা চুমদে। অদুদা ঐথোইনা যুধিষ্ঠিরবু মতাং অসিদা অরানবা পংশী শীবা য়াদবা মরম অকনবা থরদি মরেরে। মতম অদুগী সমাজদা চৎনরম্বা মতুং ইন্না যুধিষ্ঠীর চৌবোর অত্র শারবোই হায়বা পাক ওম্নমদে অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা য়াদে হায়দুনা থোক তোকথোকপা য়াদবা থুক্রা ওইনম্ব তৌরমই। মরম অদুমক্তনা শকুনিনা দুর্যোধনবু যুধিষ্ঠির মহারাজগী চৌবোর শিংনহনবনি। অদুগী মথক্তা শ্রীকৃষ্ণনা নোংমতম্ব যুধিষ্ঠীর করিগী চৌবোর শারুবগে হায়খিদে। শ্রীকৃষ্ণনা ভীষ্মগী মওক কল্লগে হায়দুনা নোংমা তৌখি মাদু কুরুক্ষেত্র লাম্লাওগী লানকম মক্তদনি। সুমিৎ অদুমক্তদা শ্রীকৃষ্ণনা ভীষ্মদা হায়খি চৌবোর শারবা থাবদা মন্ত্রীগী মথৌনি! মাসিনা তাকপদি চৌবোর শারবগী মরান্দি যুধিষ্ঠির

খোইগা নত্তে দুর্য্যোধনখোইগীনী। অদুম অদুম ওইনমক হন্দককী চৌবোরগী মহৈনি হায়বা অমতা লৈহোৎরে—হেক লৈহৌরিবা হায়বদু দ্রৌপদী খুঙ্গোইনখিবগী ভীমগী—হাশক ভীমগী থঙ্গোইলকা সুংদা য়েক্তুনা থমহোবমখৈতা মঙাইরে। মাসি মত্তবা অতৈ থোইদোকপা সুংলৈ চৌবোরগী কল ওইনা লৈহোৎরে। মরম অদুনা দুর্য্যোধনখোই লৈক্কম চাকম থংদ্রে মখোইনা অমুক হন্না অতোপ্পা মওংদা চৌবোর শান্নবা ধৃতরাষ্ট্রদা তক্লবা হৌরক্লে।

হন্দকী চৌবোর অসিদদি অপোবা নাকল অদুনা চহি তরাহুমদোই বন্দা চৎপা, মাসিগী মতুংদা অকোনবগী চহি অমদি মীশক থংহন্দা লোৎপা হায়না অতোপ্পা পোত্থা মওং অমদা চথরে। মরক অসিদা অখোইবা কাংবুনা অপোবা কাংবুগী মরৈবাক লৌহৌবা, অদুগা মখোইনা বন চৎলুবদগী চহী মশিং শুরদুনা, অমদি অকোনবা চহী অসি মী থংহন্দা লোৎলুরগা হল্লক্লবদা মখোইগী মরৈবাক অমুক হন্দোকপিবা হায়বা অসিমত্থ চৌবোর পোত্থোগী মরোলনি।

অকোনবা ক্ষেপকী চৌবোর অসিদস্থ এখোইনা উবা কংলে মতম অদুদা এখোইগী ভারত অসি ধর্ম্মগী মরাই চাইথরমই, অদুগা অধর্ম্মনা মকোক কাংলম্মী। মরমদি পাণ্ডবনা চৌবোর পোত্থা মতুং ইন্না হায়নখিবা হাশক মথৈ ঙাক্লবদস্থ কৌরবনা পাণ্ডবত্তা মরৈবাক হন্দোকলগে হায়দ্রে। হায়দ হায়জিল্লুরে, দুর্য্যোধননা য়েত্তুম মচিন্দা পকপা লৈপাক কাওবা পাণ্ডবতা থাইরোইককা হায়জিল্লক্লে। মরম অদুমক্তনা মহাভারতকী লাঙ্গাও থোক্লবা য়্যারমদবনি।

## ( ৫ ) লানগী থৌরাং

যুধিষ্ঠিরখোইনা বিরাটতা বন চৎপগী অরোইবা চহী অদুমা লোৎপা মতম শুরদুনা কোংদোক্লকপদা, বিরাট নিংথৌনা মচা নুপী উত্তরা অর্জ্জুনগী মচা নুপা অভিমন্যুদা থাজরে। লুহোংবা অসিদা শ্রীকৃষ্ণ বলরাম অমস্যুং বসুদেব য়াওনা থুদোন পোৎ কয়াম্ব পুজেনদুনা বিরাট লৈবাক তান্না লেংলক্লে। লুহোংবা অসিগী ৱাফম্না মহা-ভারততা লম পংকন কন্দে। অদুবু লুহোংবা অসিগী মীথীত্তি লানগী থুৎ থোম্লবা অমদি ৱা ভাম্লনবা ওইনা থোকখরে।

হৃন্দক্কী মহাভারতকী লাল থোক্লবা লাংখৎলকপা অসি নাকপাক নাকপাক হেক্তা মতানখরে হস্তিনাগী নিংথৌ দুর্য্যোধননা ওইকম থোকই হায়বা য়াও, যুধিষ্ঠিরনা ওইকম থোকই হায়বা য়াও তৌদুনা থুৎ লিংনরে। ধৃতরাষ্ট্র অমস্যুং পাণ্ডু অনি অসি মচিন মনাওনি ধৃতরাষ্ট্রনা অহন্নি অদুবু মহাক মমিৎ পুমতাং ভাংনা পোক্লকপনা মনাও নুপা পাণ্ডুনা নিংথৌ ওইখরে অদুবু পঞ্চ পাণ্ডবকী মপা পাণ্ডুনা শিথ্রবদা, নিংথৌ ওইবিনিঙাই লৈতদুনা দুর্য্যোধননচিংবা মচিন মনাও চামগী মপা ধৃতরাষ্ট্রনা লৈবাক ঙাক্তুনা লৈরি। শরক অসিদা নিংথৌগী মচানিনা পাণ্ডবনা নিংথৌ ওইকম থোকই হায়বা কাংবু অমা হেক মচোংথোরকই অদুগা মপানা মমা পুক্লুংদগী মিৎ ভাংনা পোক্লক্তুনা নিংথৌ ওইবা য়াক্লবস্থ মচা হাক্লকপী দুর্য্যোনখোই নিংথৌ ওইজবা ময়াইনা হায়বস্থ কাংবু অমা হেক মর্য়াওরকই। মাস্থম নৈনবা অসিদা ঐখোই য়াওরুদুনা কান্নদে, মাসি

লোইবা থম্বা নাইদ্রবা, মীনা বিচার তৌদুনা লেপ্পা ওমদ্রবা মতাংনি। শ্রীকৃষ্ণ, বিদুরনচিংবা পাণ্ডবকী মীচংনি, অদুগা বলদেব ধৃতরাস্ট্র কৌরবকীনি ভীষ্ম ময়াইদা লেপ্পা ওইনা তৌই—পাণ্ডবসু থর কংসসু কৌরবসু থর মকংসসু হায়বা অসিনি। কর্ণ অরান অচুম থিদে, দুর্য্যোধনগী মাইগৈদা পুরা পুরি লেপ্পা মুপানি, মাদুগুম যদুবংশগী সাত্যকীসু পাণ্ডব মণ্ডাগী তুবুম অমা শোকফদে হায়বগী কিবমদা লৈখরে! কৌরবনা হু পীজরগা ভীমবু ঙশিংদা লংথবা, চাশং মৈ থাবা, চৌবোর শাম্নবনচিংবা তোপ্প তোপ্পবা উপায় শীজিন্নদুনা পাণ্ডবকী মাং তাক্লবা চক্রি কয়া কয়া তৌরক্লে। মাদুনসু লোইবা য়াদ্রদুনা, হন্দক অসিদা রাজনীতিগী নিংঙাই শাংদানরকপা মতম অসিদি খুজ্জু খুৎলাইনা পুর্ণাহুতি পীদবা য়ারক্লে, মরম অদুনা নাকল অনিমক খুৎ থোম্নবা খুজ্জু খুৎলাই পৈশিন্নবা লানগী থৌরাং কয়া তৌনরে। অসুম তৌনরিঙৈ অসিমক্তদসু শ্রীকৃষ্ণনা মী থাদুনা কৌরবসু থেমহল্লু হায়রে, মাদুদা য়াদ য়ারক্লগসু শ্রীকৃষ্ণ মশাএক লেংদুনা কৌরব থেম্লগনি হায়রি। অসুম তৌনা তৌনা শ্রীকৃষ্ণনা থরায় য়াওনা থাম্নবদি কুরুক্ষত্রগী লাম্লাও খোক্লংদবা য়াই হায়না বলদেব গান্ধারীনচিংবা থম্নমই। শ্রীকৃষ্ণ, বিদুর, সঞ্জয়নচিংবা অতোপ্পা কাংবু অমনা অমুক কুরুক্ষেত্রগী লাম্লাও অসিমক্তি ভীম্নমা থোক-হুনবনি হায়না নিংলম্মী। মহাভারতকী উদযোগ পর্ব্বদা শ্রীকৃষ্ণনা নায়কনি। মতাং অসিদা ঐখোইনা উবা ফ লে থবক্তা মাই ওনশিনবা ইচং থোবা, থোন্না কবা, ধর্ম্ম কায়দবা, বুদ্ধি লৌশিং লৈবা, মনাই চংজরকপবু থাদোকপিদবনচিংবা গুণ থিবিক্লা শ্রীকৃষ্ণদা তিল্লমই।

লুহোংবদা লাকপা নিংথৌশিং লুহোংবা মতুং নোংমা কোনবদদি বিরাট নিংথৌগী রাজ সভাদা তিল্লরে মাহাক মাহাককী কমকমদা কম্লরে। মাসি মতুংদা থোক্লককদৌরিবা লানগী রা তাম্লবনি। মথোই মশেল ওাহাক রাম্নী শিঙ্গুন তৌনরগা শ্রীকৃষ্ণ পাংনা য়েংনরক্লে। অসিগুম্বা মতম অসিদা মথোইগী মরক্তা কমান্সু রা অমত্তা ওা'নরমদে। শ্রীকৃষ্ণসু থুদোংচাবা হেক ফংবা অদুদা নোংওাল্লকপগুম লুম্বা থোক্লেম্বা সভাদা তিনবা মীয়াম য়েংহুনা হায়রকই, নিংথৌরেনশিংবো! যুধিষ্ঠির মহারাজ অসি করম্ব' লৌনম তৌহুনা সুবলগী মচা' সুপানা চৌবোরদা ওমহুনা মরৈবাক লৌরে হায়রগা বন চৎনবা থুজিল থৌরাং তৌখিবগে হায়রবা রাজসভ'না খংবিরিবহু মওাই। পাণ্ডুগী মচাশিং অসি পৃথিবী জয় তৌহুনা নিংথৌ ওইবসু ওমই, অদুবু মথোই সত্য লৈবতগী চহি তরাহুমদোই মীনা ওমথোক্তবা ব্রত তৌহুনা খাংলুরে। বিরাট লৈবাক্তা চহী অমা'কয়া রামা লোং'লুরে হায়বসু ময়াম্লা থোইনা খংবিরে। হুজিক্তি ময়াম্লা করি তৌরগা মাকল অনিমক্কী মঙ্গল ওইগদগে অমদি ধর্ম্ম কায়রোই হায়বদো খনবিরো। ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরদি। ই বু কায়না ফংবা তারবদি সোরারেনগী থুবমসু পায়োই, ধর্ম্মবু কায়দ্রবদি থুন অমতগী নিংথৌ ওইরবা ফাওবা বেরা লৈরোই। মপানা থমম্বা লৈবাক ধৃতরাষ্ট্রগী মচা শিংনা লৌনম তৌহুনা লৌত্রবসু মথোইগী মপান্বোম পাঙ্গল্লা নিংথৌশিং অতৈ অতৈগী লৌজবা লৈবাকশিং অহুতা পীথোকপীরবদি মথোই অদুম ময়াগনি। কৌরবশিং অসিনদি মপুক কয়া ফৎথিদ্রবগে হায়ববু লৈবাক অসিতা পীরোইদৌবগী মওামক অসিবু হাংকে হায়না কয়া

লাক্লখরে। কৌরবশিংনা অস্থুম মীগী খপোৎ মরণ পাম্বা, ধমরোমদা যুধিষ্ঠির মহারাজনা ধর্ম্ম কায়দবা মুম্না বিচার তৌরগা অস্থুম্না তৌবা ফগনি হায়বা অদু রাজসভা অসিদা লেপথোকপিরো।

পাণ্ডবশিংদি লেপপ্রবা মতম শুনা রাশক ঙাক্লে, অদুগা কৌরবতি মতম লৈবা খিবিক্তা নত্তনা লিচত্তা চত্তুনা লৈরে। অদুনা হৌজিক অসিদা পাণ্ডবশিংনা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিং হেক্তা হাংলগদ্রা মত্রগা মরুপ মপাংশিংনা থামজিন্নবা তৌবিগদ্রা হায়না অমা লেপ-থোকপিরো। পাণ্ডবনা কৌরবকা লাপ শোক্লবদি, মথোইনা কৌরব শোয়দনা হাৎকনি। অদুবু পাণ্ডবনা মীথীৎ য়ামদে কৌরবনা মীশিং হেল্লি অদুনা ময়ামস্থু পাণ্ডবকী মতেং পাংবিবনা ফগনি হায়না থুনবিরবস্থু ময়াম য়াওনা কৌরব হাৎকে হাৎপিরুরো। অদুম অদুম ওইনমক ঐথোই দুর্য্যোধনগী মরামক্তি তাদ্রি। অদুনা দূত অমা থাদুনা পাণ্ডবতা লৈবাক থাইবোক অমা পীথোকহল্লগা সন্ধি অমা তৌনবা কৌরবকা হাল্লা ঙাংনহনবিরুরো।

অদুগী তুংদা বলদেব শ্রীকৃষ্ণগী রাদা য়ানিংলে হায়দুনা মথা তানা ঙাংথরকই, বাসুদেবগী ধর্ম্ম কায়দবা রা ময়াম্না তাবিরে, মাসি ধর্ম্মরাজদা ফবমুক দুর্য্যোধনদস্থু কৈ। পাণ্ডবশিংদা লৈবাক থাইবোক অমা পীরবদি মথোই ফরিস্থু তৌরোই হায়রি; অদুনা দুর্য্যোধন মহারাজনা লৈবাক তত্থাই অমা পীথোকল্লগা নাকপাক অনিমক হরাও হরাও লৈনরসনু। য়েক্লবনা হোনবী থবকপু তৌরবদি পাণ্ডব লৈবাক তংথাই অমতা ফংলবস্থু পেনবা ঙমগনি হায়রি। মাস্থুম তাইশিন্নপ্রবদি প্রজাশিংগী ফত্তবা অমতা থোক্লোই। অদুনা

ঐনা নিংবদি মতিক চাবা মুপা অমা থাদুনা হুজিক অসিদ যুধিষ্ঠিরগী পুক্লিং দুর্য্যোধনদা খংগল্লুবা চুম্লে, মাদুম তৌরবদি মুপা অদুনা দুর্য্যোধনগী মরাম্ভ তাথোরকপা য়ারে। মতোন্দা ধৃতরাষ্ট্র, ভীষ্ম, দ্রোণ, অশ্বত্থামা; বিদুর, কর্ণ শোকুনি, কর্ণ, ধৃতরাষ্ট্রগী মচা পুম্নমক অমম্ভং সহরগী অহল লমনশিংনা যুধিষ্ঠিরগী মঙ্গল ওইনবা রাম্ভ তাক্লকসম্ভ।

ধর্ম্মরাজ অসি মরল মথুম য়াম্না লৈজরম্বনি; অদুবু মা চৌবোরদা ময়াই কাদুনা মহাক্কী লৈবাক মীনা লোথরে। মাদি চৌবোর কয়া হৈত্তে, অদুনা মাগী মরুপ মখোনা মাবু চৌবোর শান্নগম্ভ হায়দুনা য়াম্না খাম্নমই অদুমক্তদা মানা চৌবোর শান্নখরে। দুর্য্যোধনগী সভা অদুদম্ভ যুধিষ্ঠিরনা চৌবরদা থোইজবা য়াবা মী লিশিং লিশিং লৈরম্মী অদুবু লাইগী নোংদম্না] কনবনা মানা গান্ধারগী নিংথৌ শকুনিবু চৌবর শান্নসি হায়না কোক হৌরুরে, মাদুদা শকুনিম্ভ শান্ননি হায়দুনা হেক চোংখোরক্লে। অদুদদি মথং মথং শাওগৎনরক্লুনা মরল মথুম লোইনা মাংথোকখ্রবনি। মাসিদা মাগী দোষ থোইনা লৈত্তে। রা ওাংবা হৈবা মী অমা থাদুনা ধৃতরাষ্ট্রদা হায়জরুরগা অদু মওাই। মহাক্কা তাইশিন্নবা য়ানবা থুজিল মরাইনা মতৌজরককনি, কৌরবকা লাল তৌনদনা সন্ধি তৌবনা খ্বাইদগী হেন্না কৈ, লান্না কংবা শেন্দি লল নত্তে।

বলভদ্রগী রা অসি তাবদা সাত্যকি শাওবনা মৈ হৈরদুনা কমকমদগী ফুক হৌগত্তুনা বলদেবগী রা অদু খেৎপা হৌরমই। মতাং অম্নরাই য়োরকপদা ঐখোইনা মৃতম অদুদম্ভ হৌজিক্কী মতমগী

Parliamentary Procedure লৈরমদে হায়বা ওযদে। সাত্যকীনা হায়রকই, মাগী মাগী পুকচেনগী মতুং ইন্না রা ওাংবদি মীওইবা ঐখোইগী হৌনশানি। পৃথীবী অসিদা মী অথোবা অমস্তুং পাংদবা হায়বা মথল অনি ঐখোইনা উবা কংই। উপাল অমতদা উহৈ পানবা উশা, উহৈ পান্দবা উশা অমিমক য়াওবগুম, শাগৈ অমতদস্ু মী অয়ম্বা অমদি অথোবা মথল অনিগী মুপা হেক মপোক্লকই! হলধর! অঙাংবা নংবুদি ঐ কয়া শাওনিংদে নংগী নরাদা থওইনা ভানিংনা তারিবা মীশিং অসিবুনা হেন্না শাওনিংথরে। সভা মমাংদা দোষ লৈতবা ধর্ম্মরাজবু নংনা অরানবা শীক্রশারি নংগী চোবোর হৈবা কাংবু অদুনা ঐখোইগী চোবোর হৈতবা মহাত্মা অসিবু কৌদুনা ওমুখোকখ্রে, অদুদবু মাখোইনা চোবোরদা লোকপা অদু ধর্ম্মগী মতুং ইন্ননি হায়বা য়ারিবরা? ধর্ম্ম রাজ যুধিষ্ঠিরন মযুমদা মচিন মনাও-শিংগা চোবোর শান্নরিঙৈদা দুর্য্যোধনখোই লাক্নুনা লে ক্লরবদি ধর্ম্ম গী মতুং ইন্ননি হায়বা য়াই। পাপীশিং অদুনা চৌরিবদি মত্রুককা ইনৎ নত্তনা যুধিষ্ঠির মহারাজবু মযুমদা কৌরগা চোবোরদা থদুনা লোক্লে হেক্রা হায়রে; অদুদবু মখোইনা মঙল ওইগদবা অসি কদাইদনো? হুজিক্কি চোবোরগী পোম্বা মতুং ইন্নস্ু যুধিষ্ঠির মহারাজনা মাহাক্তা রাশক ভাক্লে; অদুদবু হুজিক করিগীদমক মাখোইদা ঐখোইনা নোঞ্জ-রুগদগে? বন চৎলুবা হেক লোইবগা যুধিষ্ঠির মহারাজনা মাহাক্তা মপা মপুগী থুবম হন্নিনজগদবনি হুজিক করিগী পৈতৃক সম্পত্তিবু নিরুক্কম থোকপগে? করিগুম্বা মাহাক্না মীগী মরল পান্নক্লবস্ন নিদুনা লৌমোই নমদুনা লোগদবনি। পাণ্ডবশিংনা বন চৎপগী অরোইবা

চহিদা লোৎপা হায়না হায়নখিবা য়াশক নিংথিনা ভাকখয়ে; পাপীশিং অসিনদি পাণ্ডব চহী তরাহুমদোই শুদনা কাওদোকখে, হেক মহায়-য়িবনি। অদুদবু পাপীশিং অসি করম লৈবাক পামদে হায়গদগে অমসুং করম মাখোইবু ধর্ম্ম কায়দে হায়গদগে ?

পাপীশিং অসি পুকচেল চাওবা ভীষ্ম অমসুং দ্রোননা পাণ্ডবতা মখোইগী পৈতৃকরাজ পীথোকখো হায়রবনি, অদুবু মখোইনা য়াদ্রুনা থাংলিবনি। মাসিদা ঐনা শাওদুনা ঐগী খোরবা তেন্না পাপীশিং অসিবু কাপথুরবতদা মখোই যুধিষ্ঠির মহারাজগী খোংদা ভুরগনি মাল্লমক্তদা য়াত্রবদি, মাখোই যমগী ময়ালয়াই তান্না থাবা তারে। চীংনা বজ্রগী মপাঙ্গল থাংবা ভমদবগুম, অশাওবগী মৈশা লাংলবা সাত্যকিগী অশাওবগী মৈশা কনানা থাংজরুগবনো ? কল্লবা, অর্জ্জুননো, কৃষ্ণনে, ঐনে অসিবু ভখিনবা কনা লৈগদগে ? লাম্দা থোবা কনানা মথরাইবু পাম্মুদা যমগুম্বা নকুল, সহদেব, ধৃষ্টদ্যুম্ন, পাণ্ডব মঙামককা চপ মান্নবা মথোনা করবা অভিমন্যুনচিংবা মচা-শিংগী মাংদা লেপ্পা ভমগবনো ? ঐথোইনা শকুনি, কর্ণ অমসুং দুর্য্যোধনবু হাৎথুদুনা যুধিষ্ঠিরবু নিংথৌ ইলায় লায়না হাপকনি। য়েক্লববু হাৎপদি পাপ চংদে, মখোইদগী নিরুবতবু পাপ কৌবনি, মিংচৎ থীবা কংবনি হুজিক অসিদা ময়াম্না যুধিষ্ঠির মহারাজগী মনিং থুংনবা তৌবিরো ধৃতরাষ্ট্রদগী মুল্লকপা লৈবাকী নিংথৌ মাহাক্লা ওইরসনু। ওসি মখোইনা পাণ্ডবকী পৈতৃক রাজ পীথোক্লগা পীথোক্লরে, পীথোক্লদ্রে ঐথোইগী তেনগী মপান্না মাখোই তুম্না মালেম লৈমাই থক্তা য়াতাহনগনি। সাত্যকি অকনবা মুপা অমনি, পাণ্ডব

ক্নাংবুগী মঙ্গুংদা অর্জ্জুন অমসুং অভিমন্যুগী হেক ওমথংদা মাহাক শীংথাবা য়াই। মরম অদুনা মহাকী মথক্কী খোল চাওখোপদগী পংঙাং ঙাংবা নত্তে, যুক্তি য়াওবা য়াঙাক্নি অশাওবগী খোল থর থাথিবা কনবা য়াবা য়াকপ্নি হায়বদা চিংননঙাই লৈতে।

যদুবীর সাত্যকীনা পাণ্ডবমঙামকপু মুমিৎ মশীং শুদনা ফাওদোক্লকই হায়না দুর্য্যোধনখোইনা ঙাংনৈ হায়খিবা অচুম্বনি। মাসি কৌরবনা বিরাট লৈবাক্কী যণ খোম্বা চৎপা মতমগী য়ানি। মাখোইগী খোংকম অমদা বিরাট লৈবাক্কী মুপা অমা মাখোইবু যণ খোম্বা থিংবা চোংথোরকই। মাগী খুৎফম উবদা দ্রোননা মাসি অর্জ্জুন নত্তনা অতোপ্পা মী অমা ওইবিনিঙাই লৈতে হায়না ভীষ্মগা হায়রমই। মাদু তাবদা দুর্য্যোধননা অর্জ্জুন হায়নখিবা মুমিৎ শুদনা ফোংদোরক্লে অদুনা পাণ্ডব অমুকন্সু হন্না বন চৎখিবা তারে হায়না ভীষ্মদা হায়রম্বনি। মুমিৎ মশীং অসি করম পাগদগে হায়রবা খুৎহোংকা লোয়ননা তাক্কুনা ভীষ্ম দুর্য্যোধনদা হায়খি অর্জ্জুন থোরক্লে হায়রিবা মুমিৎ অদু চহী তরাহুমদোইদগী থা মঙাগা মুমিৎ তরুক্নি হেল্লে। মাদুদগী দুর্য্যোধনখোই মাসিগী য়া ঙাংখিদ্রে। হন্দক বিরাটতগী কৌরবনা যণ খোম্বা থিংবা চোংথোরকইবা মুপা অসিমকন্সু অর্জ্জুননি অদুনা দ্রোণগী য়াখল লান্দে।

যদুবীর সাত্যকীনা সভাদা ঙাংখিবা হেক লোইবগা দ্রুপদ মহারাজনা হায়খি অকনবা মুপা সাত্যকিনা হায়খিবা অসি শোয়দনা থোক্লগদবনি। দুর্য্যোধন কদৌউৈদসু মবুকথোক্লা লৈবাক পীরক্লোই। মচাগী মীচং চংগনবা ধৃতরাষ্ট্রনা মচানা হায়বতা মইনগনি।

ভীষ্ম দ্রোণ হায়রা মীচোপ ওাক্তনি, কর্ণ, শকুনিনা মূর্খনি; অদুনা মখোই দুর্য্যোধনগী তুং ইল্লকপগী ইনবা অদুম মইল্লগনি। ঐস্থু বলদেবগী ৱা কয়া লৌনিংদে অসিনচিংবা হায়রগা দুত থাদুনা নিংথৌ-শিং খুৎ থোমহৌসি, মহাক্কী অশিংবা পুরোহিত কৌরবতা পাও পীহল্লুশি হায়নস্থু দ্রুপদ মহারাজনা ৱা হৌদোকখি।

দ্রুপদ মহারাজগী ৱা অসি ওক্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা খুম্নকই মহারাজ! নহাক্না পাণ্ডবকী কান্নবা তাকপিরিবা পুন্নমক অসি ওইথোক্কবা অমদি মতিক চাদবা ৱা অমতা য়াওদে। থাংগৈশেংনা ফনবা মতৌরশি হায়রবদি নহাক্কী ৱা ইনবনা চুমই নত্রবদি ঐথোই তুংদা অপংবা তাগনি। কৌরব পাণ্ডব অনিমক ঐথোইগী মরী-মতা ওাক্তনি, মখোইস্থু ঐখোইদা মর্য্যাদা থক কায়দে। অদুবু ঐখোইদি লুহোংবগী বার্ত্তোন লৌদুনা লাকপনি। হুজিক্তি লুহোংবা লোইরবনিনা ঐখোইস্থু হরাও হরাও য়ুমদা হন্নরশি। নহাক্না চহীদস্থু বুদ্ধিদস্থু থ্বাইদগী হেল্লি, দ্রোণ অমস্থুং কৃপগী মন্নাপ্লি, ধৃতরাষ্ট্র মহারাজনস্থু নহাকপুদি য়াম্না ইকাই খুম্নে। নহাক্কী নরাদা ঐথোই চিংননভাই অমতা লৈতে। পাণ্ডবশিংগী ফগদবতা হায়বিথো। দুর্য্যোধননা ধর্ম্মগী মথক্তা সন্ধি তৌরবা কৌরব অমস্থুং পাণ্ডবকী মচিন মনাও চান্নবদা করিস্থু কায়বা লৈতে, অদুগা শাগৈ হাৎনবস্থু থোক্লরোই। অদুদা দুর্য্যোধন পাপীনা বুদ্ধি মাংথিদুনা অমদি নাপন তৌদুনা সন্ধি তৌগে হায়দ্রবদি মী অতৈ অতৈদা দুত হান্না থারগা ঐখোইবু কোন্না কৌবিরকউ। শ্রীকৃষ্ণ লাল অসিদা কয়া য়াওনিংদে হায়বন্দি শ্রীকৃষ্ণগী হন্দকী থোল অসিনা তাকই। অদুদগী শ্রীকৃষ্ণ দ্বারকারোমদ লেংখ্রে।

অসোমদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকা য়োরবদা পাণ্ডবকী থৌরাং পূর্ন্নমক দ্যুতকী চিন্দগী তারদুনা দুর্য্যোধন কৃষ্ণবু বার্ত্তোন তৌগদৌবগী দ্বারকা তাল্লা চৎখ্রে, অর্জ্জুনসু কৃষ্ণ বার্ত্তোন তৌবা চৎপা দুর্য্যোধনগা নোংমতদা থুংমিন্নরুরে দুর্য্যোধনল্লা ওহাক্তি হাল্লম্লে। মতম অদু শ্রীকৃষ্ণদি চেপ্লমই। দুর্য্যোধন শ্রীকৃষ্ণগী লুথুমলোমদা লৈবা ফিদা অমদা চংদুনা ফম্লমই। শ্রীকৃষ্ণনা মিৎ হেক পাংথোক্লকপদা, অর্জ্জুনবু হাল্লা হেক থে'নরে, মরমদি অর্জ্জুনদি শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া ওইরপ্লা ফম্লমই। অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু করিগীদমক লাকপগে হংলমই। মাদুদা অর্জ্জুনবা লানগী বার্ত্তোন তৌবা লাকপনি হায়না খুম্লে। মদু তাবদা দুর্য্যো ধননা হায়রকই, ঐসু শ্রীকৃষ্ণবু বার্ত্তোন তৌজবা লাক্লি, ঐনা হাল্লা থুংলবনি, অদুনা শ্রীকৃষ্ণদি ঐগী রোমদা য়াওবিবা তারে। মদু তাবদা শ্রীকৃষ্ণন' হায়খি নহাক্না হাল্লা লাক্লম্বদি য়াই, অদুদা ঐনা উবদি অর্জ্জুনবু হাল্লা উরুরে, অমবু ওইরে, অমবু ওইরে ঐ নাকপাক অনিমক্তা তেংবাংগনি। চৎনবী অমসু লৈরি, মাদুগী মতুং ইল্লবদি, নাহাগী বার্ত্তোন হাল্লা লৌকম থোকই অদুনা ঐগা চপ মান্ননা হৈশিংবা নারায়ণী সৈন্য অর্ব্বুদ অমা য়াওহনবগা ঐ ইতোমতা খুৎলাইসু পায়দা, লাল শোক্রবদা লেপ্লগা অনি অসিগী মরক্তা অপাম্বা অম' অর্জ্জুন নং হাল্লা খল্লো। মাসি হায়বা হেক তাবদা অর্জ্জুন খুৎলাই পায়দবা শ্রীকৃষ্ণবু খল্লে। দুর্য্যোধনসু নারায়ণী সৈন্য অর্ব্বুদ অদুবু ফংলবদি লোইরে শ্রীকৃষ্ণ খুৎলাইসু পাইরোই হায়রে হায়দুনা হরাও হরাও মন্নমদা হনখরে। শ্রীকৃষ্ণসু তেঙ্গোল ময়াম পুরক্লুনা বিরাট লৈবাক য়োরক্লে। মহাভারতকী লানগী দমক শ্রীকৃষ্ণ মিচং

সঙ্গন নাইরমদে হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী নাকল অনিমক্তা তেংবাংবা মপাং অসিনসু উৎলে। য়াদ য়ারক্ত্রবা কালদা থরাই য়াওখিবা অদুসু খুৎলাই পায়দননি। লৌয়ী য়ুম্ফম কাদা শোক্লবদি. মীওইবা এখোই পাঙ্গল উত্তা তৃমিন লৈথোকপা য়াদে অদুবু পাঙ্গলদগীসু অমানা মমল য়ামই। মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবপু মরম থাইবোক অমা থাদোক্লবসু সন্ধি তৌনৌ হায়না পাওতাক পীরম্বনি ইন্দ্রি খুতুম চল্লবা, মশাগী ওইজবা থদোক্লবা ভীষ্মক হন্দকী লাল অসিদা শ্রীকৃষ্ণমুক পূকচেল চাওবা উৎপা ঙমখিদে।

লাল শোক্লদনবা য়ুধিষ্ঠিরবু থেম্মু হায়দুনা সঞ্জয় ধৃতরাষ্ট্রনা পাণ্ডব মঙাদা থারক্লে। মতম অদুদা য়ুধিষ্ঠিরনা সঞ্জয়দা হায়খি ইন্দ্র-প্রস্থতবু পীরবদি, ঐ অতৈ লম তাল্লরোই। দুর্য্যোধন লাল তৌদনা লম মচেৎ অমতা পীয়ু হায়বা য়রোইদৌরি. অদুনা মাগী মচৎ অসিদা শাওদুনা লাল শোক্লবিগনু, লাল শোক্লগদবগী শরুকপুদি মারৈবাক্তা চৎলগা ভিক্ষা তৌদুনা চারুবনা থোইনা কৈ অসিনচিংবা অর্থ য়াওদবা রা কয়া ঙাংদুনা সঞ্জয়না য়ুধিষ্ঠিরবু থেম্লমই। মাম্লম সঞ্জয়না কৈরেং তুরেং. কাতু কারল ঙাংলকপা অসিদা য়ুধিষ্ঠিরসু য়ানিংদবা উৎলমই। মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণ পাণ্ডব মঙাদা লৈরি সঞ্জয়গী রা তাবদা রারক্লে; অদুনা ভীম অর্জ্জুননা ঙাংলক্তি্রগৈদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, মতম লৈবখিবিক্তা ঐ পাণ্ডবকী কনবতা অমদি ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংগা লোয়নননা চাওখৎনবা খন্দুনতা লৈবা সুপানি। কৌরবকা পাণ্ডবকা সন্ধি তৌনবা হায়বা অসি ঐ য়াম্না পামই। মখোই মঙ্‌-মক্তসু এনা য়ারবদি সন্ধি তৌনশি হায়রিবনি, য়ুধিষ্ঠির মহারাজসু

মনাওশিংদা মাহুম হায়দুনতা লৈরিবনি। অদুম্বদি ওইরবদা ধৃতরাষ্ট্র, অমসুং মাগী মচাশিং অসিনা মীগী মরল মথুম য়াম্না পামই, অদুনা সন্ধি তৌনবা য়ারোইদৌরি। লাল তৌমবদা মতারককদৌরি হে সঞ্জয়! ঐদি ধর্ম্ম কায়বা থবক থক তৌদে। অদুদবু নংনা যুধিষ্ঠির মহারাজদি ধর্ম্ম কায়রে হায়রিবা করিগীনো? কেত্রি মচাগী ধর্ম্মদি লাল তৌবনি, অদুবু নংনা লাল তৌগদবগী শরুকপুদি মীরৈবাক্তা চত্তুনা ভিক্ষা তৌরুবনা কৈ হায়না করম হায়রিবনো? দুর্য্যোধন নিংথৌনা পাণ্ডবকী পৈতৃকরাজ কোংনবু ওইরেহরাল্লে মাসি নিংথৌগী ধর্ম্মথুপায়বনি। মাসিদা কৌরবকী মী অতৈ অতৈনসু মানা চিংবা থুর্জ্জিদা চত্তুনা লৈরে। লোম্নবু ওইরে, হুরানবনা মীগী মপোৎ হুরাল্লুরবদি মীনা হুরালববু আতীথিনৈ। দুর্য্যোধনদসু ঐথোইনা অদুগুম্বা মিরেংনা য়েংবা য়ারবনি। পাণ্ডবশিংগী মরল মথুম মীনা করিগী মুনগদগে। মাসিগী দমক লাল শোক্লবদা মথোই শিখণ্ডবসু ফরে, মপা মপূগী লম থাদোকপদি চুমদে। সঞ্জয়, নং কৌরবশিংদা অসিগুম্বা মতম কুইনা চৎনরক্লবা ধর্ম্ম অসি মীয়াম মমাংদা থর তোয়না তোয়না তাকপিয়ু। কৌরবশিংনা কয়াদা ধর্ম্ম লৈখিদ্রবা! নিংথৌ থর শিহনগদৌবগী মথোইনা কৌরুরে হায়রগা পাণ্ডবকী মুপী দ্রৌপদীবু শোক্লা পন্না য়াদ্রিদ্রৈদা, সভা ময়াইদা তেংথা মাওইবগী পারা য়ৌনা থুঙ্গোইনবিখরে মাদুদসু ভীষ্মনচিংবা অহললমন্না মাবু করিসু যৌওই রাওইনা তৌবিখিদে। মাসি মথোইগী য়াম্না চুমদবা অমসুং তুককচবা থবক্নি।

হন্দক শ্রীকৃষ্ণনা সঞ্জয়দা ফেনখিবা অসি পান্দরাক্তবা নত্তে ফম চংথোক্না পানখি। সঞ্জয়না হনখ্রবদা ধৃতরাষ্ট্রনা পেৎনা পেৎনা

মাদুম মহাক্না অরাবা ফোংদোকপা ভাবদা সঞ্জয় তন্নক্লে পাবু পাখৎ-লক্লে। মতম অদুদা সঞ্জয়না মবুঙোদা থুমখিবা পাওথুম মাগুম্বা মুপাগী মাতিক চপ চাই অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা তাকপিবা ব্রাগা মরী লৈনৈ। সঞ্জয়না হায়খি মহারাজ! নহাক্না অর্জ্জুনগী মপাঙ্গল খংনা খংনা নচাশিংগী মরা লৌহুনা কররিগী লৈবাক মাংনবা তারুবা শীল্লিবগে? মচাগী কনবা শীনবা মুপা অদুতবু মুপা কৌবনি; মাদু নক্রবদি, থাজৈ শেংবা মুপা কৌবদা মতিক চাদে। অদুবু চৌবোর শাম্নবা মতমদা হন্দক অসিমা লোক্লে. পাণ্ডব মাংলে, হন্দকসু ঐখোইনা গুরে হায়বা ভারগা অঙাংগুম্না হুরাওখিবা অমসুং পাণ্ডবশিংবু খোল অথিবা থাদুনা চৈরগা থৌশাদনা লৈখোকপিখিবা কাওবিরবরা? নহাক্কী পৈতৃকরাজ হায়ববু কুরু অমসুং জাঙ্গল অনি অসিতনি অতৈদি অকনবা পাণ্ডবশিংনা মপাম্বোম পাঙ্গম্না লৌজবনি, পুম্নমক অদু নহাক্না নপাম্বোম পাঙ্গম্না তাল্লুদুনা ফংলকপগুম নিংবিরে। অদুনা. ছুজিক অসিদা নথরাই ব্রাবিরুবা চুগদে। চৌবোর শাম্নবা মতমদা ঐনে বিদুরনে ঐখোই অনিদি মহায়খি মচা মুপা পাপী দুর্যোধন অরানবা থবক তৌদুনা অমদি হিংসা তৌদুনা ধর্ম্মচেনবা পাণ্ডবকী মকমদা অরাবা পারে; মরম অদুনা দুর্যোধন অমসুং মগী মতুং ইনবা মীশিংথুর ব্রারকপা চুমই। মাদুদদি ঐখোয়গী ব্রা তাহৌব্রগা, ছুজিক তেংথারুবা কাম্নদে। মসিদসু নত্তনা মগাশিংবু গন্ধর্ব্বনা ফারুবদগী পাণ্ডবনা ক্লনবিরকপকপা লেইনা পাওথংনরে। পুম্নমক অসি সঞ্জয়না দুর্য্যোধনগী মাংদা হায়খিবনি দুর্য্যোধন সংসং তাথ্রুবনি।

অদুম অদুম ওইনমক বাসুদেব অমসুং ধনঞ্জয়না করি

হায়হোবগে হায়না ধৃতরাষ্ট্রনা সঞ্জয়দা অমুকস্থ হংলমই। মতম অদুদা সঞ্জয়না খুমখি, মহারাজ। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই – হে সঞ্জয়! ঐনা অহল লমন পুন্নমকপু খুকমজরকই হায়না তস্মু মাহারোনগী মঙ্গলস্থ হংলকই হায়যু, অদুগা যুধিষ্ঠির মহারাজনা খুনা জয় ওইনবা থৌরাং ঐনা তৌরি হায়না কুরু শাগেগী মকোক ওইখিবা ভীষ্ম, দ্রোনগী মমাংদা, অদুগা শিংলবা ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌগী মফমদা তস্মু। মাখোই ব্রহ্মনদা দক্ষিনা কত্তুনা যজ্ঞকক তৌগদৌবা তৌহলহৌরো মতু মচাগা মুংঙাইমিন্নবা য়াবনথৈ মুংঙাইমিন্নহৌরো অকিবগী মশক ওইবা থৌদোক কয়া কয়া মাখোইদা থীন্দনা থোক্লরগনি। দ্রৌপদীবু মখোইনা শাখিনা নৈখিবা মতমদা ঐ ওংস্থংক লাপ্না লৈরম্লে, অদুনা মানা "হা গোবিন্দ" হায়না কপ্লখবু ঐ লাকপা ঙমহৌদ্রে। হন্দক্তি ঐ মদুগী লমন মশীংলগে। অদুনা সঞ্জয়, কৌরবকী কাংবু মথৱাইনা তাবা মচা পোকচহৌবা য়ারে। ওইস্থ য়েংস্থ তেন কাপ্পা ঙম্বা মুপা হায়বদি অর্জ্জুন'ন, অদুগী মথক্তা ঐনা মাবু তেংবাংল। মাগী তেনশিংগী মরক্তাগী গাণ্ডীবগী চৈনা থোল মীনা থা বা ঙম্নদ্রিবনি। যম নত্ত্রগা সোরারেন সংসং চোংথোরকপা নত্তনা কনানা মাগ্যা লাল শোক্লগদগে? অর্জ্জুনবু ঙমগদবদি, মানা হেক শাওবদা মপাম্বোম পাঙ্গম্বা পৃথিবী পুবা ঙম্বা, প্রজা পুন্নমকপু চাকথেকপা নত্ত্রগা লাই মথৈবু স্বর্গদগী তংস্বোকপা ঙম্বা মী নত্তনদি কনাস্থ লৈতে। নখোইগী অকনবা ময়াম বিরাটতা যণ খোম্বা চৎলুববু মখোই শমজি খায়বগুম খায়দুনা রা কাইদুনা চেন্নহনখিবা এফা অর্জ্জুনতননি।

প্রাজ্ঞ চক্ষু ধৃতরাষ্ট্রনা মনিং নমাং খল্লগা মুংশা থীরদুনা

মচাবু থামজিল্লকই, শ্রীকৃষ্ণনা হায়রিবা অসি শেংঘদনা মথোক্লগনি হায়বা মাহাক থংই; অসোমদনা কর্ণনা ফুটানি তৌবা হৌগৎলক্লে। মানা হায়রকই ঐ ইতোমতনা পঞ্চাল ম্যস্য পাণ্ডবনচিংবা হ ত্তোক্কুনা মথোইনা কাখিবা মী পুম্নমক মুল্লুগে মাসি ঐগী ওজা ইবুঙোনা মীৎকুপ অমতবু ওইরবস্থ কৃপা তৌবিখিবদগী ঐ ইরায় লায়না ওমগনি। ইবুধোম্ন দ্রোন গুরুস্থ অতৈ অকন অথৌ পুম্নমক নহাক্কা অত্তুম লৈমিম্নবিহৌ ঐনা তেঙ্গোল খরদং পুরগা পাণ্ডব হেক মহৎলুগে কর্ণগা দুর্যোানগা মুপা অনি অসিনবো কৃষ্ণ অমস্তুং পাণ্ডবপু খজিক থরাক থ'ম্নরম্নবদি মহাভারতকী লাল থোক্লমদবা য়াই।

কর্ণগী মর' তাবদা ভীষ্ম শাওবকই অত্তুম্নদি ওইরবদা মহাভারতকী মনুংদা লাল শোক্লবা পামই পামদে হায়বা মগোং মরম ইথং থংহন্দবা অসি ভীষ্মনা মরেইরে। তাঞ্জা অসিরাইদা কর্ণবু হেক চৈহৎলি অত্তুদা কর্ণনা লাল যাওরোই হায়রে কৌরব কাংবুগীদবু মা মঙাইরবর মা য়াওদরে, ঐ লৈরদনা ঐনা শোংমদ্দা মী অত্তুপ হাৎপিগনি, অদা তৌগিগনি হায়তুনা ভীষ্ম ফন হেক চোংথোরকই। অস্তুম তৌত্তুনা মহাভারতকী লাল থাম্ব অহনশিং অসি চিন মথেদি অত্তুম ফজনা লাল শোক্লদবা কৈ হায়রগা চেক্তা চেকশিল্লক্লবদদি দুর্যোানলোমদা হুং হুং লৈশিনথি। ঐথোইনা মুম্না থন্দুনা য়েংলবদি শ্রীকৃষ্ণ লাল অসি গোকহন্নিংলমদে লাল শোক্লহন্নিংদে হায়দুনস্থ শ্রীকৃষ্ণনা পঞ্চপাণ্ডবপু বনদা অমুক থাদোকপস্থ হেক থাদোক্লিংদে অত্তুনা দুর্যোাধননা করিগুম্বা ধর্ম্মগী মথক্তা পাণ্ডবকী মরৈবাক হন্দোক পিরক্লবদি, লাল শোক্লদবা হায়বদি মী শিনদবা কৈ, অত্তুগা মানা

ময়াত্রবদি ঐখোইস্ন মাবু লেম্না থাবা ময়াদ্রে হায়বা অসিতনি। অদুগী মথক্তা দুর্য্যোধন মীনা থেমদুনা য়াবা মী নত্তে খংজগতা য়াগদবা মীন্নি হায়বা অসি শ্রীকৃষ্ণ অমসুং দ্রুপদ মহারাজ অনিমককা য়ুতনি।

ভীষ্মনা কর্ণবু চৈহৎপা তারগা দুর্য্যোধননা মা মশাগা কর্ণগা অনিতনা লাল শোক্লদুনা পাণ্ডব ভমগে হায়রিবনি হায়খিঙ মাদুদা মচা পুন্নমক তুমিন লৈখরে, মতো অদু উবদা বিদুরনা ধৃতরাষ্ট্রদা রাকম অমা হোৌদোকখরে। অস্নম তৌদুনা সঞ্জয়সু ধৃতরাষ্ট্রগী রাহংগা লোয়ন লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী গুননচিংবা মথং মথং তাক্লকই।

অসোমদনা সঞ্জয় হমথ্রবদা যুধিষ্ঠির মহারাজনা শ্রীকৃষ্ণদা হঙ্গৎ-লকই ইবুঙো, হায়নখিবা মতমদি ওইরে, মহাক নত্তনা ঐগী অরাবা কোকহনগদবা মী উদরে। হে মাধব, ঐখোইদি নপাম্বোমদা তোংলগা নাপল চাওবা দুর্য্যোধন মাগী মন্ত্রিশিংগা লোয়ননা ভমদুনা ইরৈবাক্তা হঙ্গিনগনি হায়দুনা লৈজরি। য়েক্লববু তুম্নবা মুপাও! খুদোং থীবা মতমদা বৃষ্ণি বংশ নংনা কনবিখিবা অদুম্না পাণ্ডবপুসু কনবিবা তারে। অদুনা ঐখোইগী অকিবা অসি কোকহনবিরো।

শ্রীকৃষ্ণনা খুমথি হে মহাবাহো! ঐ লৈরেদনা, নহাক্কা তৌ হায়বা অমা ঐ তোগে হায়দুনা য়ারে।। যুধিষ্ঠিরনা খুম্লকই, হে কৃষ্ণ! নহাক্কা ধৃতরাস্ট্র মপা মচাগী রা তারে, সঞ্জয়না হায়রম্বা অদু ধৃতরাষ্ট্রনা পাম্বা ভাক্তনি। দূত হায়বা অসিদি নিংথোগী মরা চুম্ন তম্নগদবনি, নত্রবদি মা মথরাই থাবা য়ারিবনি। ধৃতরাষ্ট্র নিংথোনা ঐখোইগী লৈবাক শরুক পীদনা সন্ধি তৌনিংই। ঐখোই ধৃতরাষ্ট্রগী য়াথং মতুং

হন্না চহী তরানিথোই বনদা চংলুরে, চহী অমা লোংলুরে I ধৃতরাষ্ট্র মহারাজনা চহী তরা মরি শুবদা লৈবাক হনবিগনি হায়রগী আশাদা ঐখোই রাশক কায়দবনি। ব্রাহ্মনশিংনা মাংস য়াম্না মুন্না থংই। অদুবু মহাক্কি হুজিক অসিদা ফত্তবা মচা মুপাগী মথা পোন্দুনা ধর্ম্মগী রাথল থাদোকখরে মানা তৌ-তৌ হায়বতা তৌদুনা ধৃতরাষ্ট্র লৈখরে। মহাক্না ঐখোইদা লৌনম তৌরিবা অসি মচা মুপাগী রা লৌবননি। হে জনার্দ্দন ইমা অমম্নুং মরুপ মপাংশিংগী অরাবা কোকহনবা ঙমদরে, মাসিদগী হেন্না রাবা করি অমুক লৈখিগদগে? হে মধুসূদন! ঐমা কাশী, চেদি, পাঞ্চাল মৎস্য অদুগা মহাকমকম্নু য়াওনা তান্নবদা থুল মঙা মত্রগা সহর মঙাদং ফংনবা নিবা হায়না লেপ্লখি। ঐনা নিংলম্বদি ঐখোই ইচিল ইনাও মঙা পুনশিন্দুনা মকমশিং অদুদা কৌরবকা খৎন চৈনদা' পাঞ্ছরুগে হায়বা অসিতনি। অদুদা পুকচেল ফজত্রবা ধৃতরাষ্ট্রনদি মানা মঙম্নে থন্দুনা ঐখোইনা হায়জবা য়াবিরক্তে; মাসিদগী হেন্না মুঙাইতবকু করি লৈখিগদগে?

ধৃতরাষ্ট্র মহারাজ অসি শাগৈ অকবদা পোকপনি হুজিক্কি অহলসু ওইরে অদুবু মীগী মপোৎ মরল লৌনিংবদি তৌক্তে। হে ভগবন! মীগী মপোৎ লৌনিংবদগী বুদ্ধি মাংই, বুদ্ধি মাংলবদি ইকাইবা থংদ্রে, ইকাইবা থংদ্রবদি শ্রী মাংই, মুপাগী মাংবদগী মাংবা হায়ববু শ্রী মাংবনা মরোইরে। অসিগুম্বা অরানবা থবক তৌদুনা ধৃতরাষ্ট্রনা ঐখোইগী ইরল মুনবিথুরে! মাতুমক্তনা মরম ওইদুনা হুজিক অসিদা মাহাককী অবস্থা করি ওইরিবগে হায়বা অদু শ্রীকৃষ্ণদা যুধিষ্ঠির মহারাজনা হঙ্গলে। ব্রাহ্মনশিংদা দান তৌবা ঙমদ্রবা

সঞ্জয় ওইবা মী পুন্নমক্তা পীজ পীথকপা ওমত্রবা দশা ভাহনবগী দমক মা মুংনাংদবা ওমদে হায়নস্থ মাহাক্লা শ্রীকৃষ্ণদা হঙ্গৎচখি।
অনি থৎনবা অসি অনিমক ইচোপ চোপই; অওবগা ওমদবগা থরাই মুণ্ডাইতবদি পাংথ্রক্লি, অশোনবনা অকনববু ওম্বস্থ য়াওই, অকনবনা অশোনববু ওম্বস্থ লৈ! মীনা ওমগনি হায়দুনা হেক মহল্লবস্থ অচেনবা মুপা অদু চোপই, মরল মথুম মাংই অমস্তুং মশামক শিবা য়াবা য়াকম্বি। য়েক্লবগা য়েক্লবনস্থ য়েক্লবা হেক কোকপা য়াদে অদুনা মুপা মচা থৌদাং থাদোকপা নত্রগা হেক শিবা অনি অসি নত্তনা শান্তি কংবা য়'দে। ঐখোই চেল্লশিদনা হেক হায়রবস্থ মাখোইনা তাল্লক্লুনা ঐখোইবু অতুম হাংখিনি। অদুদি লাল শোক্লশি হায়রবস্থ শাগৈ হাৎপগী পুক্লিংদা নিংওমদবা থোককনি; মরম অদুনা য়ারিবমথৈ লাল তৌনদনা তাইশিন্নবনা কৈ। ঐখোই অহানবদা লালগী হোৎনবা থাদোক্লুনা প্রেমনা তাইশিনবা য়ানবা হোৎনশি, ময়াত্রবদি অদু মণ্ডাইয়ে।
হে জনার্দ্দন, ইপা হায়বা মিংথৌ হায়বা অমদি অহল লমনশিং আসমক্তবু ঐখোইনা য়াম্না লুনা তৌকম থোকই, অদুবু মাগী মচা চানবা মৃচান অসি থর খিৎ হকমনথরে, মচাগী মরাতা লৌদুনা ঐখোইগী লৈবাক শরুক পীরককনি নিংত্রে, অদুনা ঐখোই হুজিক করি তৌশিগে, নংমুক থংবা মুপা অতোপ্পা অমা লৈত্রবনি; অদুনা নঙোন্দা তানদনা কনাগা তান্নরুগনি? নংমুক হীরম থুদিংদা অওইবা থুংবা মুপাদি কনাস্থ লৈতে।

যুধিষ্ঠিরগী ৱা অসি তাবদা মহাত্মা জনার্দ্দননা থুম্নকই, হে

ধর্ম্মরাজ ! কাংলুপ অনিমককী কনবা ঐ কৌরব সভাদা চৎলগে, মাসিদা ঐনা করিগুম্বা ননিং থুংহনবা গুমহৌনা লালন্থু তৌনদা তাই-শিন্নবা ওম্রবদি কৌরব, সঞ্জয়, ধৃতরষ্ট্রগী মচাশিং, পাণ্ডব অমদি মী অতৈ অতৈ লান্দা শিগদোৌবদগী কনবগী পুণ্য ঐ ফংবা য়াই ।

যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই, হে কৃষ্ণ ! ঐদি নংবু কৌরব কাংবুগী মনাক্তন্থু পাক হেক চৎহন্নিংদে, মরমদি নংনা মখোইদা ফম ফবা ব্রা ভাংলুদনন্থু দুর্য্যোধননা কদৌঙৈদন্থু লৌবিরোই । মাদুদ: লৈরিবা নিংথৌশিং অদুন্থু দুর্য্যোধনগী মতুং ইনবা ভাক্তনি অদুনা ঐ নংবু মাখোইগী নাক্তা চৎহন্নিংদে । হে মাধব ! মাসিদা নংগী করিগুম্বা অমাং অতা অমদি কক্ত মুংদ থোক্লকপনা হেন্না লুই । মাদুমক থোক্লবদি ঐখোই লাইমক ওইরগনি অমদি লাই পুন্নমককী মরল মথুম ফংগনি হায়রবা কাওবা পামদে ।

মাদু তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক হায়খি ধর্ম্মরাজ ! ঐ দুর্য্যোধনগী পাপ চংবা রাথল পুন্নমক খংই, অদুন্নদি ওইরবদা অমুক্তং চক্তুনা সন্ধি তৌনশি হায়হৌরুব্রবদি, ঐখোইবু মীনা থীনা ভাংনরোই, অসি খন্দুনা ঐ কৌরব সভাদা চৎকে হায়বনি ! নোংশা অশাওবনা শা অতৈ অতৈ হাৎপগুম, ঐনা শাওরবদি মিংথৌ ময়াম অদুন্থু উৎ ওইনা তুমগনি । কৌরবশিংনা করিগুম্বা ঐঙোন্দা লমচৎ নত্তবা চৎলক্লবদি, মাখোই ঐনা তুম্না হাত্তোককনি । মহারাজ ! কৌরব-শিংগী মফমদা ঐনা চৎপা হায়বা অসি কদৌঙৈদন্থু অরেম্বা ওইরোই নহাককী লৈবাক পীরক্তুনা সন্ধি তৌনরে কৈ মাদুমক তৌনব্রবন্থু জগৎ অসিনা নখোইবু তাশিরোই ।

যুধিষ্ঠিরনা হায়খি হে কৃষ্ণ, নংনা নিংবতা মতৌ, ঐ করিস্থ য়েৎলোই। থুৎলো পল্লৌদা কৌরব সভাদা থুংলু, থবক পাংথোক্কু না শোয়দণ্ডামদা হল্লকউ। নংনা কুরুগী শাগৈদ' কৌরককদবা সন্ধিদি মথোইগা ঐথোইগা হয়াও কুম্মৈ তৌমিন্নত্নুনা লৈমিন্নবা য়ানবা ফাওবা য়েংবিরকউ। নং অসি ঐথোইগী ইচিন ইনাওনি, অত্নুদগী হেন্দোক্কু না অর্জ্জুনগীস্থ চান্নরবা মরুপ্নি, গান্নমনবমা নংবু ঐথোইনা করিমতা চিংনদে। নং মঙ্গল ওইরকউ, মঙ্গল ওইত্নুনা থবক পাংলকউ, হে কৃষ্ণ! নংদি য়েক্লববুস্থ ঐথোইবুস্থ মুন্না থংবা ঙমপানি, অর্থ থংবদা অমদি রা ভাংবা হৈবদা নপা লৈতবা ঙমপানি, অত্নুনা ঐথোইগী ফনবা য়াভা দুর্য্যোধনদা তাকপীয়ু। হে কেশব, ধর্ম্মস্থ কায়দবা, ঐথোইগীস্থ কবা রা কৌরব সভাদা হায়বিয়ু। মত্নুদা সন্ধি য়ানরে য়াগ্না ফরে, য়ানদরে লাঙ্গ কোয়া শোক্লগনি।

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, হে ধর্ম্মরাজ! ঐ সঞ্জয়গী মরাস্থ তারে; মহাককী রাস্থ তারে। নহাককী অমস্থং কৌরবশিংগী রাথনস্থ মুন্না থংলে। নংগী বুদ্ধিনা ধর্ম্মগী মতুং ইন্ননি কৌরবকী রাথন্না য়েক্ল-কল্লকপদগীনি। লাল তৌদনা ফংবা অত্নুতা নংনা য়াম্না পামই। মহারাজ ক্ষেত্রিবুদি ব্রহ্মচার্য চৎলু হায়দে, ভিক্ষা।নত্নুনা চাওস্থ হায়দে। ক্ষেত্রিগীদি লানঙম ফিরাল থেৎপা নত্রগা লানফমদা থরাই থাবা হায়বা অসিনা মশিঙ্গি হায়না বিধিনা ভম্লম্লে। ক্ষেত্রি অমনা অতোনবা মীগী মথৌ পায়রুবা হায়বা অসিস্থ ইকাইবা য়াবা রানি।য়েক্লবা মাং-হনবা ঙমপাও! নহাক্না হস্থরবদি, নহাক ফংকম থোকপা ফংলরোই; অত্নুনা নথৌনা ফুদোক্কু না য়েক্লবা মাংহল্লু। ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংদি

য়াম্না লৌনিং চানিংই, মাখোইগী মখৈ লৈমিন্নরকইবা কুইরে, মাখোই মশেল য়াম্না চান্নবস্থু চান্নরে; মাসিগী মথক্তা মাখোই মরুপ মপাং য়াম্না শেমখ্রে, সিপাইস্থু য়াম্না খোমথরে, ভীষ্ম, দ্রোণ, কৃপনচিংবা অকল অথৌ ময়ামগা লৈবা অসিদা মাখোই মঙাইরে হায়না খনথরে। অদুনা মাখোই নংগা সন্ধি তৌনৌ হায়বা য়াগনি হায়না নিংদে। পাণ্ডবকী অথোইবা মুপাও! মংনা কৌপিন শেত্তুনা থোরকপা মতমদা কৌরবশিংগী মুঙাইতবা অমতা করিগুম্বা মওংদা উথিদে। মাখোইনা নংবু ভীষ্ম, দ্রোণ, বিদুর, ধৃতরাষ্ট্র, কুরুগী লুচিংবা অতৈ অতৈ ব্রহ্মন অমস্থুং লৈবাক মচা ময়ামগী মমাংদা লৌনম তৌবা চৌবর শান্নদুনা মায়থীবা পীথিববু করিস্থু ইকাইখিদে। মাদুনা তাকপদি মাখোই অসি নংগা চান্ননিংদমাল্লে। মাখোই অসি মখোইতনা হাৎকম থোকই হায়বা নত্রে, পৃথিবীগী মী পুম্নমক্না মাখোইবু হাৎপা য়ারবনি।

শ্রীকৃষ্ণগী খোল অসিনা উৎলিবদি মাখোই অসি কত্তবা মীঙাক্লি, ঐনা মী কত্তগা হাৎকে হায়বগী দমক মী ওইনা পোক্লকপনি—; মরম অদুনা নখোইনা মাখোইবু হত্রবস্থু মাখোই ঐনা মহাৎলগনি হায়বা অসিতনি! পাণ্ডবনা বন চৎলিঙৈদস্থু শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি ঐখোই খাইনা কৌরব ঙম্নগা যুধিষ্ঠিরবু নিংথৌ ওইহনগনি। অদু ওইরবদি ছুটিক কাওবা মাদুম থোক্তনা লৈরিবা করিগীনে। হায়বদা—অর্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণবু খুৎলাই পায়দনা মাহাক্কী মতেং পাংবিয়ু, অদুগা মাহাক চামমক্কী অকল অথৌশিংবু ঙম্বদি ঙমজগে মাদুম হেক মতৌরবদি পুকহাম মীনা অথৌবনি হায়গনি হায়দুনা হায়নখিবা অমা লৈবননি। মাদুদা

শ্রীকৃষ্ণসু নংনা নিংবা থুংজো হায়দোকখরে। অদুনা শ্রীকৃষ্ণ হন্নক্কী লাল অসিদা পাঙ্গল থোকপা ইয়া য়াখিদে। পাণ্ডবশিংগী মবুক্কিং খর খর হম্থরকপা মতমদা, মাখোই লাল শোক্কনিংনবা হায়রুনা শ্রীকৃষ্ণনা মাখোইগী পুক্কিং হেক হেক থোগৎপিরমই। মাসি শ্রীকৃষ্ণনা লাল পাম্বদগী নত্তে, লান্দি তোকপা ময়াররোই হায়বদগীনি।

হৌজিক অসিদা পাণ্ডবনা লৈরিবা কীরমদি শ্রীকৃষ্ণনা মাখোইগী দমক লাল শোক্কবিগেদনা হায়রে, ঐখোইনা শোক্কজগনি. হেক মহায়; অদুদি শোক্কারোদনা হায়রে, মাখোই নিংজিং মাংজিংনৈ; ভীষ্ম, দ্রোণ-নচিংবা গুরুজনবু মাখোই হেক হাৎনিংদে, অদুদি লাল তোক্লোদনা হায়রবসু মাখোই অমুক বন তম্না খোংশানবা তাগদৌরি। মাসুম পাণ্ডবনা নুং অনিগী মরক্তা হাওইবগী ফীবমদা তৌকম থংদনা লৈরিঙৈ তাঞ্জা অসিদা যুধিষ্ঠিরনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়জরিবা হায়ববু থেমদুনবু ওইরে, শৌদুনবু ওইরে যেসা শক্তি তৌদুনা কৌরবনা মাখোইদা লৈবাক খরদং খাইবিররুবা লাক্ররুবতনি।

মাসিদা শ্রীকৃষ্ণনা শকথরকপা ঈশৈ ঐখোই তুক তাখিশি দ্রৌপদীবু সভা মমাংদা কনা লৈজদ্রবগুম শম লাক্তুনা চিংখোক্লগা পাপী দুঃশাসননা লাওখিববু নমাওশিংনা তুগিন তাদুনা লৈহৌবদি নংনা থাম্লম্বতননি। নহাক্লা বনদা চৎপা মতমদসু পাপী দুঃশাসন অদুনা নহাকপু শাথী শাওইনা চৈথি! মাদু তাবদা মী মথৈগী মমিত্তা ঈরা চেনখি। মাদুগী মরমদি নহাক্লা লান্দে হায়না থম্মখিবননি। মাসিগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা ৱাথা তারমই হে নিংথৌ, অনার্য্য, ওইবা মীবুদি মী পুম্নমক্না লিনদৌনা হাৎপা য়াই; মরম অদুনা নহাক করিসু

চিংনবা লৈতনা দুর্য্যোধনবু হাংলু। ঐঙোন্দা থোকপদি নহাক্না ভীষ্মমু অমদি ধৃতরাষ্ট্রদা খুকমজনিংলিবা নোনজনিংলিবা অসি হুজিক অসিদা থোইনা কাম্বদ্রে মতম লিংখ্রে। অদুমদি ওইরবদা দুর্য্যোধন অসি সাধুনি সাধু নত্তে হায়বা তশেংনা খংবা ঙমদা চিংনরিবা কাংবুগী শঙকা কোক্নবা ঐ কৌরব সভ দ চংলগা নহাক্কী নগুম দুর্য্যোধনগীদি মরাল শকথরুখিগে দুর্য্যোধন পাপী অহ্ কত্তে হায়বা অখ্বাইনা থংলবদি লাল থর লায়না ঙমগনি হায়বগী বাতনি। লাল পুমশোক শোক্নদবা য়াগনি হায়বদি নিংদরে দুর্য্যোধনন লৈবাক থাইরককনি হায়বসু থাজদবে।

কৃষ্ণগী বা অসি কদ ই কাওবা যুক্তি কায়দবগে য়েংশি চৌবোর অনিরক শাম্নখি অহানবগী ক্ষেপ্তা যুধিষ্ঠির তোরা তুনা মাংলে মরল মথুম লোইনা লোকখ্রব তু দা মশামক মচিন মনাওশিং লোকখিবনা দ্রৌপদীগী মতাংদদি কৌরবনা পারা শেরান তুরান শোধরুরে য়ারু মুংজু থোক্নরে। মাদুদ ধৃতরাষ্ট্রনা পাণ্ডব দ্রৌপদী য়াওনা থাদোকখ্রে, মপোৎ মচৈ মরল মথুম লোইনা হন্দোকখরে। অদুদগী দুর্য্যোধন-থোইন তরুদুনা ধৃতরাষ্ট্রবু যুধিষ্ঠিব তনকৌ কৌহল্লে হায়রগা চৌবোর ক্ষেপ অনৌবা অমা অমুকসু লিংখংলে। হন্দক্কী ক্ষেপকী পোন্থাদি অপোবা মাইগৈনা চহী তরানিথোই বন চংপা, চহী অমা লোৎপা, হল্লক্লগা মাগী মাগী মরল মথুম মরৈবাক হন্দোকপা হায়না লেপ্নখি লৈবাক পুম্নোলোনবা হায়বদি হায়নখিদে। হন্দক্কী ক্ষেপ্তসু যুধিষ্ঠিরথোই মাংলদুনা চহী তরানিথোই বন চংলুরে চহী ১ লোৎলুরে। পাণ্ডব নত্তাদি চহী শুমদুনা ফেংংদোক্লকয়দসু কৌরব পাণ্ডবতা লৈবাক

পীথোক্লরোই হায়রে. মরমদি দুর্য্যোধন লাল তৌদনা লৈবাক পীরোইদৌরি। ধৃতরাষ্ট্রনা সঞ্জয় থারক্লুন যুধিষ্ঠিরবু থেক্সাল্লবা ৱারোনগী অর্থ হায়ববু দুর্য্যোধনদি ফত্তবগী ফত্তবা, ফৎলোই হায়বমখৈ ফত্রবস্ন তোকসনু। মাদুদা মানা পাণ্ডবতা লমপীররোইককা হায়রিবা অ'স অদুম পীত্রসনু। অদুম অদুম ওইনমক মানা মাদুম তৌই হায়দুনা লাল-ককা শোক্লবা ফত্ত, মরম অদুমা পাণ্ডব লাল শোক্লদনবা দ্বারকাদা য়ামদা চৎখ্রগা ভিক্ষা তৌদুনা চারুরো অসিতনি। মাসিদগীম্ন থর হেন্না শমজিনখিশি হায়রগা ঐখোই ধর্ম্ম য়েংলরোই লৈবাক কৌরগে পাণ্ডব নখোয় তুমিন হেক তোকখোক্লো হায়বতনি। মাসিদা ফন ভাংলুদুনস্ন দুর্য্যোধন তারক্কদোবা মরৈত্রে হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ মুন্না থংলিবনি; অদুমক্তদা শ্রীকৃষ্ণনা কৌরব সভাদা লেংলুগে হায়বদি লাল তোকহনবা য়াবরা লাইবক খেৎ খেৎনা য়েংগে, য়ারে ফরে, য়াদ্রে দুর্য্যোধননা কায়বগী লাল শোক্লবনি, মানা ফত্তবগী মীয়াম শিংহনবনি হায়বা অসিমদি জগৎ শাৎনা থংহল্লগে হায়বা অসিগীনি। পাণ্ডব মণ্ডামক্তি শ্রীকৃষ্ণগী মঙ্গণ শেগাক কায়না থংবনিনা মাহাক্লা চৎলবদি সন্ধি তৌনহনবা শোয়দনা শুমগনি কৌরবনা লৈবাক মরাইনা মপীজরক্কনি খল্লমই। অদুনা মাখোইনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রিববু ইবুঙো, য়ামলবস্ন য়ামদ্রবস্ন লাল তৌনদনা থজিক্তং ফংবা য়ানবা থুজিল তৌবিরকউ অসিতনি। অদুবু লাল তৌদনা কৌরবনা পাণ্ডবতা লৈবাক পীররোই লাল তৌদবা য়াররোই হায়না শ্রীকৃষ্ণনা মতম অদুদা তশেং তশেং ভাকপীরমই মাসি শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবপু লাল শোক্লনবা ইমশিল্লম্বা নত্তে অওই অওইবা য়া মখৈতা মহায়রম্বনি।

পঞ্চ পাণ্ডবকী অঙকপা মগুণবু অমুক ক'য়ি হায়গনি শাওগন-থবা ভীম অদু কাওবা দুর্য্যোধন শাওঃল্লুগনু য়ারবদি লাল অসি তোক্নবা তৌবিয়ু হায়না ইহাম হানবমক্তদা শ্রীকৃষ্ণদা হঙ্গৎলম্মইবনি। অর্জ্জুনস্থ অদু মঙাই কৃষ্ণগী ব্রা তারবদা কৌরব মাখোইনবু লাল তৌগনি হেক মহায়রবদি, মাখোই এখোইগী এখোইগী ইগুণ থংগনি হায়বা অসিত নে। নকুলস্থ অদুম মহায়, অদুম্র'দ ওইরবদা মহাককী পাওথুমনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণদা লৈথেং অমতং হাপই। ঙাংবিনঙাইনা নহাক্নি, তাবিনঙাইনা বিদুরনি, অদুদৰ' থবক পাংলক্লোইদৌবগী করি মরম লৈবগে? হায়বা ব্রা অসি নকুলগী পাওথুমদা য়াওরমই। হন্দককী নকুলগী ব্রা মতেক থজিক্লং অসিনা তাকইববু মীনা শ্রীকৃষ্ণবু মতম অদুদা করম্বা মীওই ওইনা লৌনরম্বগে হায়বা অদুনি। মহা-ভারতকী মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণ রাঙাং ব্রাতা হৈবদা কাওরম্বা, ধর্ম্ম কায়দবা রাঙাংস্থ ঙাংলম্বা মরম্না বিদুরগুম্বা বৈষ্ণবনা কৃষ্ণগী ব্রাদা শৌগত্তনা তোক্লোই হায়বগী নাওং ওইনা নকুলগী ব্রা থজিক অসিনা থোকহল্লি।

ইতোন তোমবা সহদেব য়ৌরকপদদি ব্রাওং অমা হোংথরে মাহাক্না হায়রকই, হে কৃষ্ণ! নহাক্না কৌরব সভাদা চৎপা মতমদা যুধিষ্ঠির মহারাজখোইনা সন্ধি তৌমনিংবা আস্থম মাখোইনা করিগুম্বা য়াগদৌবা মতৌ উৎলক্লবদি য়াদনবা থর তৌবিরম্মু। দ্রৌপদীবু থুঙ্গোইনথিবা পাওথংনরদুনা ময়াম্বা মন্নিনা ধর্ম্মগীদমক লাল শোক্ল-য়োই হায়রিবা অদু তোকসনু, মাদি ধর্ম্মককা করিমতা য়েংলয়োই দুর্য্যোধন পাপীগা লাল মশোক্লরগনি হায়রে।

সহদেবনা হায়রিবা অসি চুমই; ঐশু য়ানিংই, মাহাপাপী দুর্য্যোধন হান্ত্রিবমথৈ ঐগী পুক্কিং ইংগদবা লৈত্রে হায়না সাত্যাকিনা খোম্বাংলে।

অদুদগী দ্রৌপদীগী পালি লাক্লে, মতম অদুদা মাহাক্না সহদেব অমসুং সাত্যাকীবু ওয়মথৈ থাগৎলে। যুধিষ্ঠির, ভীম, অর্জ্জুনমচিংবগী রা তাবদা মাহাক মপুক্কিং মুংশিরে, মাহাক্কি মাহাককী মশম মথুদাং য়েত্তুনা চিংখিবা দুঃশাসন হায়রবা মুপা অদুগী খুদাং লৈপাক্তা তাহল্লিবমথৈ পেনগদোরা লৈত্তরে হায়রে! দুঃশাসন পাপীনা মাবু খুঙ্গোইনদুনা পীথিবা অরাবা অদু মানা মাগী থমুংদা চহী তরাহুমদোই চেৎনা লোত্তুনা থম্লুরে। অদুবু চহী মসুং মতম ওইরবদসু মনিংদি করিসু থুংলোইদোরে, অদুনা লাল তৌদবা য়াদে হায়দুনা কল্লা মহায়রে। পাণ্ডব মণ্ডা য়াওদ্রবদসু মপা হনুবনা মচাশিংগা, অভিমন্যু-মচিংবা দ্রৌপদীগী মচাশিংমে কৌদুনা কৌরব মরাইনা হাৎচগনি, অদুনা লাল তোকপদদি য়য়াদ্র হায়রবা অসিনা দ্রৌপদীগী চিন্থা ওইথরে। দ্রৌপদীনা মতম অদুদা হায়খি—হে কৃষ্ণ। লাল তোক্তনবা শীনবিরকউ,ঐনা অরাবা ফংখিবা কাওবিগনু। মাদুদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি—ইবেম্মা, নং ঐগী ইরা লৌ, নপুরোইবশিংনা নিংথৌ শোয়দনা ওইরককনি, কৌরবকী মুপী মথেনা নংনা কপখিবা অদুম কপকদৌরিবনি নং অমুক হন্না কপ্লগনু, ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিং ঐগী ইরা লৌদদুনা যমনা ইনশিনবগুম হুই, লমহুইনা শেত্তুনা শেত্তুনা চারগদবনি।

তাঞ্জা অসি য়ৌনরবা মতম অসিমক্তদসু অর্জ্জুন শ্রীকৃষ্ণদা অমুক হন্না হায়খি, ইবুঙো! নংদি কুরুশাগৈগীসু পাণ্ডবকীসু

অনিমককী মরুপনি, য়েৎলোম মরোম্বু কনবা তৌকম থোকপনি, মরম অদুনা ঐখোইগীম্বু মাখোইগীম্বু কনবা কৌবিয়ু, নংনবু সন্ধি তৌহনগে হায়না নিংলবদবু ঙমদবা করি লৈগদগে? অপংবা দুর্য্যোধন অদুনা নংগী ধর্ম্ম কায়দবা অমম্বং কননবা তাকপিবা য়াদা ইয়া ময়াখিদ্রবদি মাগী মরাইবক্তা তয়কপা লৈরম্লগনি। অর্জ্জুন অসিংবা মাসিগী মমাংম্ব কৈরেং তুরেংবা য়া থুর ঙাংখি শ্রীকৃষ্ণদা। পাণ্ডবশেনবা মতমদা নহাক্তি লাল য়াম্না তৌহন্নিংবমাল্লে, মাসিনা অশেংবা ওইরবম্ব লাল শোক্লগে বেরা লৈতে; অদুম্নদি ওইরবদা নংনা সন্ধি তৌহনগে নিংলবদি, নংনা ঙম্লোইদোবা পোৎ করি লৈগদগে' হায়বা য়াকম অমা য়াওখি। হুজিক কাওবা অজ্জুর্ন থুর খর নিংজিং-মাংজিংনরি লাল তৌবনবু কবরা, তেঁদবনবু কবরা, শাগে নাতৈ অরৈবমথৈ হাৎলগবু লৈবাক লোরুদুনা করিবু তৌগবনো নচিংবা মবুক্লিংদা মওম মওন পংথন্দা থন্দুনা অর্জ্জুন অম্নম মতৌরগে হায়বা তং তাবা অমতা লেপ্পা ঙমদ্রি। মাহাক্লা অমুকম্ব হেক মহায়; হে মধুসূদন! লাল তৌবা তারবম্ব তৌগেদা, চৌবর শান্নরুবদা যুধিষ্ঠির মহারাজগী করি দোষ লৈবগে শাংলকপগী চৌবর মশান্নরুবনিদনা। দ্রৌপদীগী য়াকম ঐ কাওবা ঙমদ্রি অদুন ঐ কোরব তুম্না হাৎত্রিবমথৈ পেনগদবা লৈতে।

## (৬) কৃষ্ণগী লাইবার

কৌরবকা পাণ্ডবকা তাইশিন্নবা হায়দুনা হস্তিনাদা লেংলকপা মতমদা শ্রীকৃষ্ণন ধৃতরাষ্ট্রনা হায়খি রাজন! ঐনা মকম অসিদা লাকপদি অকনবা মুপাশিং অরেম্বদবা মাংদনবা কৌরবকা পাণ্ডবকা তাইশিন্নশি

হায়রবা লাকপনি। মতোন্দা ঐনা পাণ্ডবাক পীক্লবগী কান্নবা লৈতে; খংকম থোকপমথৈ মহাক্না খংলবনি। মহাককী শাপৈদা মহৈ হৈবা লমচৎ ফজবা মী ওাক্তা ওায়রম্বদগী মংগী মতমদগী হোদুনা ধর্ম্ম কাম্নবা হৌবদি চুংদে। মংদি অখোইবা মুপানি, অদুবু মহাক লৈনা লৈনা কৌরবশিংনা পাপকী থবক তৌরে। দুর্য্যোধননচিংবা নচাশিংনা লৈবাক মচা তাদ, মীবু ইকাই খুম্নদা, মীগী মরল মথুমদা কল্লক মীহোৎজাও ওইনা তৌরদুনা ধর্ম্মদা মমাই ওনশিনদরে। মহাক্লবু তৌগে হায়রবদি খুদোং থীবা অসি কোকহনবা ওাই। ঐনা নিংবদি য়েৎলোম মরোম তাইশিন্নবা হায়বা থবক অসি থোইনা লুবা থবক নত্তে। কুরু পাণ্ডব লাল শোক্লহন্দবদি মহাককা ঐহাককনা ওম্বনি। মহাক্না মচাশিং তাইশিল্লু, ঐনা পাণ্ডব থেমজিনগে। মচাশিংনা মহাককী য়াথং ইনক্ষম থোকই, মংনা ব্রারকপা ম্নারবদি মাথোই য়াম্না ক্ষগনি; মরম অদুনা খৎনবা অরেম্বনি খন্দুনা তাইশিন্নবা তৌবিয়ু; থরাইমক কন য়াওনা লাক্লদুনম্ন পাণ্ডবপু ওম্বদি ওইথোক্তবা ব্রানি। হে নিংথৌ, হুজিক কৌরবনা মংগী খুৎ ওইরি, পাণ্ডবপুম্ন অদুম্না মংগী খুৎ ওইহল্লগা মশিং মথা তৌনা ধর্ম্মগী ব্রাথল তৌদুনা লৈবিয়ু মতম অদুদদি সোরারেল ক্ষাওবম্ন লাইয়াম কন য়াওদুনম্ন মংগী প্রতাপ্ন থাংবা ওমেলাই।

ভীষ্ম, দ্রোণ, কৃপ, কর্ণ, বিবিংসতি, অশ্বত্থামা, বিকর্ণ, সোমদত্ত, বাহ্লিক, সৈন্ধব, কালিঙ্গ কম্বোজ, সুদক্ষিন যুধিষ্ঠির ভীমসেন ধনঞ্জয়, নকুল সহদেব,সাত্যকি, অমসুং যুযুৎসু অসিনা পুল্লবদা কনানা লাল তৌনিংলমগদগে? মরম অদুনা কৌরবকা

পাণ্ডবকা পুনশিল্লবদি নহাক্না লৈবাক পুম্নমককী মপু ইলাম্ব লাম্বনা ওইবা য়াগনি অমম্তুং য়েক্নবা অমতগী মথা পোল্লয়োই— মতম অদুদদি মমান্নবস্থ ওইসন্নু, নংবু হেনবস্থ ওইসন্নু নিংথৌ পূম্নমক মংগা লাল তৌনিংদোইদোবা ঙাক্তনি। অদুদদি নহাক, নচা মশু, নচিন ননাও অমম্তুং মরুপ মপাংনা ঙাক্তুনা পৃথিবী অসিদা ননিং নথা ত্তোনা পানবা ঙমগনি। নহাক্না নচাশিং অমম্তুং পাণ্ডুগী মচাশিংগী মপান্দগী ঙম্লক্নবা লম অদু চাবা য়াগদৌরিবনি।

মহারাজ। লাল হায়বা অসি তুম্নবগী মশক্নি। কৌরবপু, ওইরবস্থ পাণ্ডবপু ওইরবস্থ খুৎপু অমা তুম্বদা নহাক মুংঙাইগদৌবা লৈতে। পাণ্ডবশিংদি অথৌব মী ঙাক্তনি, লালস্থ প্যাম্নবঙাক্তনি। মাখোই অসিস্থ অতোপ্পা নত্তে। মরুম অসিনা নহাক্ন' মাখোইবু থোককদৌরিবা খুদোং থীবা অসিদগী কনবিয়ু। নিংথৌ পূম্নমক শাওদুনা তিম্লে, মাখোইনা শাওরবদি প্রজা পূম্নমক তুমগনি। মহারাজ। নহাক্না প্রজাশিংবু কনবিবু, মাখোই শিদসন্নু। নহাক্না পুক্নিং তপথবিবদা মাখোইনা থৎনরিবা অসি হেক ফগনি। নহাক্না চানবিদুনা শেংলবা শাগৈদা পোকপা কাংবু অনিমক্তা অসিগুম্বা অকিবগী মশক ওইবা থোদোক থোক্তনবা তৌবিয়ু। নিংথৌশিং অসিস্থ য়েক্নবা অমম্তুং অশাওবা থাদোক্তুনা মফী অফ-অফবা শেৎ, লৈ পরেং শি তৌরদুনা চামিন থকমিন্নরগা ময়ুম ময়ুমদা হরাও হরাও হুনখিসন্নু। পাণ্ডবকা নহাককা চান্নথিবগুম হুজিকস্থ নহাক্না মাখোইবু চানবিয়ু, ভাইশিন্নবা য়ানবা খুজিন শিনবিয়ু। পাণ্ডবশিং অসি মপা লৈত্রদুনা, মাখোইনা অঙাং ওইরিবৈদগী নহাক্না মাখোইবু মপাদৌনা

য়োক্লক্লবনি। মরম অদুনা হুজিকস্তু মাখোইবু নচাশিংগা মান্ননা হৌনবী মতুং ইন্না য়োকপীয়ু। পাণ্ডবকী অরাবা মতমদনা খরদুম খোইনা হেন্না লুনা তৌদুনা নহাক্না মাখোইবু কনবিগদবনি। মাদু তোকখোক্তনা ধর্ম্ম খুগায়বিগনু।

মহারাজ, পাণ্ডবশিংনা নহাকপু খুরুমজদুনা হায়জরকই—ঐখোইনা নহাকপু ইপা ওইনা নিংজদুনা চহী তরানিখোই নহাককী য়াথং মতুং ইন্না বমদা চৎলুরে, চহী অমা লোত্তুনা লৈরুরে. মাদুদা অরা অমং কয়াম্তু মংলুরে। অস্তুম তৌদুনা ঐখোই রাশক ওাক্লুরে হায়বদি ব্রাহ্মণশিংনা লোইনা খংবিরিবনি, মরম অদুনা হুজিক ঐখোইগী লৈবাক শরুক কংহনবিরো। নহাক্তি মীরম্লেনস্তু লাইর-ম্লেনস্তু খংবনি; ঐখোইনা নংবু গুরুগুম্নগক খন্দুনা অরাবা য়াম্না থাংলুরে, অদুনা হুজিক নহাক্না ঐখোইগী অরাবা ইপা ইমাদোনা কোকহনবিকম খোক্লবনি। সেবকতা চৎপা হৌনবা লিচৎ চৎপিয়ু। ঐখোইনা করিগুম্বা লম্বী অরানবা চৎলবদস্তু চুমখোকপিগদবনি। নহাক্না ধর্ম্মগী লম্বীদা লৈরগা ঐখোইবুস্তু মাদোমদা পুশিনবিয়ু।

পাণ্ডবশিংনা সভা ময়ামদস্তু হায়জরকই—ধর্ম্ম খংবা সভ্যাশিংনা লৈবা মফমদা নত্তবা থবক থোক্পা হৌনদে। অণ্ডম অথৌশিংগী মমাংদা ধর্ম্ম নত্তবনা ধর্ম্ম অদুগা চুমদবনা অচুম্বা মাংহল্লবদি মাখোইস্তু ধর্ম্ম কায়রবনি। সভা অমগী ধর্ম্ম নত্তবগীমশক ওইবা ত.না ধর্ম্মবু থিল্লবা অদুগা মাদুদা লৈরিবা সভা অদুনস্তু মাদুবু ওাকপা ওমত্রবদি খুৎলাই অদুম: হন্দুনা মাখোই অদুমক্তদস্তু অমুক থিল্লি। তুরেলনা তোর্ব্বান্দা হৌবা উপাল থুদেকপগুম, ধর্ম্মনা সভ্যাশিং অদুবুস্তু মাংহল্লি ধর্ম্ম য়েংল-দুনা তুমিন লৈবা মীশিং অদুতনা ধর্ম্ম কায়দে অমদি অচুম্বা বা ওাংই।

মহারাজ, পাণ্ডবতা লৈবাক পীদুনা মাখোইগা তাইশিরোঁ হায়বা নত্তবা ঐগী হায়নিঙাই রা অমতা লৈতে। মাসি নত্তবা রা মতিক চাবা অমতং লৈরবদি সভাদা লৈরিবা সভ্যাশিংনা হায়বিয়ু। নিংথেম! ঐগী রা অসিদি লাইরম্বেন্দমু মীরম্বেন্দমু কায়রবনি। অদুনা নিংথৌশিং অসি শিদনবা তৌবিয়ু। হে ভরত শাগৈগী থাওমৈ, হুজিক্তি তপথবিরো, শাওবিরগনু; পাণ্ডবতা মপানা থমজরবা লৈবাক পীথোক্কনা নচশিংগা লোয়নননা সুঙাইনা পানবিরো। মহাত্মা যুধিষ্ঠির মতম লৈবা খিবিক্তা ধর্ম্ম কায়দবনি। পুকচেল চাওবা সুপা অসিমা নঙোন্দা অমসুং নচাশিংদা করম্বা লিচৎ চৎপগে হায়রবদো নহাক্না থংদবা নত্তে। মখোই নহাক্না মৈদা থাদোক্লুরে, মরৈবাকগী তাম্থোক্লুরে, অদুমকপু মাখোই নঙোন্দা চংকরি। নহাক্না পাণ্ডবপু নচাশিংগা তান্নদুনা ইন্দ্রপ্রস্থদা লৈহল্লমই। মাখোইনা মফম অদুদা লৈদুনা মখোননা নিংথৌ পুন্নমক ভমদুনা নংগী নখা পোলহল্লে নংগী সম্মান অমতা মাংহন্দে। অদুগবু সুবলগী মচা শকুনিনা যাজ্ঞ চংবা চৌবোরনা থুৎলাই ওইদুনা মরৈবাক অমসুং মরল মথুম মুনবিরে মাসি নহাক্না য়াথোকখ্রবনি। মাদুদা নখোইনা দ্রৌপদী ফাওবা হেক থোমজিল্লুহনা রারু সুংজু থোকহনখিববু পাণ্ডবনা তুমিন লৈথোকখদি ক্ষেত্রি ধর্ম্ম ঙাকপতনি।

ঐদি য়েৎলোম মরোমগী য়েংদুনা মুম্না বিচার তৌরগা করি করিনা কগদগে হায়বা অদু মখৈ ঙাংলিবনি। নহাক্না প্রজাশিংগী ধর্ম্ম, করবা অমসুং সুংঙাইবা মাংহনবিগনু। নংগী মচাশিংনা অরেম্ববু কায়বা, কায়ববু অরেম্বা ওইনা নিংই! মরম অদুনা নহাক্না

মাথোইবু ব্রারকপিয়ু। অওইবমক্তি পাণ্ডবতি তাইশিন্নবস্থু লাল তৌবস্থু অনিমক য়াই; নহাক্লা অসিবু পামই হায়বা অদু তৌবিয়ু।

হন্দক শ্রীকৃষ্ণন' লৈবাক নিংথা লেংলকপদা থাবা থোল অচুম্বদগী হেন্দোকপা অমতা য়াওদে, য়েৎলোম মরোমগী ধর্ম্ম কায়দনবা, ধর্ম্ম মরেং তাদনবা ওাক্তুনি। করিনা হায়ববু পাণ্ডুনা নিংথৌ ওইরম্ব'ননা পাণ্ডবনা লৈবাক অপূমম্বা লৌকম পোকই হায়বস্থু য়াওদে। মরক মরক্তা দুর্য্যোধননা শাওবা য়াবা ব্রা থর থর য়াওবা অদুস্থু অওই অওইবা তশেং তশেংবওাক্তুনি।

নারদ মুনিনা ধৃতরাষ্ট্রদা নাপন তৌবা, শাওনিংবা পুদ্রমক থাদোক্তুনা সন্ধি তৌশিন্নৌ হায়না তাকথি। মাহ'ক্লা নারদগী পাওতাক পান্বদি পামই হায়ববু মাহাক্লা তৌবা ওমদে হায়রগা শ্রীকৃষ্ণদা হঙ্গৎলকই, হে বাসুদেব! নংগী ব্রা অসি তাবদ সুভাই, চৎনবীনি, ধর্ম্ম কায়দবনি। অদুম্বদি ওইরবদা ঐনা ইনিং ইথা তৌবা ওমদে। দুর্য্যোধনবু থর থামজিনবিরম্মু। মাদি কনাগুম্বা মী অমতগী ব্রা লৌদে।

ম'দু তাবদা শ্রীকৃষ্ণ দুর্য্যোধন লোমদা ওনশিন্দুনা মেংলবা ব্রাহৈনা হায়রকই—দুর্য্যোধন, নংগী অমস্তুং নংগী শাগৈগী য়াম্না ফনবা ব্রা হায়গে তাও। নং য়াম্না শিংলবা শাগৈদা পোকপনি, শাস্ত্র থংবা লমচৎ ফজবনচিংবা গুণ থিবিক্লা তিন্নবা সুপানি। মরম অদুনা পাণ্ডবকা তাইশিন্নবা হায়বা অসি নংগী নতিকমক চাবনি। নংমা লেপ্পিবা ব্রাথল অদুদি—জাৎ নাইদবা, সুংশিবা থংদবা, ইকাইবা নাইদবা মীতনা তৌগদৌবনি। অফবা মীগী ব্রাথন্দি ধর্ম্ম

অমসুং কাপ্পগদবগী মতুং, ইমবনি। কত্তবা মীতনা য়াসিগী তম্ন-ভৈনবা তৌই। অদুবু নত্তোন্দদি ওন্ন তৈনবা লমচৎ অদুতা উরে; অসিগুম্বা লমচৎ অসিদি ধর্ম্ম য়াম্না কায়রবা মী হাৎনবগী মথক্তি; অসুম তৌদুনা ধর্ম্মগা লোয়ননা নিংথিজবা পাণ্ডবাক পীয় পীরদুনা শ্রীকৃষ্ণনা দুর্যোধনবু থেম্লে। বিদুরনসু মাবু থেমলে! অদুদগী ভীষ্ম দ্রোণ অনিমক চংদুনা মাবু অমুকসু হন্না থেমলম্মই। য়াবদি লায়রদুনা, অয়াকপা খোলদুম থাদুনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রকই—, য়েত্তুম মতোম্দা পকপা লৈরিক অমা কাওবা পাণ্ডবতা পীরম্মরোই! অদুবু শ্রীকৃষ্ণসু হন্দে মাহাক্না দুর্যোধনদা তম্না খুম্মই,—নং নংগী মন্ত্রীশিংগা লোয়ননা অকনবনা হীপ্পা কমুংদা হীপ্পিংলমাল্লে ননিং মথুংলগনি। অপংবা নংনা পাণ্ডবতা কররিসু তৌরুদে হায়রিবা অদু মাসিদা লৈরিবা নিংথৌ-শিংনা থন্দুনা য়েংবিসনু অসিনচিংবা র। কয়া হ.য়রগা করম তৌদুনা মীনম্বা চৌবোরদা দুর্য্যাধনখোইনা পাণ্ডবকী মপোৎ মচৈ মুমবগে হায়বা শুগাইনা তাক্লে, দুঃশাসননা দ্রৌপদীবু খুঙ্গোইনবগী রারী লৌরে, অদুদগী শ্রীকৃষ্ণনা চাশং নৈথাবা, হু পীজদুনা ভীমবু হাৎকে হোৎনরম্বককা পাওথংনরে। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই—, মাসিগী মমিং কররিসু তৌদবা কৌবরা?

অদুগী মতুংদা দুর্যোধন দুঃশাসননা রাতা অমা হায়রুবদগী শাওদুনা সভা ময়াইদগী ফুক হৌগত্তুনা চংখে। মাদু উবদা ভীষ্ম শাওদুনা দুর্যোধনবু চৈরে। অদুদগী শ্রীকৃষ্ণ কুরুগী অহল্লমল্লোমদা ওনশিন্দুনা হায়রকই,—মহাত্মাশিং পুম্নমক তাথিয়ু অসিগুম্বা মাপল কারিবা, পুকচেল কত্তবা দুর্যোধন অসিবু অসুম রারক্তুনা থাদোক্কুনা থম্বহি

চুমদ্রে! মরম অদুনা ঐনা মতম অসিদা মাবু করি তৌবা চুবগে হায়বা অমা লেপ্পে। মাবু ময়াম্না য়াধিরবদি থবক পুম্নমক পংকাম্ব কায়রোই। অদুগী মতুংদা দুর্য্যোধন ফাজিন্দুনা থমলগা কৌরবনা পাণ্ডবকা তাইশিনবা চুমই হায়না শ্রীকৃষ্ণনা হায়রে। ধৃতরাষ্ট্রগী ম্নাথং মতুং ইন্না বিদুর গান্ধারী কৌরুদুনা পুরক্লি। অদুগী মতুংদা ধৃতরাষ্ট্র অমসুং গান্ধারীনা বিদুরবু দুর্য্যোধন অমুক কৌরু হায়রে। বিদুরনা দুর্য্যোধন মবুঙোমীগী মাক্তা থীন্দনা পুরক্লে। মাদুদা গান্ধারীনা দুর্য্যোধনবু 'হায়বা য়াবমথে হায়রে। অদুদগী দুর্য্যোধন শকুনিগী মনাক্তা চৎখ্রে হায়রগা দুঃশাসনমে কর্ণনে য়াওনা শকুনিগা তান্নদুনা কৃষ্ণবু ফাগে লাক্লরে।

ইঙ্গিত থংগনবা সাত্যকিনা মতম অদুদা হাদ্দিকিগা লোয়ননা থোকখ্রে, অদুগা কৃতবর্ম্মাদা মহাক্না পাও অসি শ্রীকৃষ্ণদা তাকউদ্রিবং ফাওবা তেঙ্গোল শেমদুনা ঙাইরম্মু হায়রে। সাত্যাকি সভা ময়াইদা চংদুনা পাও অসি শ্রীকৃষ্ণদা তম্মু। শ্রীকৃষ্ণ নোক্ল নোক্লদুনা ধৃতরাষ্ট্রগা বিদুরগদা হায়রকই, পাপীশিং অসিনা তৌহৈদবা থবক তৌগে লাক্লরিবা অসি মতিক নত্তবা য়াবি। অঙাং মচাশিংনা মৈবু ফিনা মৃৎথংকে লাক্লবগুম পাপীশিং অসিনা বাসুদেব কৃষ্ণবু ফাগে লাক্লজশারি। দুর্য্যোধন নংনা ঐবু ইতোমতনি থন্দুনা ফাগে লাক্লরিবা অদু অরানবনি! পাণ্ডব, অন্ধক, বৃষ্ণি, অমসুং লাই পুম্নমক মুনিশিংগা লোয়মনা মকম অসিদা লৈরিবনি হায়রগা কাক কাক নোক্লক্লে।

মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা সভা ময়ামগী ময়াইদা ওস্তোকপা ম্নাপ অমা ভীষ্ম, দ্রোণ, বিদুর অমসুং মুনিশিংদা উৎপিখি। ধৃতরাষ্ট্রসু

রূপ অদু অমুক্তা উনহবিয় হায়না শ্রীকৃষ্ণদা বর নিজবদগী শ্রীকৃষ্ণনা ধৃতরাষ্ট্রগী মনিং থুংহনখিবি। মাসুম্ থবক পাংবা য়াত্রবদা শ্রীকৃষ্ণ বিদুরগী ময়ুম তান্না চতুনা কুন্তীগা উনখি।

শ্রীকৃষ্ণনা লাল অসিতা য়ারবদি শোরুদনবা হায়দুনা কয়া কয়া হোৎনরম্বগে হায়ববু কর্ণ অমুক থেমদোককদোবগী হোৎনরে! শ্রীকৃষ্ণনা খল্লমইবদি দুর্যোধন মানা পাণ্ডবকা লাল শোরুগে লাক্লজশারিবা কর্ণগী মপান্থোম পাঙ্গলতা য়েংবননি। অদুনা কর্ণ অসিতা চিংথোক্লবদি, মা মরাইনা লাল তৌররোই হায়রকপবু য়াই খন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা কর্ণবু থেম্লম্বনি। অদুম ওইনমক কর্ণ ময়াখিদ্রে। মতৌ অমুম শ্রীকৃষ্ণনা কুরু ক্ষেত্রগী লাল অসি করম তৌরগা তোকহনব য়াগদগে হায়দুনা লোম্না শীনবা য়াবদা কয়া, কোংনা শীনবা য়াবদা কয়া শীনবিখিবগ হায়বা ঐথোইনা উরে। পঞ্চ পাণ্ডবকী মন অমসুং বুদ্ধি হায়ববু শ্রীকৃষ্ণনি। অদুনা শ্রীকৃষ্ণ থিজ্জং হেক হন্থবা উবদা পঞ্চ পাণ্ডবসু ঐথোই লালকপা শোরুজররোই হায়দুনা ক্রোধ হেক্তা হায়খিবা য়ারবনি। নাককল অমরোমদনা দুর্যোধন চেল্লে হায়বা থংনা থংনা পাণ্ডবসু ইগুণ থংবরা হায়দুনা কোয়ন্তান হেক মতাম্লগনি। অদুমা চৌবোর শাল্লবা মতমদা থোকখিবগুম কহেল্লোবা নংদবা তাঞ্জা লিংখিদুনা করি করি থোক্লবদি নোংশা মথোং মরি পানবদসু হোরৎলি হায়বগুম পাণ্ডব মতাগী মায়থীবা থোকপা য়াই। শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডব সভাদা লেংত্রিভৈদগী লাল শোরুদবা য়াররোই, তাইশিল্লবা য়াগনি নিংদেনচিংবা হায়দুনা পাণ্ডবপু কৌরবকা লাল শোক্লো হায়বনি অদুম মহায়রল্লবনি। মাসি শ্রীকৃষ্ণনা লাল

ক্লৌনবা খৌশিনবা নত্তে, অগুই অওইবা থোক্লককদৌরবতা উত্রুনা ত্থাকপন্নি, পুক্নচেল শোংবা সুপা অমনা মক্লপ অমগী ক্ননবা কুয়াই কাওবা ভাকপা য়াবগে হায়বা অদু মখৈতা রা ভানবা কত্তমদা হায়রম্বত্তনি।

সমাজদা অরানবা থবক তৌবা মী য়াম্না লৈ। মাইবং মীওইবা এখোই অসিমক অমনা অমদা লান্দনবাক লৈবস্মু ওম্বদে। অসিগুম্বা মরাল অদুবু নৈহৎপদি সমাজগী মরু ওইবা মখোনি।

অরানবা মীদা করম্বা লিচৎ চৎকদগে হায়বগী মরমদা নীতি শাস্ত্রদা মত অনি য়াওরিঃ—(১) শাস্তি হায়বদি চৈরাক পীদুনা মত্ত্রগা পাম্নল শীজিন্নদুনা মীগী মরাল নোইহৎনবা লাক্নবা, (২) ক্ষমা হায়বদি মীগী মরাল ভাকপিবা। অদুদা শাস্তিগা, ক্ষমাগা অনি অসি য়াম্না তাথিনৈ। অদু ওইরবদি অনি অসিগী মরক্তা অমা হেক্তা মথাদোকশি, অমতা শীজিন্নরগা অদু মভাই হায়রবস্মু মাদু ওইথোকপা য়াবা রা নত্তে। মরমদি মী হায়বা অসি রারক্তুনভাক লৈরবস্মু, চৈরাক্তা পীবা থংদুনা থমলবস্মু মাথোই শাগী মচৌ হেকমক মতৌরকই; অদুগা মীগী মরাল ভাকপি হৈরিবনি হায়দুনা অরানবা মী কন্দুনভাক থমলবস্মু মী য়াম্না লমদম্নরকই, মাদুনক্তনস্মু সমাজ মাংনবগী মরম অমা ওই। মরম অদুনা ক্ষমাস্মু শাস্তিগা চাং অমদা পুদুনা মী লাকপা তারে। মাসিগী নিয়ম মতাং অসি নীতি শাস্ত্রাদা অরুবা মতাং অমসি। সাহেবশিংগী বাইবলদা হায়রিবমু মীগী মরাল ভাকপিয় হায়বা অসিনি। অদুগা মখোইগী নীতি শাস্ত্রদনা লান্দুবু লান্নবদি অরানবা মী চৈরাক পীদুনা য়ারকউ হেক মহায়।

মহাভারতকী উদ্যোগ পর্ব্বদা লুচিংবা মুপা শ্রীকৃষ্ণনা পীজিন্নখিবা রাজনীতি হায়ববু শান্তিগা ক্ষমাগা চাং মাল্লমনবতনি।

ঋঁনাগুম্বা অমগী মরল মথুম মীনা মুনবিখ্রে, অদুগুম্বা মরল্ল মঁথুম অদুবু কয়বা হোৎনবদি মতম অদুদা সমাজগী মথৌনি হায়বদি ধর্ম্মনি। অদুবু সমাজদি মমাই লৈখ্রে, হুজিক অসিদদি লন থুমগী মপু অদুনা অমুনবা মীবু শান্তি হেক্তা পীগন্না নত্রগা ক্ষমা অদুম হেক তৌথোককন্ত্রা হায়বা অসি ঐখোইগী খননিংডাই অমনি। লম্বুমগী মপু অদু কনবস্থ মাতিক চানা কল্লো, ক্ষমা গুণস্থ মরাং কায়না লৈরো, অদু ওইরবদি মাহান্না কান্ন তৌগদগে হায়বা অসি খন্নবা যাবা ৱাকম অমনি, হুজিককী মতমদদি মাসিগুম্বা বিচার তৌবিনবা আদালত কয়া-কয়া লৈরে। অদুবু আদালতশিং অসি ফংদবা নত্রগা য়োদবা মতম, লমদমগী রা ওইরবদা ফিদম্লডাই ওইবা মুপা অমগী কন্নি তৌকম থোকপগে হায়বা অসি ঐখোই তুক খন্নবা তারি।

চৌবোর পোম্বা মতুং ইন্না পাণ্ডব বনদা চহী তরানিথোই লৈরুরে চহী অমা লোৎলুরে, অদুদগী কোংদোক্লুগা পাণ্ডবতা কৌরবনা হায়নখিবা মতুং ইন্না মরৈবাক হন্দোকপিগে হায়দরে। মাসিনা ভাকপাদি কৌরব লৌনিং চানিংই হায়বা অসিতনি মীনম্বা চৌবোর শান্নদুনা অমদি পোম্বাদা হায়নখিবা রা হোংদুনা পাণ্ডবতা মরৈবাক হন্দোকপিদবা হায়ববু মপা মপুগী লৌরী য়ুক্ষম মুন্দুনা লৌবিবতনি। দুর্য্যোধনখোইবু পাণ্ডবতা মাখোইগী মরৈবাক হন্দোকপিরো হায়-হায়জিল্লুরে, য়েত্তুম মতোন্দা পকপা লৈপাক ফাওবা লাল তৌদনা মাখোইদা থাইরবোই হায়না দুর্য্যোধননা হায় হায়রে। মতৌ অম্বুন্না

লাল শোক্ত শোক্লবা তারবদম্থু, শ্রীকৃষ্ণনা মিচং মিথাই নাইবা মতৌ অমদি অচান অৱাই নাইবগী মওং উৎলমদে হায়বদি মথক্তা হায়থরে। শ্রীকৃষ্ণনা কুরুক্ষেত্র লাম্পাওগী মমাংদা সন্ধিগী ৱা হৌদোকপা হায়বদি কৌরব কাংবুবু মতিক চাবা ক্ষমা তৌবিরবনি অদুবু দুর্য্যোধননা সন্ধি তৌনৌ হ য়বা ময়াখিত্রবনিনা,—কৌরবনা শ্রীকৃষ্ণগী ক্ষমাদা কান্নকম থংখিত্রে। মরম অদুনা ক্ষমা উৎখিবা অদুগা মপা চাননা চৈরাক তৌদুনা দুর্য্যোধনবু অমদি মাগী কাংবুবু ৱারকপা নত্তনা করিম্থু তৌনভাই উপায় লৈরমত্রে। কৌরবনা সন্ধি তৌনৌ হায়বা য়াত্রবম্থু পাণ্ডব মখোইতদি লাল শোক্লরুগম্থু হায়না শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবতা তাকপিরমদে। হুজিক্তি পাণ্ডব নখোই ক্ষেত্রি ধর্ম্ম ঙাক্তবা য়াদরে কৌরবকা লাল থেংনরো হায়না শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবতা তাকপিখিবা ঐখোইনা তোয়না থেংনখে মাসিগী মরম হায়ববু শ্রীকৃষ্ণনা ক্ষমাগা দণ্ডিগা চোইচাং ওন্নরম্বতনি। থুৎলাই পায়দনা লাল য়াওগনি হায়বা শ্রীকৃষ্ণবু অর্জ্জুননা হন্দককী মহাভা-রতকী সারথী ওইবিয়ু হায়বদা শ্রীকৃষ্ণ অর্জ্জুনগী সারথী ওইগনি হায়দুনা হেক মচোংথোকখি। মতম অদুগী সারথী হুজিককী-কালগী ড্রাইভরশিংদা থন্নবগুম পংলেম লেম্নরমদে। শল্যবু কর্ণগী সারথী ওইয়ু হায়বদা শল্য শাওখিবদু মঙাই। অদুবু শ্রীকৃষ্ণদি অর্জ্জুনগী রথ থৌগনি হায়দুনা কন চোংথোক্লে হায়রগা পার্থ সারথী হায়না পৃথ্বী শাৎপমথৈ কাওনা রথ হেক মখোথি। কিদম্নঙাই ওইবা মুপ্পা অমা ওইনা শ্রীকৃষ্ণ চাওথোক্লমদে, দোষনি হায়বা অমত্তা য়াওদনা গুণ খিবিক্লা তিল্লমই। মতাং অসিদা লাইদি মনাইগী

দমমক্তা কম্না লেপই হায়বা শ্রীকৃষ্ণনা উৎপিখি। অদুগী মথক্তা পঞ্চ পাণ্ডব মুংশি চাওই অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী লাইবাক লেংব থোংকমদা মনাও মুপা অতোম্বা সহদেব মত্তুনা মচিন মণাও অতৈদি লাল শোক্লদা ভাইশিন্নবা য়ানবা থুজিল থোৌরাং তৌবিরকউ হায়দুনা পাও চেন্নখিবা অদুনি। মাসি শ্রীকৃষ্ণনা শেন্না শেন্ননা থোকখ্রবনি। অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা কুরুক্ষেত্র লানজাওদা লৌখিবা পার্ট হায়বরু খুংলাই য়াওদনা অর্জ্জুনগী রথ মথক্তা কমদুনা মাইথোং মকা লাম্না ক্ষেত্রি মচা মাংহনখিবতনি। শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুনদা 'কালোস্মি লোক্ষয়কৃৎ'—মীবু মাংহনবা লাই হায়বদি ঐনি হায়না গীতাগী 'বিশ্বরূপ দর্শন্যদা উৎপিখিবা শকফম অদুগী থবক লানফমদা পাংথোকখিবতনি। চৈরাক অসিগী খুংলাইদি গীতাগী লৌশিং শন্দোকপনা ওইখি।

---

# (৭) গীতা শন্দোকপা

মহাভারতকী শ্রীকৃষ্ণগী পোইদোকপা মথৌ অমদি ধর্ম্মরাজ্য অমা লিংখৎপনি, ধর্ম্মরাজ্য অদু মতৌ করম লিংখৎপা য়াগদগে হায়বগী পাণ্ডবাকসু শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জুনদা পীখি। পাণ্ডবাকশিং অদু ঐখোইনা হৌজিক গীতা হায়না খংনবুনা মহাভারতকী ভীষ্ম পর্ব্বদা খেংনরিবা অসিনি। লাল হৌত্রিঙৈদা ব্যাসদেবনা মিত্তাংবা ধৃতরাষ্ট্রদা লাল উবা কংনবা দিব্যচক্ষু পীগে হায়রমই। অদুবু নিখৌনা মখোই শাগে নাতে মশেল হাৎনবা মমিৎমক্লা য়েংনিংদে হায়রমই; অদুনা নিংখৌ ধৃতরাষ্ট্রনা দিব্যচক্ষু লৌনিংলমদে। অদুম অদুম ওইনমক মা লান্দা থোকপা থৌদোক মথৈদি খুদক খুদক্তা তানিংলমই, মরম অদুনা মানা মাদুম থোক্লবা খুজিন শীনবিয়ু হায়না ব্যাসদেবদা হায়জরমই। ব্যাসন্থ নিংথৌ মাগী মন্ত্রী সঞ্জয়দা দিব্য চক্ষ পীরো লান্দ থোকপা থৌদোক মথৈ বর অদুগী মপান্না মা লোইনা উবা ফলে; মাদুদসু মত্তনা, মীনা লানফমদা ওাংনবা য়া অরোপ অথুপ কাওবা মানা তাবা ফংলে। কুরু বৃদ্ধ পিতামহ ভীষ্মনা শিখণ্ডীগী মথুক্তা লানফমদা হেক তুবগা সঞ্জয় ধৃতরাষ্ট্র রিংথোগী নাক্তা লানকমদগী লাক্লুনা ভীষ্ম তুবগী পাও পীরম্বে। সঞ্জয়গী মচিন্দগী ভীষ্ম তুহৌরে হায়বা তাবা তানা ধৃতরাষ্ট্রনা ভীষ্ম করম শিখণ্ডীগী মথুক্তা তুখিবগে হায়না চবেৎ চবেৎ অদুম হংদুনা লৈরমই। কুরুক্ষেত্র হায়বা মফম অসিদি মহৌশানা তীর্থ অমনি; অদুগী মথক্তা মাসি লানফমসু লানফম অমনি, লানফম হায়বা অসিমক্তবু হিন্দু ঐখোইনা অশেংবা মফম অমা ওইনা লৌনৈ। ঐখোইনা নাহা ওইরিঙৈদা মীতৈ অহল লমমা খোংজোং উরগা তুজুং

মায়ুংই. হায়বা তারকই, মতৌ অদুম্না ভীষ্ম উবগা মীগী পুক্নিংদা খোইদোক হেন্দোক্লা সংখুশিংদা সাত্ত্বিক ভাব অম্না হেক হেক লাকই। অদুনা ধৃতরাষ্ট্রনা থম্মই মচাশিংদি পাপী ওয়াক্লি, মাখোইদা সাত্ত্বিক ভাব লাক্কবা য়াই. অদুবু পাণ্ডুগী মচাশিংদি সাধুওয়াক্লি, মখোইদা মাসি শোয়রদনা থুংলগনি; অদুমক্তদা ভীম ভুবগী পাণ্ড হেক কংবা অসিদা মাগী য়াথল করম শোয়রবনো হায়বা খংগদোবগী মাগা সঞ্জয়দা চবেৎ চবেৎ হংলম্নি। সঞ্জয়না য়াকম অসিমদি পাক শোন্নকপা মরৈখিদ্রে; মতম অদুদ ধৃতরাষ্ট্রনা সঞ্জয় থংগে থংসমু থংলোই ভোকসমু হায়বগী মতাদা য়াম্না চাক্রি চক্রাং ভৌবা য়াহং অমা হংখি, য়াহং অদুনা গীতা হৌখি। ঐখোইনা হুজিক গীতাবু মহাভারতকী ভীষ্ম পর্ব্বদা থেংনরিবা অসি মরম অসিননি। গীতাগী খোদোক্লা খোকখিবদি কৌরব পাণ্ডবকী তেঙ্গোল অনি নাকপাক নাকপাক ভানরদুনা লাল শোন্নগ-দৌবগী তেল চিংনরবা মতমদনি।

ধৃতরাষ্ট্রনা সঞ্জয়দা য়াহং অমা হংদুনা গীতা হৌখি—ধৃতরাষ্ট্র উবাচ

ধর্ম্মক্ষেত্রে কুরুক্ষেত্রে সমবেতা যুযুৎসবঃ।
মামকাঃ পাণ্ডবাশ্চৈ কিমকুর্ব্বত সঞ্জয় ॥’ ১।১গী

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়রমই হে সঞ্জয়, পুণ্যভূমি কুরুক্ষেত্রদা ঐগী ইচাশিংনে পাণ্ডুগী মচাশিংনে লাল শোন্ননিংদুনা তিন্নখিববু করি তৌখ্রবগে? কৌরব অমসুং পাণ্ডব হায়রিবা কাংবু অনি অসিদি কুরুক্ষেত্রদা লাল শোন্নগনি হায়দুনা চৎখ্রবনি, অদুগুম্বা কাংবু অনি অদু করি তৌখ্রবগে হায়না হংবদি হংকম থোক্কে, লাল করম চথনখ্রবগে হায়না হংবমথৈদি

ময়াই—লাল শোরুগনি হায়রুনা কাংবু অনি অদুনা লানকমদা চংখ্ৰ বনিনা লাল শোরুবদি মশানা তায়রবনি। য়াহং অসি অয়ানবনি হায়বস্ত হেক য়াহিক্কে, করিনা হায়রবু ধৃতরাষ্ট্র হায়বা নিংথৌ অসি লৌশিং য়াম্না শিংই হায়রুনা ব্যাসদেবনা মাবু প্ৰ'জ্ঞচক্ষু লৌশিংনা মমিৎ ওইবা হায়বা মিংথোল অমা মহাভারততা থোক্লি। অদুগুম্বা মুপানা অয়ানবা য়াহং হংগনি হায়রবস্ত নিংদে অদুগা তাবিবা মুপা সঞ্জয় হায়রিবা অসিস্ত অচুম অচুম্বতা ওা'ই, যুক্তি সঙ্গত য়াম্না ওই হায়রনা মহাভারততা কাওই, অদুগুম্বা মুপানা অয়ানবা য়াহংবু লাল্লিস্ত হায়দা তাবিগনি হায়নস্ত নিংদে অদুনা গীতাগী অহানবা শ্লোকমক্তদা ধৃতরাষ্ট্রনা সঞ্জয়দা হংলমইব য়াহং মুসিগী অর্থদি পাণ্ডবশিংদা নত্রগা মচাশিংদা হায়বদি কৌরব পাণ্ডব কাংবু অনিগী মরক্তা ধৰ্মতদস্ত সাত্ত্বিক ভাব লাকথিত্রবর হায়না হংলম্বতনি। ঐখোইনা গীতাগী অহানবা শ্লোককী অর্থ মথক্তা তৌখিবা অসি চুমই চুমদে হায়বদি ঐখোয়না মথাগী শ্লোকশিংদা সঞ্জয়না গীতাগী অহানবা শ্লোকতা য়াওরিবা য়াহংগী পাওখুম ওইনা খুমকপা খমরগস্ত খংবা ঙমগনি।

সঞ্জয় উবাচ

'দৃষ্ট্বা তু পাণ্ডবানিকং ব্যূঢ়ং দুৰ্য্যোধনস্তদা।
আচার্য্যমুপসঙ্গম্য রাজা বচনমব্রবীৎ ॥ ২
পশ্যৈতাং পাণ্ডুপুত্রাণামাচার্য্য মহতীং চমুম।
ব্যূঢ়াং দ্রুপদপুত্রেণ তব শিষ্যেণ ধীমতা। ১৩

সঞ্জয়না হায়রমই.—'মতম অদুদা দুর্য্যোধননা পাণ্ডবকী ভেঙ্গোর্দ

শাস্ত্রমা‍ৈলবা উত্তুনা দ্রোণগুরুগী মনাক্তা চংত্তুনা ফেজিন্দি তেনবা খর্বগী লৈবা ৱাবু হায়রুই। হে গুরু মহাকপী পৌশিং শীংবা পত্তুরা ক্রুপদগীদি মচা শুপামা লুচিংত্তুনা তেঙোল শাৱা পাণ্ডৱশিংগী লানমী অচৌবা য়েংবিয়ু।" মাস্তুম হায়ত্তুনা সঞ্জয়না মথক কন্না ধৃতরাষ্ট্রগী ৱাহংগী পাণ্ডখুম ওইনা খুম্লমই। লানগী ৱাবু মতম অঙন্দা সেনাপতি ওইরিবা ভীষ্মদদি হায়রুদা—গুরুদ্রোণদা চংত্তুনা দুর্য্যোধননা করেম কথাইনরুবতনি! ধৃষ্টদ্যুম্ন হায়বা মমিংকপা শাপা দ্রুপদগী মচানুপা হায়বদি মমাঙেদা দ্রোণগা দ্রুপদগা য়েংথিরবা উৎপৃতনি। নংগী পৌশিং শিংবা পড়ুরা হায়বা অসিমু দুর্য্যোধননা দ্রোণবু উংশিংথণ্ডইদনা তৌরম্লাতনি। অসিনা তাকইববু দুর্য্যোধনখোইদা সাতিবু ভাব লাকথিদে হায়বা অসিনি।

পঞ্চ পাণ্ডব মচিন মনাও মঙাৱক মক্তোৱা খুংশি চাওই হায়ববুদি ঐখোইনা মহাভারতকী উদ্যোগ পর্ব্বদা য়েংনখরে—শ্রীকৃষ্ণনা হস্তিনাদা লাইবার লেংবা মতমদা, পঞ্চপাণ্ডবকী মনাও ইতোন তোনবা সহদেব নত্তুনা অতৈ মচিন মনাও মরিমক্তি য়াৱিবমথৈ সন্ধি তৌননবা লাক্লবিরকউ হায়না শ্রীকৃষ্ণদা পাও চেন্নখিবা অত্তুমঙাই; মাস্তুম পাও চেন্নখিবা কাংবু অসিগী মুমুংদা ভাওখ্রবা ভীম কাওবা য়াওরবনি—; অত্তুম অত্তুম ওইনমক সহদেবুদি পাপী দুঃশাসনা দ্রৌপদীদা থুজোইনখিবগী লমল খুমদগী ভল্লোই হায়ত্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু লাল শোক্লনবা খুজিল তৌবিরক্তবা য়াদে হায়না পাও চেন্নমই। গীতাগী মতাং অস্তুরাই য়োরকপদদি অর্জ্জুন লাল শোক্লনিংদবনা খুমু দাই হনবগুম হেক মহনখরে; কুরুক্ষেত্র হায়বা তীর্থ অসি দর্শন তৌবা

কংলিবন্না অর্জ্জুন মতৌজন্তা নত্তে, মচিন্‌ নাও মতৈ মতৈন্না যাওবি অদুগা মাখোইন্না সাধুতাক্নি। অদুদা কমিগী মা মত্তে'মদগী কোকথক্তা তীর্থ দর্শন কংথগী মহৈ হৈনরুমবো হায়বন্না ঐখোইবা খংলে - মতম অদুদা অর্জ্জুনবা মচিন নবাও মতৈ মতৈদগী ইহেন হেন্না: সম কর্নবই করিবা হায়বদু মা মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণগা শাখোক্লদুনা মরৈমন্না। মরম অদুনা অর্জ্জুনবা "ন কাঙ্ক্ষে বিজয়ং কৃষ্ণ ন চ রাজ্যং সুখানি চ হায়বদি হে কৃষ্ণ, ঐ লাল্দা জয় ওইবন্না পামজদ্রে, লৈবাক কংবন্না পামজদ্রে অদুগা নুঙাই যাইফবকক্কা পামজদ্রে হায়বা লায়া য়োবা খোল থাজিন্নকপা ঐখোয়মা গীতাদা থেংনরিবা অসিনি। ঐখোইনদি অর্জ্জুনগী খোল্দা অসি গীতাদা উরুবগা অর্জ্জুনবু থাগত্তবা ওমদে; অদুবু শ্রীকৃষ্ণনদি মনাই অর্জ্জুনবু—

কুতস্ত্বা কশ্মলমিদং সমুপস্থিতম।
অনার্য্যজুষ্টমস্বর্গ্যকীর্ত্তিকরমর্জ্জুন ২।২ গী

হে অর্জ্জুন, নংগী অদুম্বা লৈবাক মচা তাদবা—মতৌ, মাদুমক্না স্বর্গ কাগদৌবন্না লৈতবা অদুগা মিংদা থীবা মিহৌবা অদু নংনা কদাই-যাইদগী কোৎলুবগে হায়দুনা চৈহৎলমই। অদুগী তুংদা

'ক্লৈব্যং মাস্ম গমঃ পার্থ নৈতৎ ত্বয্যুপপদ্যতে।
ক্ষুদ্রং হৃদয়দৌর্ব্বল্যং ত্যক্ত্বোত্তিষ্ঠ পরন্তপ ॥ ২।৩গী

'হে পার্থ! যাক্নমগন্না। অদুগুম্বা নুপা খোক্তবা মতৌ অদুদি নঙোন্দা কয়া ফজদে। য়েক্নববু মাংহনবা ঙম্বা নুপাও, নপুকচেল শিকপগী মতৌ থাদোক্তুনা য়েক্নবা থেংনবা থৌমাংলো হায়দুনদুম

শ্রীকৃষ্ণনা মনাইদা পাওতাক পীখি।

অমুম তৌনা তৌনা অর্জ্জুন ভীষ্ম দ্রোণনচিংবা গুরুজন অমদি মাশী-শাগৈ-নাতৈ হাৎপা মঙম্নবোই হায়না শিখাং খাংজিল্লক্লবদা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুন্দা আত্মাগী তত্ত্ব তাকপিথি তাইবং মীওইবা ঐখোয়গী হকচাং মনুংদা আত্মা লৈ 'ক্ষেত্রজ্ঞঞ্চাপি মাংবিদ্ধি সর্ব্ব-ক্ষেত্রষু ভারত।' হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুন্দা ঐনা হকচাং মনুংদা লৈরিবদি ঐবু আত্মা কৌ' হায়না তাকপিখিবা ঐখোইনা গীতাগী ১৩ শুবা অধ্যায়গী ২ শুবা শ্লোকতা ফংই। মাসিগী মথক্তা অধ্যায় অসিমককী—২৬ শুবা শ্লোকতা

'যাব্যসংজায়তে কিঞ্চিৎ সত্ত্বং স্থাবরজঙ্গমম্;
ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞসংযোগাৎ তদ্বিদ্ধি ভরতর্ষভ॥'

হায়দুনা হকচাংগা অত্মাগা তিন্নরগা জগৎকী জীব সৃষ্টি তৌই হায়নসু শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাকপিখি। গীতাদা অত্মাগী তত্ত্ব ফেনজিল্লকপগী মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা আত্মা হায়বা অসিদি অজড় অমরনি, হকচাংতা মাংজবনি মরম অদুনা থাজৈমক শেংনা থম্নরুরবদি তাইবং মীওইবা ঐখোই—কনাসু শিদে হায়বা তাকপীগে হায়বগীদমক্তনি। মতাং অসিনসু অর্জ্জুনবু পেলহনবা ওয়মদে অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা কর্ম্ম-যোগকী পাম্না য়ৌনা লোথরে, মচুমক্তদসু অর্জুন লাল শোক্লগে মহায়দ্রি। অদুমা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তিযোগকী পাম্না কাওবা য়ৌনা তাকপিদুনা অর্জ্জুনবু মহাভারতকা লাল শোক্লহনখি। মাদুম তৌহ্নুনা শোক্লখিবা লাল অদুদা পাণ্ডবনা লান্দা লানগুম কিরাল থেৎখিবা হায়ববু যথা ধর্ম্ম তথা জয়গী পম্বেং উৎখিবতনি।

লোইরবা